# লবঙ্গলতা

৺খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ, সাহিত্যরত্ন

ও: কে: ষ্টোর
পাওনা বাজার রোড,
ইম্ফাল।

মমল লুপা ২·০০

থোংখবা :

ওঃ কেঃ টোম্ব

ইম্ফাল




৪শুবা থুংনম—১৯৭০

কোপি—১,১০০

নম্ফম :

বীণা প্রিন্টিং ৱার্কস

৬নবার কৈশামপাৎ রোড, ইম্ফাল।

# লবঙ্গলতা

---

## লৈরাং অদু কনানো ?

বসন্তগী সন্ধ্যায়াচংবা কালনি। মামিব মলয়া নুংশিংনা ওইখোক্তবা অমুতগী ঈচেল অমগা লোয়ননা কোয়ৌহনবগী মৈচায়া পথরম্লবা তাইবংপানগী পুক্নিং হকচাং অপূম্ববু চন্দন থিকপা লৈয়াংগুম্না ভেকথৎহল্লে। মালংবাদ ছন্নি তৌইগুম্বস্নং বসন্তঋতুগী য়াঙংলবী তুরেল অমতগী ঈ-থক্তা ঈথকী জগোই শাবা উত্রি; ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দদনি। অথাপ্পদা শুগ্নু হিগারুবা কমানা য়াবগী পান্জোম লোম্মদুনা নোংগী তান্থা পীয়-পীয়দুনা তরেৎশুবা খোম্থাংনা খয় তংনা তংনা লাওয়ি।

পোম্বী চেক্ল অপূম্বা সুংখিলগী তোরুবা মখোৌ পূম্নমক মাগী মাগী ইমুংদা চিঙ্গোই পাওদম্নগে হায়বগী দমক মহম তম্না পাইশন্নবে। ঋতু জিংথোগী থোগল্লম্বা সুংখিলগী লৈয়াং অপূম্বা অহিংগী মতাশিংদা শিন্নয়মতুনা থাইনগমি হায়কী অয়াবা মৈচাকনা তম্না ময়াই লুকথনবে। অমুম্না অমম্বস্থ চংত্রিডৈ, অতানবগী মমৈ ওইম্নক্লম্না নুমিদাংথাইগী কাল, নুমিৎনা চিংবা থাংবা, চিংয়া খেল্লোং লাংবা, তংনা খোংম্নি চেনবা মতম অসিদা য়াঙ্গোই শগোলনু অম্যা থুরুপ কুম্থ্রা

থোরক্লবা মমত্রিদৈদা মমুম য়োহোগে হায়বগী মতাগুম্না কনানো চেল্লিবা য়াঙ্গোইদা নোহো নোহোনা শাজৈ থাদুনা থোরক্লিবা অসে ?

পাখংনি। মরেপকা মতানগা মরেপ্পা ছমই। য়াম্লবদা চহি কুনমতাদগী হেল্লোই। মথোক কায়কপগী হৌনবী নিংথিবা পুম্নমক বাস্তনা মহাকী থোংল নোমবা মশাগী কায়াং খুদিংদ নোংথাঙ্গী ঈচেলগুম্না চেল্লি। মুমিদাংবাইগী কাল, তময়ানা কোমি চেনবা মতম অসিদা মহাক্কী লম্যোবা পুলৈ কুচু অদু উরুমবদি কনানা মহাকপু নাইরৈপাক্কী কুমলকপা থাঙ্গৈশেংবা কামদেব মরি হায়নিংতোইদগে ? অয়েকপমক মাল্লবা পিতুম অনিগী মথাদা তত্তনা মযোল লোল্লবা মিংসনা থম্বাল অনি অদু উবদা কনাগী পুক্নিং শুমহৎলোইদবা য়াওবগে ? অমুনবা তয়ামবু ছেমজনবা ওইরবা চানবান্দা মতম পুম্নমক্তা অর্থ য়াওনা মোমোন নোকপগী কীতম উরবদি শকী থাঙ্গৈশেংবা গুণ থংবা মীগী পুক্নিং তাওরোই হায়বা কয়া হায়গনি ? ভেংবানবা অসিদা ফজবা মীনা তৌবদি পুম্নমক ফজবা চাউথংনবতা ওই। চুম্মি, কোক্তা য়েংলম্বা পাম্বা লমথাং অদু চক্তা অনি অহুমক থোকনা য়েংপা, পূর্ণিমাগী তাংথক মাইক্রবা থানিননা তমজনবা ওইবা মুংশিরবা মায়থোংদা পান্মুরবা শমজোইনা হীকথবা, লোথোক্তনা নাম্বোকলবা কুমিংকী হৈক্লনা হাইদোকখিবা মরম্মাই মীমাং থোরক্লবা মচু তামবা লীক, মুংশি থত্তবঃ মীগী খায়াম্বা ওইরবা মুতুং তাবা, মুংশিরবা মাতোম, নিংথিরবা মাকোং, মপুমকামবা পাম্বোম, লূনা ফজরবা খুবোম, মচুম তামবা খুদীং পুম্নমক অসি উরবদা তাইবংপানবদা শক্না চংনদে হায়রবদি মাগী

অয়াঙবা হায়বচু শোয়দনা খোজনি। থাওমৈ মৈয়িনা অমম্বা তানবতুনা মৈয়াঙবীগী মথৱাইদা থাংবা ওমদ্রে, মৱম অতুনা চাইহাক কোইপাই পাইতুনা শক য়েংবগী নুংতাইবা অচু কংলগা অচুনা চেমশিন্দুনা মথৱাই থাই। ঐখোয় মীস্থ শকী মৱমদা মৈয়াঙবী-গুবনি। নুমবা লাইজা ঈথক্তা লৈয়াং থম্বালনা মকা কয়া শাৎলবদা লৈয়াং লৈশক খত্তলগা খোইমুনা হন্দুনা হন্দুনা লৈয়াংগী খুচুং লী। ঐখোয় মীস্থ থাংজেংবা খোইমুয়াবগা কয়ি খেন্নবা লৈবগে ? শকী মকমদা ঊকাইবা হঙ্গোইবা পুম্নমক কথোকতুনা শকীদমক তাওবসি মীওইবগীস্থ মহোশানি।

মমত্রিভৈঙো মানা ভমলক্লিবা মমুম য়োংগে হায়তুনা হন্দকী পাখং অসিস্থ নুংশিংকী মমাং থানা য়াঙোই থোয়রক্লি। তোই-গুবস্থং মাংদা মতম চাদনা শাৎপা কয়ম্বা লৈয়াং উজুনা য়াঙোই খুজ্জী চিথৎলি। থাইয়াকপা কোন্দ', মপুগী লৈকোনমুংদা বসন্তগী লৈয়াং অভৈগ: লোয়নমা শাৎলিবা লৈয়াং মানবী মুয়া অসি কনানো ? শকহেনবা পাথংও! য়াঙোই শাজৈ থাও, লৈবাকী অস্থপ নুমবা থবক্তা মথক্তা য়ানতুনা লৈমিভৈঙো শকীদমক তাওনস্থ, নংস্থ মৈয়াঙবীগুম্না শকীদমক নথবাই থাদে হায়বমা ? পাখং অচুস্থ পাইমনুংদা থম্নি ; মিংথোগী অক্লম্বা থবক্তা, থাদোকপা য়াত্রবা শক্তা চাংদয়ৈ। লম্নী থো, নবহম হব ; তম্বা থো, থাপল হব। মতুংদা লৈয়াং লৈখোত্ত খত্তলম্নদা মিংথোগী অকমবা থবক্তা চিংশিন্দুনা য়াঙোই চুপ্নী থাথরে। তোইগুবস্থং থাম্নী নাতলবা পুক্লিংনা অথাংনা হংলি—লৈয়াং অচু কনানো ? য়াঙোইস্থ নুংশিংকী মমাং থানা

চেল্লি, শকা মায়বা পুকচেল চেন্নবা পাথংদো নিংথৌগী অরুবা থবকী ইকাই খুম্নবা ডাক্লবগী দমক মণ্ডকত্রবা শকী লাংবু হন্দোক্‌তুনা চেন্নক্লে, তৌইগুম্বসুং মহাকী থম্মোয়গী থুম্লবা মকমদা কনাম্বা অতংপা লৈতনা হংলি—

"লৈরাং অমুবু কনাগনো"

---

## মণিপুর রাজদরবার

মুমিদাং সন্ধ্যারতিগী মতুং ওইরগমি। নিংথৌগী শঙ্গাই মাঙ্গোন্দনি—মহারাজ থগেন্দ্রজিৎনা সিংহাসনদা, য়েত্তা মনাও ইবুংঙো খাইরাকপা অমসুং মন্ত্রী, ওইদা মনাও ইবুংঙো মাইস্নুল লাকপা অমসুং ধনঞ্জয় পণ্ডিত, মাংদা লৈবাকী অঙম অথৌ পুন্নমক। শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা হন্থিং পাইনবা মকম য়ৌনা হাংলমদে—তৌইগুম্বসুং চেদা য়েকপা মুর্তিগুম্না কনা অমত্তা লেং-থোংপা তৌরমদে। পুন্নচীক চীকথরে—থক্তা চাম নিপাম লোংলবা দেবানন্দিনি থাওমৈনা জী জী চাকলি। তিল্লমলিবা মী পুন্নমক লাংশিল্লবা নিংথৌগী সনামাইথোংদা য়েংলদুনা সনারাথং ভাইদুনা লৈরম্মী। অমুমনা মত্তম কয়া মরুম হৌখ্রবদা মাইবত্তন লোয়শংদা অহানবা মুথকী পুং রৈরক্লে—শঙ্গাই মাঙ্গোনসু মুথকী পুং থিনবা তারে। অহুমরাক্কসু থোংলোম মথং মথং লাওনরক্তুনা শঙ্গাইশংদা য়ৌরক্লে; —"য়াম্বা শঙ্গাইশংবা, মুমিদাংগী মুথক য়ৌরে।" অদুগা মুমিদাং ভাগ্যে লৈশিল্লরক্লে হায়বা উবদুনা মহারাজ থগেন্দ্রজিৎনা সিংহাসনগী

মৌংলম্বা হায়রকই। "ঙসি ইনাও অনিমক, বড়মন্ত্রী অমসুং থনজয় পণ্ডিতশর্মচিংবা লৈপাকী অঙম-অথৌ অপুম্বা তিল্লে। ইনাও অনিমক তাবিয়ু, ইনাও অনিগী পাম্বোমগী পাঙম্বা ঐনা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিবনি; বড়মন্ত্রী অমসুং পণ্ডিতসু মুম্না তাবিয়ু, ইপু মন্ত্রী অমসুং পণ্ডিতনা লৈবাক ঙাকপদা ঐগী য়েংকী পাম্বোমগী মশক ওইরিবনি; লৈপাকী লুচিংবা অঙম-অথৌ পুম্নমক তাবিয়ু— মথোয় পুম্নমক্না পাংবিবতনা ঐনা নিংথৌ ওইদুনা পাঙবা মতম অসিদা ঐখোয়গী মণিপুর মনা লৈপাক অসি য়েক্ক তিন্থং লৈতরে, রাজ্যরবসু থরদংদি চাওখৎপগী লম্বীদ চংশিল্লক্লে হাযরবসু বাহৈগী অরানবা থোকনি হায়বা নিংদ্রে। হৌজিক সভাদা ঐনা হায়জনিংবদি অতে করিসু নত্তে; লৈপাক অপুম্বসু নিনফুং নিনফুং থরা থরা মতারে—ঐনা হন্দক ঐখোয়গী লুরবা বিন্দু সরোবরদগী অঙকপগী মশক ওইরব থাং অমগা তা অমগা ফঙডুরে; মাসিবু লৈপাকী অহে অশিং পুম্নমক্না তঙ্গীংঙি। মাসিবু লৈপাকী অফবা ওইগদ্রা (অফবদি ওইসনু) খন্নজনীংঙি। ঐ অম মাংখিবদি লায়, মৌইরুমসুং ঐখোয় অপুম্বগী মুংশিজরবী মণিপুর মনা লৈপাক অসিগী করি অমঙল থোকত্রা (থোক্কবদি ওইসনু) হায়না অহিং মুংখিল অনিদা ঐগী পুক্লিং অসি য়াম্না চিংমরে। ইনাও অনি পাত্রমন্ত্রী অপুম্বা, লৈপাক প্রজা অয়াম্বগী করি মত লৈবগে খংজনীংঙি।"

মন্ত্রী।—লাইনিংথৌ! মদুগীদমক করিগী মনা পুক্লিংদা চিংমবিরুবগে? নবুধৌ পাখংবনা থোজানবিদুনা, য়েক্ক-তিন্থং পুম্নমক মাংহন্দুনা লৈপাক ঙাকপা ঙম্নবা পীবা খুৎলাইনি।

খ্বাইরাকপা।—লাইনিংথৌ। মাচুগীদমক করিগী সনা পূক্লিং তয়াং তয়াংবিবগে? হন্দক্তা ইবুধৌ পাখংবনা য়াম্বুং মহারাজমু চানবি হায়বা থংজরে।—হৌজিক মহারাজগী য়েক্ল-ভিথং অপূন্বা শোয়দনা মরু কংনা মাংবা ওইরগনি।

য়াইস্কুল লাকপা।—লাইনিংথৌ! মুমিদাংঙি ওইবে—অদুম ওইনমক মহারাজমু লেংশিল্লে, লৈপাক্কী মপী মপা ওইরিবা পূরবক মাসিগী মররমগী খন্নবগীদমক ভিল্লে।—মরম অদুনা ঐগী মং অমত্তুং তমদবা য়াদ্রে; (ঈশ্বরনা লৈপাক্কী অমত্তুং মহারাজগী মঙ্গল পীবিরসু) হন্দক কংলিবা থাং অসি লৈপাক্কী মঙ্গল ওইগনি নিংঙৈ। (মাম নোংপোক ওন্দুনা) বসন্তগী পূর্ণিমা অসিমক ওইনা তৌই; লাইনিংথৌ পাঙ্গনবনা ইবুধৌ পাথংবগী মকমদা মায়খীবা কংথি হায়বা পাওনম হিদেন অসিগী মনাক্তা নিংথিজরবা হৈকোন অমদা য়াম্বুং মহারাজনা তাংবন অমদা লেংশিন্দুনা লৈবগুম তৌই; (খ্বাই-রাকপদা ওনশিন্দুনা) য়াম্বুংগা ঐগনা অয়ায়দা লৈকোন অদুগী নিংথিজবা য়েংভুনা লৈরম্মী।

ওম্মোকপনি! লৈকোন অদু ওম্মোকনা নিংথিজৈ, হৌরনা হৈরাং পাম্বী পূম্নমক সনা চাকুনি, সনাগী পাম্বীদা সনাগী মনা—মরক্তা রূপাগী লৈরাং—মাচুগী মরক মরক্তা অশংবা, অঙাংবা মণিগী মহৈ। মংগুমই হায়বা অদুনি—মতম চাদনা ইন্দ্রাল ভুরেন অসি মমার চপ মাম্বনা ঈশিং চোয়া চেল্লি, তৌইগুম্বুং অঙকপদি—সনাগী তোর্বান্দা রূপাগী মহীনা ঈশিং ওইনা চেল্লি, অদুনা মখি-মুক্তাগী অয়াম্বা চা—শরেং, চাক্রা, চাভিন, পেংবানা হয়াওনা

ইরোইদুনা শায়রি। অহিংগী তাংলৌ য়াম্না থেংখ্রে; তাংথক মাইত্রবা পূর্ণিমাগী থাবুম্না কোকথক্তা তাম্লি; মীচিক নাচিকখোল তাখিব্রে; অয়াম্লদা সনাগী পাম্বৈদা রূপাগী অনৌবা হৈয়াংবা লৈতেংলবা হৈনৌগী কৈয়া'থক্তা মকূ অমতংনা মম্না ইংবা পাক্লগে হায়বা য়াদে হায়দুনা থায়োমদা মতুং ওম্থোক্তুনা পোথা পোথানা তেংথারি। নোংয়িন হায়বা উচেক অদু নাকোংমদি তারে—তৌইগুম্বসুং মিৎমদি থক উত্রি। অহিং অদুদা নোংয়িন হায়বা অদুনি হায়দুনা উচেক অনিদং নেম্লপনা কমলা পাম্বী অমগী মতোন্দা তোংবা উই। মশা অপূম্বা সন্না ছাক্তনি, মচীল অদু পদ্মরাগমণিনা থাম্মি, মথা অদু নীলকান্তমণিগী মচু মাম্লি। উচেক মতৈ মনাও অনি অদুনা মন্না কাথোক্লদুনা থাদগী শিঙ্গরক্লিবা অমৃত য়ারম্মী। য়াম্বুং মহারাজনা উচেক অনি অদু কাগে হায়বগী মতাগুম্না তেন্দোংদগী তেন শংলদুনা সন্ধান তৌরম্মী। উচেক অনি অদুনা য়াম্বুং মহারাজনা তৌগদৌরিবা থবক অদুগী মরম থংলদুনা মীওইবগী খোল্লেনা লাওয়কই, "মহারাজ! থুনা তেন হঙ্গিনবিয়ু; ঐখোয় অনিগা য়েক্লয়বদি মহারাজগী অফবা ওইরোই; অমসুং থবাই পাম্মুরবদি থুনা ঐখোয় অনিনা পীরিবা ইতু অসি লৌশিন্লো। মাংদা মহারাজ তম্না চেনশিন্লকইবা মচুম তায়বা শামু লমশা অসি উবত্রা? ঐখোয় অনিদা মরম লৈতনা তেম্না থাগে তৌবা অসিগী মহৈদি তুংদা থংলকনি।"

অসি হায়দুনা মতু অনিদং থিকথরক্লগা নোংয়িন অনি অদু পাইথোকখিরম্মী। শামু লমশানা থিংথৌ তম্না চেনশিন্লকপা

উরদুনা য়াম্মুংনা 'মহারাজ শোক্লরনি' হায়দুনা চেনশিল্লম্মী, ঐহ য়াম্মুংগী তুংদা চেল্লম্মী। তৌইগুম্বস্তুং মচুম তাব্রবা শামু লমপাগী অকনব শাফু অদুন' থাংবা ভমদদুন' ইচিন-ইনাওমক চেন্থোকপা ভাখিরম্মী। তোইগুম্বস্তুং ঐহাক্তি চেনকম লৈতদুনা ইম্ফাল ভুমেলগী ঈশিংদা চোংথরম্মী। শামুনা নিংথৌ সনানাক য়োগদবা লম্বিয়োনমদা ভাইরবদা যাম্মুং মহারাজনা উচেক মতু অনি অদু খুঙ্গৎলদুনা ভেজয় থোংলগ শামু তম্না থাখিরম্মী। উচেক মতুগী তেল অমবা হেক পানবদা শামু অদু ভোবোক ভোরবা রূপাগী লাংজা অমা ওন্দুনা মহারাজ তম্ন পাইশিনখি। উচেক মতু অমা অদুনা অমুক তেঙ্গা থোংদুনা মহারাজন' লাংজা তম্ন' কাপলে। তেম্না পানবদা লাংজা অদ মণি মতুম অমা ওইদুনা ভাখি। মহারাজনা মণি অদু খুঙ্গৎকে তৌবদা ঐদি ঈশিংদ লুপ্লদুনা মতু' অদু উহৌদমে; ঈশিংদ' লুপ্লবদা ঐস্তু মিকপ থোকলে। ঐগী মত অসি সত্তা পূম্নমকস্ত খনবিযু—ঐদি (ঐগীদি নত্তনা) মহারাজগী অমস্তুং লৈপাকী অফবা ওইগত্রা হাযনা নীংঙ্কে।

ধনঞ্জয—মনাও ইবুংভোগী মত অসি মহারাজগী অমস্তুং লৈপাকী অফবা ওইগনি হাযনা নীংঙ্গে। খোইদোকপদি মহারাজগী দুশা মতানস্তু—

কুরুক্তেহ পূর্ব্ব সংপুত্রং তপঃ খ্যতিঞ্চ পৌরুষং।
গজাশ্ব বাহনং সৌখ্যং স্বাদশায়াং বৃহস্পতিঃ।

হায়বা অদুস্তু তারি। অদুগা প্রত্যক্তবদদি খু খু খা—

ভৌইগুম্বসুং ধনঞ্জয়গী বা লোইহ্রিবৈদা থোংভাকপা মিপা অমা থরা ফিংলপ্পা চংলকতুনা লাপলপ্পা সনা মাংদা থুরুপুদক কুন্দুনা বণ শানা থুং জোড় তৌদুনা সনায়াথং ভাইরে। মাদু উরবদা খগেন্দ্র মহারাজনা হায়রকই—"পণ্ডিতকী বা মরক থারনা ঐনা করিগুম্বা অমতং হায়নিংভি—থোংভাকপা অসিনা লাকইবা অসি কনা ফিংনা লাকপগুম তৌই। দ্বারী! করি হায়নিংবা লৈবগে?"

দ্বারী—মহারাজ! লানগী পাওনি হায়দুনা শগোল তোংবা মিপা অমা থোংদা থুংভরে। পনবা য়াবা নত্তবা মাল্লে হায়দুনা মনাই রাম্বগী য়াথং লৌদুনা নমাই ঐহাক দরবারমক য়ৌনা চংজ-রক্লবা অসিনি।

মহারাজ—করি দ্বারী! মিপা অদু থুনা পুশিল্লকউ।

সভা অদু অমুক পুমচীক চীকখ্রে। মী পুম্নমক যোজৌবীনা লাইজ ঈরা ভাইবগুম্বা থোংলোমদা চপ মান্ননা য়েংদুনা লৈখি। হন্দকী লানগী পাউ পুরকই হায়রিবা মিপা অসিদি ভসাই ইম্ফাল ভুরেম মপান্দা ঐথোয়গা উনখ্রবা শকহেনবা পাথং অদুনি হায়বা লাইরিক পাবিরিবশিংনা লায়না পান্দম লাকপা হুম্বিগ্রি হায়না মীংজে। মাগী মমিংদি "লবঙ্গ" কৌই।

লবঙ্গনা সনামাং তাম্না অপনবা লৈভনা চংশিল্লকতুনা নমা চরণদা দণ্ডবৎ প্রণাম তৌখি অমসুং খুৎলোম্নরদুনা সনা য়াথং ভাইখি।

মহারাজ—ইপা নংবু কনাবো? নংনা পুরকই হায়বা লানগী পাও অদু মকম করম্বদা য়েক্লবা কনানা লান্দায়রক্লবগে থুনা তক্লবো;

ঐহাক অমসুং রাজসভা অসিদা তিল্লিবা মী পুম্নমক ওলাংখোদা লোজোবীনা লাইজ লীক্লা ভাইদুনা লৈরবনি।

লাম্বাও পুরকপা নিপা—মহারাজ! ননাই ঐহাক ককনুং কৈরোই লাকপগী মচানি। ননাই ঐগী ইমিং লবঙ্গ কৌই। মণিপুর সনা লৈবাক অসিদা খাগিনা লান্দাররে; চৌখে চৌঅাংদা লাম্বন শাদুনা লৈরে, মাদুদগী লমলাই, ককসুং পোয়রাবীনচিংবা মকম পুম্নমক অসিদা চানবা চৌপ্পাক তান্দুনা মকম পুম্নমক অসিদা লৈবা মী পুম্নমক অমত্তা চখোক-চৎশিন তৌহন্দনা খিংদুনা থমখ্রে। মখোয় অদু মী ফাওবা চায় হায়না তায়; কনা অমত্তা সনা কোসুং তাম্না পাও অসি পুবিনবা মী লিকম খংদ্রে। মরম অসিনা কনাগী থোইনশিন য়াওদনা ঐবু পোকপা পলেম পম্থৌ ফাওবা তাক্লমদনা লৈবাক্কীদমক, শ্রীযুৎ মহারাজগীদমক থবাই থারবসু থাখ্রগে হায়দুনা চেপ্পরক্লিবা অসিনি; ভসি সুমিৎ হৃমি অসি মকম পুম্নমক অসিগী প্রজা অপুম্বা অবাবগী ঈপাক্তা তাদুনা লৈরে।

মহারাজ—বাবাজীগী বা মরক্তা থৎখ্রে; হৌজিক অবস্থাদা য়াম্রবনিনা বা অদু শমজিন্না তাকপিয়ো।

ধনঞ্জয়—পুম্নমক মহারাজগী অফবা ওইগনি। শ্রীযুৎ মহারাজনা সুংজেং পুখ্রিদগী থাং খোৗবোম্বা থাংগুনা তা কংগনি হায়রবা অদি শুরাপদা লৈবা বানি। হৌজিক্তি থোকদোরিবা লাম অসিগী প্রজাদা অঙ্গম-অখৌ পুম্নমকা থম্নবিয়ো।

মহারাজ—ঙসি তিল্লিবা সভা অসিদি মরম অমি খোঙ্গা কাম্নরবা হায়বদুনি। লৈপাকী লুচিংবা অকন-অথৌ পূন্নমক মৈতৈ জাৎকী ইকাইথুম্নরবা ভাক্লবগীদমক অমম্তুং ঐখোয়গী মুংশিরবী গনেম, মণিপুর সনা লৈপাক অসিবু তমশিন্নকইবা য়েক্লবা অসিদগী কম্নজব-গীদমক অমুক মতম মাংহনবা তৌবিদনা মতিক চানা শেম-শাবিরে। লানগী পুং থীল্লসনু, মাইকৈ মরিদা শগোল পাও চেল্লসনু। ইনাওতোন য়াইকুল লাকপনা পাও পুরকইবা অভাং অসিগী চান থক্লবা থৌরাং তৌবিয়ু—মতুংদা মতম চাম্না মহাকী মন পীসি।

অঙম-অথৌ ভম্রা লানগী নোংমৈ কাপলে, মাইকৈ মরিমক শগোল পাওনা নিরে—"লৈপাক মচাশা! থামেল চৎপা শেৎনিংব্রা? লোলাই কৈনা তোংনিংব্রা? নরৈপাক ভাক্লবগীদমক য়েক্লববু হাৎলো মত্রগা থবাই থারো; মৈতৈ ওইনা পোক্কুনা মৈতৈগী ঈনা বসী শিংলীদা চেল্লিভৈদা নরৈপাকীদমক থবাই থাবা পাম্মুবরা"—

জননী জন্মভুমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী।

## শগোল তোংবা পাখং অদুবু কনানো ?

মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপগী লৈকোন হায়বা অসি মতম অমুক্লী শেংলনবা পোৎ অমা ওইনা থোকখি। মাংদা ইম্ফাল ভুরেন্দ্র খোমই-খোইনা চেল্লি, ইম্ফাল ভুরেন্দগী লৈকোন্দা হেক চংবা য়ানবা লীরংজন্ চুম্নবা লম্বী মচা অমা লৈরম্মী। লম্বী অদুগী মাক-য়েৎ-ওইদা লেমুপ

তৌবা অয়াম্বা লৈগী জাৎ—যাতি, যুতি, মালিকা, মালতি, লবঙ্গ, কুন্দামলৈ অসিনচিংবা মনম মুংশিল্লবা লৈরাং জাৎ; বসন্ত ঋতু ওইবনা হৈরাং-লৈরাং পূম্নমক ভম্না অনৌবা য়েনীং হুল্লে; অয়াপ্পদা গোলাপকী কৈদোমদা অশংবা মনা মরক্তা পোম্বোম শাৎলবা লৈরাংবা সনাগী লীক্তা মণি থাবরগুম নিংথিজরি। খোংজোম ফবনা মতম চাদনা শাৎলবা তথেল্লেনা অয়েংবা মীগী পুক্নিং শুজ্জৎনরি। তিংথংগী মনা মরক্তা লৈরাং কেতুকীস্থু মপু থাইরাকপগী নীংবা কায়খিগনি হায়বগী মতাগুম্না লৈকোন্দা চংলকপা মনম থংবা জীব পূম্নমকপু ভাওহল্লি। লম্বী নাক য়েংথ ওইগী মকম চানা থারবা লৈরাংগী জাৎনা লৈতেংলবা লৈকোন অদুগী ময়ায়দা চপচানা ওন্দুনা তৌরবা পুখ্রি—পুখ্রি অদুদা থরো অভাংবা, অশংবা, অয়াম্বা মচুগী থম্বাল। পুখ্রিগী চিথেক মরিদা মাংকৌনবা শিঙ্গারৈ। মচুগী মরক অদুদা লল্লপ লল্লপ্না লৈরাংগী অরূম্বনা মশা হাঁইথররবা কবোক্লে। চিথহৈদে হায়বগী মতাগুম থারবা হাওরৈ, ময়াংলৈ, খুজং, লফুরিক অসিনচিংবা শিদবনিনা নিংথিরবী লৈরাংশিং অসিগী মরক মরক্তা কৈদোম. মচা মচা য়েপ্লি। লাইবক চাউবী সনারৈ! মীগী শিম্বা অয়াম্বদি নংনা পুরে। তৌইগুম্বস্থং তৌবিমল থংত্রবা মীওইবা কয়ানা নংবু লুনা চান্না তৌবগে? মেরা থাস্থ হৌখরে—লৈরাং অতৈবা উত্রবদা মেরা থাগী নিয়ম পুনবা গুরুনা নংবু শেম্বা নত্রা? হৌজিক শরৎ থানা হৌখ্রবদা নখোই থরনা করিগী চিথহৌদুনা মপুগী লৈকোল ভাক্লিবা? মীনা থারুদনা হৌরকপী লৈপাক্লে! ফনাগী য়াথং লৌদুনা মপুগী লৈকোল অসিদা শাৎলিবা? নংবুদি

পান্নদে—তাইবংপান ওন্নবী লৈরাংও। মনাম্না হান্না চোংবদি য়েক্লবা য়ানগনি হায়না খন্দুনা লৈরাং হান্ন উৎপন্না ? কৈ, নংস্ন মাসিদদি শাৎচো। লৈকোনগী অকোয়বদা চিগোংলে পাম্বী অয়িৎপগুম মনা অমতা য়োনা হেক্সৎতে। মশা অপূম্বা সনা মাল্লবা লৈরাংবা য়োমখ্রে; মরক মরক্তা কনাগুম্বী লৈচনখংবী শানৌনা মাচোমদা মনা থেৎপগুম্না অনৌবা মনানা থেৎলি। অস্নম্না লৈকোম্না হেক খম্বদা শঙ্গাইগুমাং লৈ—মাতুগী খাঁ-বাং খন্না লাপ্না কয়া চাওদবা হৈরাং পাম্বী তৌইগুম্বম্নং হৈরাং পাম্বী অমতস্ন শংনা লৈজবা কংজদে—কনাগী মথক্তা খোঙ্গুমৈলৈ, কনাগী মথক্তা য়েরুমলৈ, মথক্তা মেলৈ লৈসমা মোংজুমপান, কদাম্বা লৈমুংশি। হৈরাং হৈনৌ পাম্বী! শাওগম্ন মভোন্দা য়েক্তনদি লৈরাং উরি লৈনা কবম্না পানগনি? শঙ্গাই গুমাংদি শংত্রা?—বৃন্দাবন নাপীনা কোয়রি; কুন্দামলৈ, মদনলৈনা হাইখ-হাইখনা শাৎলি; বৃন্দাগী খুবম মনাক্তা কামিনী কুসুম পাম্বী অমনা খুৎনা মেত্তুনা শাবগুম মনা অমত্তা চোইথোক্লনা য়ুংলি। মাতুস্ন শংদে; মুঙ্গারৈ অনিনা তনয়েৎ য়েৎপিরি। শঙ্গাই মাঙ্গোন অদুস্ন মধুমতীনা য়েৎতুনা অভকপা কুঞ্জবন অমা ওইরি। মমাং শঙ্গোইস্ন মরী চৎপা লৈরাংনা য়োম্লি। গমলাদা থাবা লৈরাং অয়াম্বনা লৈতেংলি; শঙ্গাই নাক-য়েৎ-ওইদা কমলা চম্প্রানচিংবা মনম মুংশিরবা মখল মখা অয়াম্বগী হৈরাং। শঙ্গাই মনীংদা হৈকোন, নাক-য়েৎ-ওইদা ইখোল—মাতুদা কোবি, হঙ্গামনচিংবা মতম মতমগী মনা মশীং। ওইবমক মনাও ইবুংভোগী বন অসি স্বর্গগী নন্দন কানন হায়বা অদুমক ওইরবোই নীংবদা লানবা থোক্লোই।

অসিগুম্বা কুঞ্জবন অসিদা খ্বাই পূন্নমক্কুগী হেন্না নিংথিজন্নবা মাইতোম শাৎপা লৈরাং অমা লৈরি—মাচুদি মনাও ইবুংঙোগী থক্তা অমা শাত্রবা, খাদা অমা পোমদ্রবা অমতা পোকপী লৈরাং—কুঞ্জলতানি। মথোক কান্নকপগী হৌনবী পূন্নমক্না মশাদা গুনা শাত্তোক্লম্মী। হৌজিক্কী মতমদা ওইরবদি থাজবা মতম হেন্নে কায়ন্দুনা লৈকাই মীমোক চংবস্থ য়ান্নবনি; তৌইগুম্বস্থং মতম অদুগীদি লৈশাবী ওইবগী ফজরবা মতম ওইনন্নম্মী—চহি তরানিপান্না মপুং হেক কান্নকপদা মাগী নুবতী ওইবগী কলা পূন্নমক মশিং অমতা ৱাৎতনা মশাগী কায়াৎ খুদিংদা নোংথাংগী ইচেনগুম চেন্নম্মী। কুঞ্জলতাগী কুচু অসি ঐখোইনা সনাগা পান্দম্নিংই; কুচুনা সনামক মাল্লবদি ফজদবস্থ য়াই, মাগী কুচু অসিদি য়াম্নদি ঙৌরগা ঈ থাংদবদি নঙে; তৌইগুম্বস্থং য়াম্না ঙৌবা হায়বা অসিনা অমুক মচাকপু (কীচনখিদুনা) থীচনবস্থ ঙমদে। মায়থোং অদু কোইন্নপ তাচ—নংনা মাচুবু থাগা পান্দমনিংলবস্থ য়াগনি। মন্নোল থোক্লবা মিৎসনা থম্বাল অনি অদুনা মী পূন্নমক্কী থম্মোইবু মতম পুন্নমক্তা কৌরি। কৈরবা মীনা তুরি পায়দুনা য়েকপগুম্না মাচুগী মথক্তা কোচরপ তৌবা পীশুম অনি অদুনা লাং ওইদুনা মুংশি খবা মী কনাগী পূক্নিংবু য়েংশিনহল্লোই হায়বস্থ করম হায়গনি? কোদনা কৌবা মল্লবা লৌনম চাগুরবা চিম্বাল অনি অদুনা মী পূন্নমক্কী মিয়েংবু মঙোস্তুদা চিংশিনগে লাক্নরি। যুমলোম্নবী চাইরুম্না শাওরংনবগুম তৌরি। ঙাঙ্রানবা নাকোং অনিদা সনাগী মাইন অনিনা মিকুপ নাচুম য়েংদুনা চোংথরগে হোৎজরি। কোক্কী মোচম

মুম্নবা শম্নাং অদু লমথোই লমহেন্নম্নু শাংদে। কপ্লাক মৈবহি কজবগী মরীদা পামদবা কনাগুম্বা চোংপোয়কপস্তু য়াই হায়রদুনা মাত্নদগী কাপ-মুক হল্লি। রস থংলবী শাইনা লোয়নবী শাইরোন অনিগা তান্নদুনা থম্বাল লৈরিক্কী মতোংগুম্না য়েংনিংবা মীগী পূক্লিং থুংঙবা মিকুপ খুদিংগী শকফম ওল্লি। শংডুদনা ঙাংলবী চিন্দুখী খুনিংঙা খোংথাং খুদিংদা রাৈর পরেং থাংলি। থম্বৌ মানবী খুবোম অমি অদু রাকচীং থাগী চীথহোবা গুলাপকী মচুমক মাল্লি। মাং য়েংই—ফজবা থংবা মীগী মিহৌনফম্নি। তুং তার্বা পাম্মু-মুংশি থংবা মী পূম্নমক্কী পূক্লিং খোইরাংনবনি।

অসিগুম্বা শক অসি পাল্লবী নুপীনা শক্কী ইকাই খুম্নবা থংকম খোকই। মশাংগা চাবা ফিজেৎ— গুলাপ মচু লমযৌবী ফনেক্কা মপুম ফান্নবা খুবোমদা তাবা শক্কা ফিগা শোয়দনা নিংঙাই তৌন-রমগনি—মহৌশানা হিজম মযেক লোনবা পাম্লবস্তু তান্নগদবা খুবোম অদুগী মতা য়েংদুনা লংলবা কবোরং অঙাংবনা অকোযবী লোল্লি। পূম্নমালীক্কা লীকখোম ওই, শন্দ্রেম্বীনা ময়াইদা থীন, লীকলুনা পরেং ওইরগা যন্ত্রপরেংনা লীকপক ওইদুনা থবাক্কী মনীংতম্বা অদুবু কাজিল্লি। ওইগী নাদা চিংগোংলৈ নাচোম। যেৎকী শাইদা লৈহাও হৈরোন। মপুং ফাররবা খুদাংদা সনাগী খুজিনা থাদনা নপ্পা। ওইন্নী থুনীংথোদা সনাগী খুদোপ লাইরেন ময়েক। বসন্তগী মতম ওইবদা কুপ্লবা লংনা কুংনা য়ৈদুনা শান্নবা মরিংফি অদু ইম্নীংরুবা মতাংগুম্না থাংদা কিরি। অসুম্না মহৌশাগী ওইনা শেৎ-চাদ্রুনা কুঞ্জলতানা মতা অনিগা লোইনদুনা মপাবুংগী লৈকোন্দা কোঙ্গবা

মতমদা ভরাং লবঙ্গনা উচুনা মপুক মমুংদা মথোক কারকপগী হৌনবা রাখয়া হংখি—লৈরাং অচুবু কনানো ? ভসিন্থ ভরাংগী মতম অদুবি ; ভরাংগী অদুন্না নীংথিজৈ, ভরাংগী মতৌগুম্না বসন্তগী মলয়া মুংশিংবা তাইবং মীগী পুক্লিংবু অনৌবা রাখলগী ইপাক্তা তাওরম্লে ; ভরাংগুম্না হৈরাং লৈরাং অপূম্বা মতম চানা নোক্তুনা তাইবং মীগী পুক্লিংবু পেলহল্লে। ভরাংগুম্না নোংমগী থবক লোইনচুনা পোম্বী চেক্লা অপূম্বস্থ কৈরাথক্তা ফমচুনা মুংশিবা কোলোয় শক্লে। ভরাংগী মত্তোগুম্না মুমিৎনা চী'য়া থাংখয়ে, ভরাংগী মতৌগুম তময়া কোরি চেল্লে। ভরাংগী মতৌগুম্না মজা ইবেম্মা লতাসনাস্থ লোয়নবী মতা অনী পুচুনা মপাবুংগী লৈকোন্দা থোরক্লে। পূম্নমক ভরাংগী মতৌগুম্মী। তৌইগুম্বস্থং ভরাংগুম্না ইম্ফাল ভুরেলগী তোর্বান্দা শগোল তোংবা পাখং অদুবুদি উত্রে। য়াঙ্গংলবী ইম্ফাল ভুরেনস্থ ভরাংগুম্না খোইখোইনা চেল্লি ; লতাগী লাংতক্কযবা মিৎস্না থম্বাল অনি অচুস্থ অদোমদা চিংনা চিংনা য়েংলি ; তৌইগুম্বস্থং ভরাংগী শগোলতোংবা পাখং অদুদি কদাই ? অয়াম্লদা বকুল পাম্বী অমদা তোংবা য়াদ্রচুনা কাক অমা মশানা কল্লি ; লতাগী মিৎয়েংস্থ ভরাংগী মতৌগুম শগোল লাকপরা হায়চুনা য়েংভি—কাক্লা নমথাক তৌবা উচুনা শাওচুনা লৈতুন্না থাখি। হয়িংখোই অমনা লৈহী চুপ্নমথৈ চুপ্নগা লতাগী শাইদা থেৎলিবা লৈহাও অদু তম্না পাইশিল্লকই—লত্তানা শগোল তোংবা অচুগী পাওরা হায়চুনা মাইকৈ মরি য়েংই ; তৌইগুম্বস্থং লৈহী চুপকম চাদ্রবা অচুদা খোই অচুস্থ অতোম্লা লৈরাং অমা তম্না পাইখ্রে।

অরাপ্পদা কদম পান্থী অমগী মতোন্দ উমাইবী অহল অমা লৈপাক রায়েনগী মন্ত্রীগুম্ব শূক্ক ফাম্ল—লতাগী মিৎয়েংনা ডরাংগী অদু উবরা হায়দুনা রাকৎলি ; তৌইগুম্বসুং কনানো হায়দুনা হংবদা খুমফম খংদবা মরম্না জবান শোয়রে হায়দুনা উমাইবী অদুসু পাইখ্রে। লতাগী লাংতক্ক্রবা থম্মোই অদুনা মালিকাদা, মালতীদা, শেফালিকাদা, নাগেশ্বরদা, করে'করৈদা অক্ষতা চিংখদনা খুজং ফাওবদা হংই "শগোল তোংবা অদুবু কনানো ?" তৌইগুম্বসুং কনানা খুমগনি ? লমগী চেক্লানা হাইহাক চাক ত রগা চীকমাংনখি-বগুম্না মাংখ্রবা অদুবু কনানা কনানো হায়বা খংগনি ? তৌইগুম্বসুং লাংতক্ক্রবা লতাগী পুক্লিংনা অতৈপা লৈতনা হংলি—

শগোল তোংবা পাখং অদুবু কনানো ?

---

## খাগিগী লানফম

লবঙ্গনা লানগী পাও পুরকপগী মতুং নোং হেক ডানবদা মৈতৈ-লাম্মী পূম্বনক শেম-শারদুনা মনাও ইবুংঙো খ্'হরকপনা চিংদুনা চীখ্রে চীখ্রোংতম্না যাত্রা তৌরক্লে। চীখ্রে চীখ্রোংদা কাংবু অনীমক্কী লাম্মী অদু অকনবা লান থেংনরে। তৌইগুম্বসুং মৈতৈবু ভম্মগনি হায়দুনা চাং য়েংদুনা লাক্লবা খাগীগী লাম্মী মমাংদা কনানা থাংগনি ? লান্দা খোংফম হনবা থংদ্রবা মনাও ইবুংঙোগা লোয়নননা মৈতৈ লাম্মী পূম্বনক হাল্ল হায়বা খংদনা

থোংকাপ অনী হন অমা চং, অহুম হন অনী চং, মথং মথং হন্দোকখিরম্মী। লান অসিদা লবঙ্গস্তু কনা অমগী থোদা য়াওদনা চংখিরম্মি অমসুং লানফমদা মপুগী নীংবা মতুং ইন্না যেক্লবগী মথক্কা মতম চানা লান্দাবা উদুনা মনাও ইবুংঙোনস্তু মাবু লান্দা চেকশিল্লবা কান্দা শীজিন্নবা যাম্নবা মীনি হায়না খনখি। মুংথিল অমগী লান অসিদা মনাও ইবুংঙোনস্তু খংলে— মৈতৈ অকল অথৌ পূম্নমক শোয়দনা হন্দক্কী ল'ন অসিদা মাংবা তারে। লানগী অহাংবা মতম অমদা লবঙ্গনা মনাও ইবুংঙোগী মাংদা চংশিল্লক্রদুনা হঙ্গৎখি—"শ্রীযুৎ মনাও ইবুংঙোগী সনা চরন্দা ননাই ঐনা হঙ্গৎচনীংবা অমা লৈরে, হন্দক্কী য়েক্লবা অসি অচম্ব যেক্লবা ওইরোইদৌরি; মনাও ইবুংঙোমক্কী থোগন য়াম্নব লুচিংব মখোই চামদগী হেন্না উরে, লানগী জয় পরা-জয়দি ঈশ্বরগী নোংদম ওইরবস্তু মৈতৈগী পাম্মুবা মণি য়াম্না অরেম্বদা মতম চাদনা মাংবা তারি. মরম অদুনা সনা য়াথং ফংলবদি ননাই ঐহাক সনাকোনুং তন্না চৎতুনা লানগী মরোল পূম্নমক্কা লোয়ননা ননাও ইবুংঙোবুস্তু কৌরুবা পামজে। থোগনলোন কায়বা পূম্নমক সনা চরণনা ভাকপিয়ু।"

খ্বাইরাকপা।—লবঙ্গ। অচুম্বা বানি; ঐহাক অমম্ব ঐহাক্না পুরক্লিবা লাম্মী পূম্নমক আস ঐগী জাৎকী ইকাইথুম্নবা ভাক্লবগীদমক অমসুং ঈরৈপাক কন্নবগী মরীদ মায় ওনবা অমসুং থরাই পাম্মুবদি ভোরোই হায়ববু থবক পাংদনা অরেম্বদা থরাই মাংবা তাই। নংনা শোক্লবা লান উবদা নংবু মৈতৈ ঐখোইগী মণি অমনি খংলে। নংনা লাম্মোং পূম্নমক ভন্না খংলে। ঐদি লানফম চংলক্লবদা ঐনা ইমাম্নবগা

পাম্বা য়ারোই হায়বা অসিদি ইচিন্নদি হায়নিংল্রে। মরম অতুমা ঐহাক অমস্তুং ঐগী ভুং ইন্নীংবা মৈতৈ পূম্নমক ঈরৈপাক্কীদমক, ঐগী তাংকী ইকাই খুম্নব ভাকনবগীদমক পরাই অসি হাম্না থাখিগে তৌইগুম্বসুং, লবঙ্গ! ঐগী পোক্লফম, ঐগী মুংশিবা ইমা—মণিপুর সনা লৈবাক অসিদি অরেম্বদা মাংফদে।

লবঙ্গ! ঐগী বা অসি তারগা মীনদি ঐবু অপংবমি হায়বা য়াই; তৌইগুম্বসুং মৈতৈ ওইনগী ঈন ঐগী শিংলী অমতংদা চেল্লিরেগী মতমদদি ঐনা য়েক্লবগা পাবা ভয়োই হায়বা বা অসিদি ঐগী ইচিন অসিনা হায়দোকপা ভয়োই।

অমুক্কী মফমদা চামরক শিবা তারবসু ঐনা ইবুধৌ পাখংবগী মায় পন্দুনা বাশক্লিবা অসিনি—ঐ শিববু কিরোই। নোংমা পোকপা মচা নোংমা শোয়দনা শিগনি। অতান অকোনবগী মহৌরুদনা ক্ষত্রিয় মচাগী ফজবা মিংচৎ, য়াম্মুং মহারাজগী অমকপা লৈত্রবা গুণ থাদোকপদি ঈরৈপাক্কী—মণিপুর সনা লৈপাক্কী মক্তবা যশকীর্ত্তি অপুম্বা ঐ পোক্তুনা মাংহনলম্বদি ঐহাক ভৌবা ভয়োই। ঐহাকসু কৌরব শাগেবু ভম্বা, খাণ্ডব বন থাবা, যদুবংশবু চমদুনা সুভদ্রাবু লৌবা অদুগুম্বা শাগেদা পোক্লবনি। নংনা হায়ববু খাগিগী অকনবা চাম, চাম নত্তে, লিশিং চাম য়াওরকসনু ঐনা অসি হায় হায়দুনা নংনা ঐবু শাওরবোই নীংগনি—ঐ বাখল ভৌদনা অচুম্বা বাদা শাওবা হৈতে। নংনা হায়বদা অরানবা অমতা য়াওদে। ঐনা মংবু ফংজবা অসি খংহৌদনা তম্ফাখুদোপ ফংজবগুম্বনি—ঐনা মৈতৈ ওইবগী [illegible]বা গঙ্গাজলনা স্নান তৌজবা হেক ফংব, লানফম অশেংবা

তীর্থদা লৈতাদুন ক্ষত্রিয়মচা ওইবা সনাতন ধর্ম্ম ফংবা হেক ভম্বমক্তদা স্বর্গদগী হেল্লবী জন্মভূমি অসিবু শিন্নরক্ষম লৈরোইগদ্রা হায়দুনা রাবনু হৌজিক্তি নহাকুম্বা মরেপাক নুংশিবা থাজবা য়াবা ইনাও অমম্মু ফংজরবা অসিদদি কোক্লে।

লবঙ্গ। মনাইনা থৌগল্লোন কায়বা পূন্নমক সনা চরণমা ভাকপিগনি নীংজে। পুকচেন অমকপা লৈতনা মরেপাক্তীদমক থরাই থাগে লেপ্লবা জাংকী ইকাইখুম্নবনা মশাগী কান্নদবগী হেল্লী হায়না শ্রনবা ভম্নবা মন'ও ইবুঙেঙ'না থরাই পাম্মুদনা মরেপাক কনগে লেপ্লবদা খ'গি'দি থমসনু—স্বর্গগী ইন্দ্ররাজমা বজ্র থুত্তা পায়দুনা চংলক্তুনস্ল লেপ্প' চস্মো'ই। শিবদুর্গাগা কৃপা তৌবিসনু—ভসি মৈতৈনা খা'গিবু ভম্বা নুমিৎনি।

(অরাপ্পদা—জয় জয় দুর্গমাইকী জয়)

খাইরাকপা।—ক'রিনো? লাওরিবা অসিবু মৈতৈগী লানগী খোঞ্জেল্লি। লৈপা'ক্তা অরাবা' তারিবৈ অসিদা ধর্ম্ম থংদবা, পুকচেল পিক্লবা কনানা নিংথৌ থুবম মুনগে হাযদুনা লান হৌরদ্রা? নক্রগা নিংথৌগী থুবমগীদমক্তা কনাগুম্বনা খাগিগী মীচং চংদুন ঐখোইগী ইথক্তা লান্দারকপরা? লৈবাক মচাশা! থুংলাই পায়বিয়ো। কত্তরবা জাংকী য়েক্লব' ওইবা পাপচেনবশিং অসি চান্না... ...।

মনাও ইবুঙেগী বা লোইদ্রিবৈনা অমুক্তা—জয় জয় দুর্গা মাইকী জয়। খগেন্দ্র মহারাজগী জয়।

খাইরাকপা।—করি?

## খাগিগী লানফম

লবঙ্গ। সনা পুক্লিং তপথবিয়ু, অতৈ করিস্ন নত্তে; লান কল্লে অমস্নুং য়েক্লবা অসি অচম্বা নত্তে হায়ব খংলদুনা নয়াম্নুং মহারাজনা মনাও ইবুঙ্ঙোবু লাম্বাংব থারক্লে। ননাই ঐনা হঙ্গৎচখিবা অদুনি, ঙসি মৈতৈনা খাগিবু ঙম্বা নুমিৎনি

ঙাইহাক নৈরগা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপস্নু থুংলরে অমস্নুং লানগী অথুপ্পা রা পুন্নমক তান্নরে।

ঙসি মৈতৈগী লাইরক্কী চাংয়েংনবা নুমিৎনি। অমরোমদা মৈতৈগী মায়ওনব' খংদ্রবা অকন-অথৌ অদুগ' অমরোমদা খাগিগী হৈশিংলবা লাম্মী। অকনবা লান থেংনরে। তেন্না অতিয়া মকোই কুপখরে। নোংমৈগী খোংশ্লেন্না এক্ত তাবগুম মায়কৈ তরা নিনখরে। মায়কৈ অনৌগী লাম্মী মাগী মাগী ক্ষংৎকী ইকাইখুম্নবা ঙাক্লবগীদমক মথবাই খুবাক্ত' হাপ্তুনা চংশিন্নরক্লে। মশীং নাইদ্রবা অকন অথৌশিংনা মরৈপাক্কী সন্মান ঙাক্লবা মাগী জাৎকী মুংশিব' উৎনবগীদমক থাংগী অগোই শাদুনা চোংশিন্নরক্লে। লান ঙম্বগী হরাওবা খোঙ্লেল মায়থীবগী অরাবা তেংথাবনা নিনবদা কনানা কনাগী মরা তবা ফংগনি? মনাও ইবুংঙো খুইরাকপগা খাগি লুচিংবা পুমলেনগা থাংগী অকনবা লান শোক্লরি, মশা মশা থাংনা য়োম্নখ্রে। থাং থাং য়াম্নবগী মৈরিক্লা মায়কৈ তরা ঙানখরে, জয় পরাজয় খংনদরে। মায়কৈ অনীমক তোয়না তোয়না নোংশাগী লাম্লাও লাওনরক্লে; সিংহনাদগী ধ্বনিনা পৃথিমাতা অসি থ্রুক থ্রুক নিকখ্রে!

অস্নুম তৌরিঙৈদা নিংগী পন্দগী মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপনা জয়ধ্বনি লাওদুনা লাম্বাংবা চংশিল্লক্লে।—মৈতৈ অকনবা

থম্ম অসি পাবমক ভমদ্রিবৈনা অমুক অমোৎবা ডেঙ্গোন থোমজিল্লকপা উড়ুবা খাগিগী লাম্মী পূম্নমক শমজি খাইডুনা চেম্নখ্রে। হৌজিক্তা খাংগী জগোই শারম্বা হৌজিক্তা নোংশাগী লাল্লাও লাওরম্বা হৌজিক্তা খাগিগী লান্দা হৈ-শিংবা উত্তুনা মৈতৈগী লুচিংবা অপূম্ববু অরাকম্না কুম্মংনহল্লম্বা খাগিগী লাম্মীশিং অডু পাম্ব কৈরেম্না যল্লুপ্তা তারবদা কাওরেন ষণবী ষম্ন'ও অপুম্বনা মায়কৈ মরীদা কায়ডুনা চেম্নবগুম্না চেম্নখরে। শল্লুপ কারডুনা চেল্লব' ষণবী ষম্নাও মরক্তগী কৈনা মরাইবক থীবা ষণ থররবু লাকপগুম্না মরাইবক থীবা খাগি কয়া মৈতৈগী মখুত্তা প্রাণ থারে। অসুম্না যেক্লবনা ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম মাংখ্রবদা মৈতৈ লাম্মী অপুম্বা লানশংদা হজ্ঞিন্দুনা সুংঙাইনা জয়ধ্বনি লাউরু লাউরডুনা হরাও-কুম্মে তৌরডুনা লৈনখ্রে। মবুক অসিদা লবঙ্গনা মনাও ইবুঙ্গো খাইয়াকপগী সনা মাংদা চংলক্তুনা হঙ্গংখি—"মনাও ইবুংঙোগী সনা চরণদা নন'ই ঐনা হঙ্গৎচনিংবা অমা লৈরে। হঙ্গক যেক্লবশিংনা চেনখিবা মতা অসি উরগা পুক্নিংদা চিংনবা অমা পোকই। মখোইনা চেনখিবা অসিনা লান লোইরে হেক হায়বা য়ারোইগদ্রা হায়না নীংই। লুচিংবা অমতা শোকখিদ্রে; অকনবা অমতা হাৎহৌদ্রে। মরম অডুনা মনাও ইবুংঙোনা সনা বুদ্ধি তৌবিডুনা মতম থরদংদি শেম শাডুনা লৈবিখিবনা থোকপ্রা হায়না খঞ্জরি। থোইদোকপদি হন্দকী লান অসিদা মখোইনা সনা কোম্মুং তম্মক্তনা কোম্মুংদগী অস্ত্রপ থাপ্রা লাম্বন শাররিবা অসিগী মরম করিনো? কৌক্তিকমক মৈতৈগী অকম অখোৌ থরা পন্দনা সনা কোম্মুং তাম্না চেন্দুনা কোম্মুংগী অবস্থা য়েংলুবনা চুম্মি সেনাপতি ওইডুনা লেংবিরক্লিবা মনাও ইবুঙ্গোম্নু হয়েং নোং হেক

ঙানবগা পনবিবা তৌদনা সনাকোম্নুং তান্না লেংখৎপিরকউ ননাই ঐহাকমক হৌজিক সনা কোম্নুং তম্না চৎচরগে। অকনবা কনা অথোবা কনা লৈবা?—কোম্নুংগী অবস্থ য়েংলুবনা চুম্মি। ইতোমতা চৎপদা কিবা নত্তে; হৌজিক অসি লম্বী অপূম্বা য়েক্লতিখ্রং লৈতে হায়বা য়াদ্রি; অমনা শিংখ্রুবদা অমনা পাও অমরোমদা ওইরবস্সু য়ৌদবা য়াদে।" অসি হায়দুনা লবঙ্গনা মরুপ মধু চৌদুনা মনাও ইবুংঙোগী য়াপং মতুংইন্না ইম্ফাল কোম্নুং তম্না য়াঙ্গোই থুকপ থাদুনা চেনখৎখ্রে।

মণিপুর রাজদরবারদনি। মনাও ইবুঙেচ অনি নত্তনা মন্ত্রী, ধনঞ্জয় পণ্ডিতন'চংব' পাত্রমন্ত্রী অপুম্বা তিল্লে। রাজসভাদা ধনঞ্জয় পণ্ডিতনা রা তৌদোক্লকই। লান ঙম্লে হাযবা পাওনিনখোলমথৈদি তারে; তোইগুম্বস্নুং লানগী পাও অশেংব অমতা হৌজিক ফাওবা ফংদবা অসিবু করিননো? মনাও ইবুংঙো' অনী, অকন অথো কনাগুম্বা লান্দা শোকপা ( ওইদবদি ওইসন্নু ) যাওবনরা?

মহারাজ খগেন্দ্র।—লানগী পাও ওস্থোক্লা তানীংলে। ঙসি ওইগী পাম্বোম, ওইগী মিৎ তত্তন' চোংই। নোঙ্গোবীনা কুমগী লাইজ ঈরা ফংবদা হরাওবগুম, হৌজিকমক লানগী পাউ তারবদি ঐগী পুক্লিং অসিদা অঙৈংবা ওইগনি। হিঃ—লানগী পাও ওস্থোক্লা তানীংলে।

থোংশংবা।—মহারাজ ননাই লবঙ্গ লানফমদগী হল্লক্রে। সনা য়াথং লৌরু হায়দুনা ননাই ঐবু থ'র'ক্লবা অসিনি।

মহারাজ।—করি হ্বারী? ঐগী থরাই ওইরবা লবঙ্গব থোঙ্গা করি থিংফম লৈবগে? থীল্লে, হৌজিকমক চংলক্ত না সভাগী পুক্লিঙ্গা থৌরাংঙিবা অসি ইংহল্লো হায়য়ু।

লবঙ্গ।—( নিংথৌ সনা চরণদা সাষ্টাঙ্গ প্রণাম তৌদুনা ) মহারাজ! নোংশাবু ঙন্নবা ননাও ইবুংঙো অনিগী মাংদা খাগিগী লান্মী অপুম্বা কায়দুনা চেন্নথরে। খাগিগী অকনবা, খাগিগী অথৌবা অমতা ভুখিদে হায়বগী চিংনদুনা ননাও ইবুংঙো অনিনা সনা কোন্নুংগী অবস্থা য়েংনবগীদমক ননাই ঐখোই অনিবু থারকলিবনি। য়েক্লবা অপুম্বনা ঈপাক্তা কোঙ্গোল তাকপগুম হেক মাংখিবা মরম্না লান লোইরে হায়বা ঙমদদুনা মৈতৈগী অকল অথৌ অপুম্বা লান্বন থুগাইবা ঙম্নদনা লৈহৌরি। সনা কোন্নুংনা য়ৈখাই থিঙ্গ'ই লৈতনা লৈরম্বা অসি উরবা অসিদা লন্মী চৎপগী, লানগী অবাবা পূম্নমক কোক্লে।

( অরাপ্পদা—লানগী ধ্বনি, খাগি জাৎনা জয় ওইরে। খুজিল মমাইদা পাক্লবা মণিপুরদা তেংবানবা অপুম্ববু মায়থীবা পীবা ঙম্বা খাগিনা মায়থীগদ্রা? জয়, জয়! খাগিগী জয়। )

মহারাজ।—করি? অসিদা অমুক লানগী খোঞ্জেন।

লবঙ্গ।—মহারাজ! সনা পুক্লিং তপথবিয়ু। ননাই ঐনা চিংনরকপা অদুমক থোকলরে।

মধু।—সনা পুক্লিং তপথবিয়ু। ননাই ঐখোই অনিনা লৈরিভৈদা খাগি মানা করি তৌরনি? ইপা সেনাপতিগী মচানি; মণিপুর সনা লৈপাক্কী ময়োল ইম্ফাল কোন্নুংদা পোকপা মচানি। পূম্নমক কুম্মৈ য়েংসনু; মনাও ইবুংঙো অনিনা লেংঙক্তিব্রা কাওবা ননাই ঐ ইতোমদনা খাগি থেংনগে? শিরে করে, কত্রিয় মচানি, লবঙ্গদা মহারাজ অমম্বুং সনা কোন্নুং শিন্নমগা সনাক্তম ধর্ম্ম কংখিগে।

লবঙ্গ।—ঐগী ইতাও মধুনা হায়বা তাবদা থরাইদা অনৌবা আশা পোকই। খাগি মখোইনা কনগে কনসমু ঐখোইগী শিংলীদা মৈতৈ ঈনা চেল্লিভেদা কনাবু কিরুগনি? ইতাওস্তু লান্দা মাঙ্গৈপাকসমু নত্রগা শিসমু; ঐগীসু অদুমভাই। ঐ অমা নং অমা মহাক অমা শিবা লায়! মহারাজ শোকফদে, মণিপুর সনা লৈপাক কায়কদে। লৈপাক কায়কদে। লৈপাক মচাশা! মরৈপাক মুংশিবা য়াওবরা? দোলাই কৈনা তোংনীদ্রা? খামেন চৎপা শেৎনীংদ্রা? নিংথৌ-কি ফংনীংদ্রা? পূম্নমক অরায়বান। নরৈপাক্কীদমক শোয়দনা ভমগদবা হকচাং কথোক্কুনা মাংভরোইদবা মিংচৎ ফংনীংদ্রা? মিংচৎ থনম্মু। মতম অসিগী মৈতৈগী ঝারী তুংদা লাক্কদবা নহারোনগী থম্মোইদা য়েকসমু। হকচাংদি নানিদা মাংগদবনি। মিংচৎনা লেংদবনি।

কীর্ত্তির্যস্য সঃ জীবতি।

---

# নিংথৌ খাগেম্বা*

খাগেম্বা হায়বা মৈতৈ নিংথৌ অসিগী মিং অসি মৈতৈগী অহৈ অশিং পূম্নমক্কী পুক্নিং অমস্তুং চীম্বান্দা কুম্বীকালেন থায়দনা শাৎলবা লৈরাংগুম্বনি। ঝায়েনবা অভম্বনা অতৈ প্রমাণ অমা লাম্বা ফংভক্কুবদা খাগেম্বা মোংয়াম্বা হাক্কক্কুগী চৎলক্লবনি হায়দুনা ঝারোইনৈ। লৈপাক মীয়াম তিম্নবদা ঝ কক্থোক-কক্শিনগী ভমখৈ থিবা ফংদ্রবদা অশিংবা কমানা খাগেম্বা হাক্কক্কুগী অসুম তৌরক্লবনি হায়দুনা অথৌবা ছোরিগুম্না য়েৎনখিবা মরৈ পূম্নমক লায়না ককপা ভম্নরি অসুম্বা

ঐখোইগী মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা মৈতৈগী বায়েনশংদা, মীয়াম তিনবা সভাদা, বাখল পোত্থিগী লম্বীদা, মৈতৈগী চৎনবী কুহিদা ঐখোইগী মমাংতৈগী সভ্যতাগী মরীদা, মৈতৈ ঈশৈদা থোইদোকপদি মৈতৈ সাহিত্যদা কালেন থাদা অহিং মুংথিল তত্তনা খোংদুনা পাইখিবা চীংগী চেক্লা অদুগুম্না মকম মকম খুদিংদা তত্তনা পারি। মথক্তা লানগী বা পূম্নমক তারগা ঐখোইনা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎপু থাগৎপগী মহুত্তা অমা ওইনা নীংবস্থ য়াই। তৌইগুম্বস্নুং মহাক অসি লান্দা মাযওনবা খংদ্রবা অথৌবা নিপা অমা ওইরম্মি। মহাক্তী মপাম্বোমগী পাঙ্গম্না মায়কৈ মরীগী চীংগী হাওনচিংবা অপুম্ববু থাঙ্গৈশেংনা মণিপুরগী পঙ্ভাকপগী মশক ওইনা থম্বা ভম্রবা নিংথৌ অমা ওইরম্মী। মহাক অসি রাজনীতিগী মরমদস্থ ওইথোক্তনা হৈ-শিংবা নিংগৌনি। মহাক্না লৈপাক্কী থুৎ-শা হৈবা অসি চাওখৎনবগীদমক শ্রীহট্ট অমস্নুং কাছাড়-নচিংবা মক্মদা কোল-লীক শাবা মী থাখিরম্মি। মাগী মতমদা মণিপুরদা মুসলমান য়াম্না থুন্দাখি। লৈপাক্কী লৈশেম তুশেম্বগী মরীদস্থ মহাক অসি য়াম্না পুক্নিং চংলম্মী। অস্নুম্না অয়াম্বা গুণনা লৈতেংবা নিংথৌ খাগেম্বনি।

লৈপাক্কী মীয়াম্না লানগী শেমশাত্রবদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎস্থ লানগীদমক শেম শাখরে। লেমহৌবা লৈপাক্কী পাত্রমন্ত্রী পূম্নমক তারদুনা সুমিৎ অদু খংগুনা তা অমস্নুং থাং খোবোম্বা চাংক্লেংবা সুমিৎনি হায়না লেপ্লরে।

বসন্তগী অহিংদনি। নিন্দুং তৃতিয়াগী ইংলবা থাবম্না মালেম অপুম্বা কুপখ্রে। ইম্ফাল তুরেলগী তোর্ব্বান্দা, পাওনম হিদেনগী

মনাক্তা মৈতৈ অমস্নুং খাগিগী লাম্মী পূন্নমক অমুক মায়য়োক্নরে। খাগিগী লাম্মীস্ন হন্দক ভমথ্রবদি মখোইনা নীংলকপা কায়রগনি হায়না খংনা মথবাই খুবাক্তা হাপ্তুনা শোক্নখ্রে। লবঙ্গ, মধু অমস্নুং মৈতৈগী লাম্মী অপুন্বস্ন মনাও ইবুংঙো অমিনা লেংঙক্তিন্দ্রেদো খাগিনা ভমথ্রবদি মা'বা তাই অমস্নুং মৈতৈ ওইনা পোকপগী কায়রগে হায়বা খংবা শোক্নরে। অস্নুম্না জয় পরাজয় খংদনা মায়কৈ অনীমক পুং তক্নক মথবাই পাম্মুবা লৈতনা শোক্নখিরম্মি।

মীগী ঈনা ইম্ফাল তুরেলগী তোর্বান অপুম্ব' ভাংখ্রে। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা মধু অমস্নুং লবঙ্গগী লানগী পাও তাবদা ভমথৈ লৈতনা পেনখি। তোইগুম্বস্নুং অরেম্বদা মীতৈ লাম্মী ময়াম্ব' লানকমদা খবাই মাংবা অদু তারদুনা নিংথৌ মশামক লান চংগে হায়দুনা লেপখির্বাম্মি।

লবঙ্গ অমস্নুং মধুনা ভম্বমথৈ খাগিগী লাম্মীশিংগীবু খিংবা হোৎনরম্মী; তোইগুম্বস্নুং মনাও ইবুঙ্ঙো অনীমক্কা পাবা রাক্কদুনা, হৈ-শিংলবা খাগিগী লাম্মীশিংগা কয়া কুইনা থেংনগনি! হন্নি হায়বা খন্দনা মৈতৈ লাম্মী অপুম্বা খরা সনা কোম্মুংলোমদা হনখিরম্মি। মৈতৈ লাম্মীশিংনা সনাকোম্মুং পণ য়োৗরক্নবদ' কোম্মুং অপুম্বা পূম্নাং লাংনরে। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা কোম্মুংদা লৈবা মী পূম্নমক্পু খামজিন্দুনা খংগুনা তা অমস্নুং থাং খোবোম থুক্তা পায়রদুনা লাক্কংলক্নে। মৈতৈ লাম্মী অপুম্বা অমুক অনৌবা থবাই কংবগুমনা অকিবা পূম্নমক খাদোক্তুনা অমুক নোহোমা খাগিগী মথক্তা লাম্দাম্বি। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকা খাগী লুচিংবা মীচাবগা থীন্দনা মায়য়োক্নরে। অনিমক্কী খাংগী অমস্নুং অমীমক্কী লাম্মী অপুম্বা ভক্নখি।

অসুম্না ভাইহাক-পুঙ্গোই লাম্থেংমরবা মতুংদা মাইথতাম লোই-শংদা নোংভানবু য়েবা তাখিরম্মি। উনা উনা চিথৈ ফিড়ুপ হুনবা উরে। অহিংগী অতিয়াদা শাৎলম্বা থরানমিচাকী লৈরাং পূম্নমক অময়মদা ওইনা উমশিনথরে। ময়মওকপা কাক মঙা-তরা খোংবা তারে। চরোই তেতুগী খোঞ্জেম্না অতনবা কাকমথৈম্ন য়াকাইরে। মাড়ু পূম্নমক তাবা অমসুং উবদা মৈতৈ লাম্মী পূম্নমক অমুক্তা ওইনা ডুর্গামাই লাউখি। খাগিশিংস্থ নোং চাম্নন। ভাল্লবদি চাম্নন। মাংবা তারে হায়ড়ুনা মথরাই পাম্মুবা থাদোক্কুনা নোংশাগী লাল্লাও লাউড়ুনা ফুজিল্লক্লম্মি। মহারাজ খোগেন্দ্রজিৎনা থংশুনা তা শিজিন্নবা মতম চারমাল্লে হায়না খন্দুনা তা অড়ু শৎলড়ুনা খাগি তন্না হুল্লে। অশোয়বা মাইদ্রবা লাইনা থাবা খুৎলাই অড়ুনা পান্দুনা খাগিগী লুচিংবা অড়ু ভুরে। তৌইগুম্বসুং খাগিগী অকনবশিং অড়ু লুচিংবনা ভুখিবা অড়দা চেনবা ভৌদ্রে; ইকাইবা, মুংশিবা অমসুং নীংবা কায়বগী মুংভাইতবা ময়মনা শিবা পাম্মুদড়ুনা অউবা মৈতৈ পূম্নমকী মথক্তা লান্নবা নোংশাগুম্না লান্দাখি।

মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা থাং খৌবোম্বা খুৎতা পায়রড়ুনা থাংগী জগোই শার শারড়ুনা খাগিগী অকন অথৌ পূম্নমকপু য়েন্দেম শোইবগুম শোইবা হৌরক্লে। পাংম্বে উদ্রড়ুনা খাগিগী লাম্মী পূম্নমক কায়ড়ুনা চেল্লে! মৈতৈ পূম্নমক লান ভল্লে হায়বা খংনবা ডুর্গামাই লাউরে। কোম্মুং অপূম্বা পুং শেনগী খোঞ্জেম্না নিমখ্রে।

অসুম্না খাগিগী লাম্মী পূম্নমক অড়ুবু মায়থীবা পী হায়ড়ুনা মৈতৈ পূম্নমক্না মহারাজ খগেন্দ্রজিৎপু খাগেম্বা হায়বা মিংথোন অসি থোনখি।

# নঙ্গংলাংগী লৈবাক কায়রিনিকো সনাহল!

চীথৈ ফিদুপ হেক হুনবমক্তা, মরম ওকপা কাক মঙা তরাগী তন্না খোংবা খোঞ্জেল তাদুনা কুণ্ডলতানা মনাই অচানবী মালিকাবু হৌদোক্লুনা শঙ্গাইগী মপান থোরক্লে। থক্তা অমা শাত্রবা, খাদস্ন অমা পোমদ্রবা মনাউইবুংভোগী নাইতোম শাৎপা লৈরাং কুণ্ডলতা হায়বী মমোম অসি নিংথৌ মচা ওইবগী চাওথোকপা হৈরমদে। অস্নন্না নিত্তিগী অয়ুক্কী 'যন্দা অহানবদা তৌদুনা মনাইশিংগা লোয়ন লোয়ননা শঙ্গাই মাঙ্গেল শিৎপ-শেংবনচিংবা থবক পূন্নমক কনাগা লৌতাম্নবা তৌদনা লোইথোকই। ভাসিস্নু লতাসনা, অয়ুক্কী ভোগদবা পূন্নমক লোইদুনা থাইনা য়াহৌদ্রভৈনা শিস্থাংরে। পাঙ-ইয়োং তিংথোকতুনা লমথাং খুহ্লৎ লময়োৗনী শিনবাং থোৗবাংদ্রবী—পাঙদেম খুত্তা পায়দুনা "য়েংন হুন্ন ওইনা ওক, ওইনা হুন্ন য়েংনা ওক," খুহ্লৎ মরম চানা শাখরে। অস্নন্না অয়ুক্কী নাথ্বা মশীং শুরদুনা, মনাই মালিকাগা লোয়ননা অয়েশেন চায়ভেঙ্গোৎতা হৈনম-লৈনমনা চুরবা ময়ান স্নুনা ফুৎলবা চেংহী হৈরদুনা ইস্কাল ভুরেন তম্না চাইথবা লেংলক্লে। তোর্ব্বাম য়োৗরমদাইদা মনাই মালিকাবু হান্না থাগৎখ্রবা মতা ইন্দুরেখাবু কৌবা চংখি।

কুণ্ডলতা।—ইতা।

ইন্দুরেখা।—ইতা ইবেম্মা,

ইন্দুরেখা হায়বা অসি কনানো হায়দুনা লাইরিক পারিবা মীশিংনা খংনিংবা য়াই। মহাক অসি নিংথৌ-ঙম্বা অঙম্বা খুম্বোং

মেঙ্গয়গী অমতা ঙাইজবা মমোংম্নি। (মপা মেঙ্গয়দি মতম অহুদা খাগিগী লানকমদা মনাউ ইবুংঙোগী পৌগল ইনখ্রি)। মহাক অসি মুপী ওইবগী হৌনবী শুনা ফজবগুম্না বা ঙাংবদা য়াম্না হৈ-শিংই। য়াহৈগী লান্দা, মরৈগী তেন্দা, কোচিগী লৌময়কপদা মতম অহুগী মুপা মুপী পূম্নমক মঙোন্দা মায়থীবা ফংখ্রবা ঙাক্তনি। মতম অহুদা, অহুয়াইদা লুচোংবা অমতদস্তু মাবু লৈশাবী মরুপকী বার্ত্তম চীথবা লৈখিদে। তৌইগুম্বস্তুং ফনা হৈশিংখ্রবা বয়গী লাম্মী অমতস্তু মাগী মমাংদা তুদবা য়াওখিদে। ইন্দুরেখাবু যাওয়ম্লবদি বয়গী কাংবু অমত্তমা মাগী থুনিং চাদনা, মাগী থুজিনগী দাগ ফংদনা মত্রপা কোয়েংশেগাইদনা হল্লকপা য়াওখিদে। অহুম্নদি ওইয়গা মহাকী ভয়াম ভয়াম তৌবা য়াহৈ, মোমোন নোকপা চীম্বাল অর্থ পুবা মিৎস্না অমস্তুং কোইদবা ব্যবহার অদুনা মহাকপু কনানস্তু মুংশিদবা ঙমদে।

ইন্দুরেখা।—ইতা ইবেম্ম! নোংঙানভৈগী ফমেক কিম্নুপ অচৌবা অমা ফানমকস্তু ঙমদ্রি; ইতাখোইদি য়াত্ত পাদনা মপুমচানিবা শুদ্রবস্তু কৈ, শুজয়গা চাবা ঐখোইদি অস্নপ ঙম্মো শিন থায়বদি মাঙবা হায়বত্নি।

কুঞ্জলতা। (মাগী মহৌশাগী স্বভাব খংহুমা) নংনা হৌয়কউ হায়বগী হৌয়কপনি। ঐনা হৌদ্রবদি নং তুমেল কুম্মকলোইদ্রা?

ইন্দু।—নংনা হৌয়ক্কনি হায়বা খংদ্রবদি ঙসাইনা চৎচখ্রনি।

লতা।—কয়িগী?

ইন্দু।—খংদে। নোংমগী নশক উহৌদ্রবদি শিম পাংদে।

অসুন্না লতা অমসুং ইন্দু অনীমক্না খৎন খৎননা লাক্লুনা তোর্ব্বান য়োরকপদা, খন্না থেংন্দুনা তোর্ব্বান্দা খুনগী মুপীগী দরবার অমা ফন্নম্মে—মোনহা মোয়াংথাং, মোহন, লৈশাবীগী জাৎ শুনা তিনখ্রে। বসন্তগী মতম ওইবনা কনাগী মচিন্দসু বাচোই অমত্তা য়াওদে। মোয়াংথাং কনানা মপুরোইবনা কোয়বগী, মোনহা কনানা খুনগী পাখং কনাগী, মো অহন কনানা মপুরোইবন লীকপগী, কনানা মচা ওক্তবগী, কনানা মচা মশক ফজবগী, কনানা মুপী থাজবগী, কনানা লৈকাইগী মতু মরা খৎনবগী, কনা অমনা ভরাং মুংদাংগী ইনশাংগী বারী শাবনা মনাউ ইবুংঙোগী হিদেন অদু থাঙ্গেশেংবা কৈথেন মচা অমা ফন্নে। লৈশাবী অহনগী জাতি বারী শাবদা মোয়ামগী মরক্তা তিনবা লায়; তোইগুম্বসুং লৈশাবী মচাগী কাংবুগীদি ইকাইবনা ওইরবসু, মখোয়গী মরক্তা তিন্নুবা ফংজদ্রে; মখোয়না অতৈ পান্বে লৈতদুনা খোঙামগী লৈহাও অগ্নি, লাইশ্রমগী চিনিচম্প্রাগী বারী শাদুনা পেন্নরি।

শীজ অথোকপী, মুংশিরৈ সনা অমসুং লোয়তাম থাবল লৈমা অহুম অসিদি ময়ামগী মরক্তা তিনদে; মখোয় অহুম অসিগী স্বভাবতি মহৌশানা তোঙাল্লি। খুনগী মুপী মুপা পুম্নমকী র' মখোয় ভাংনখিদবা য়াওদে। ভসাইমখৈস্ত ইরুরিবা ময়াম অদুগী র ভাংনার। মুংখিল চুপ্পা কনাগী মযুমদা চত্তুনা কনাগী মশম পুনবা পাংবিরুই, কনাগী মযুমদা চত্তুনা কনাগী লীক-কোলগী ফজবা অথীবগী মরমদা পাওতাক পীরুই। মতম অসিদা মখোয়বু খিবা ফংবা লৈতে, মুমিৎনা খরদং হেক লৈথখিবগা মশা মশাসু কিজেৎ লৈতেংবা হোই, থবক লৈরবসু

লৈত্রবস্থ নোংমগী কৈথেল য়োংগৌদবা লৈতে। ভৌইগুম্বস্থং মখোইগী অরুবা গুণস্থ লৈ, ময়ুমগী থবক্তি অমতা পাইরুদ্রবস্থ লৈকাইগী থবক অমতং থোক্লবদি চাক চাংজবা ফাওবা ফংদে ; লুহোংবগী অউন-পোৎকী জুৎ চাবা, চাদবা তাকপা, শোয়াৎকী শয্যাগী অচোপ-অয়েম থম্নবা, অমস্থং পালংগী খুদপ চদ্রম তপ্পা অসি মখোই নত্তনদি ভৌবিনিভাই লৈতে। ভসাই মখে উখোংদা ফমদুনা মখোই অহুম অসি ময়ামনা ঈরুবা যেংলম্মী। গোজিক গিদেন তাফম অদু মী তাক্তক তৌরক্লবদা মজা ইবেম্মা লতাসনাগী মনাক্তা লাক্লদুনা চেংহি লুবা পাংবিরয়ে। মতম অদুদা অয়াপ্পদা পাৎংমচাংশিংনা লাউবা তাই—"ইমা মাইবী কদাইদনো ? না অনিমক স্থনা ম্নেহাও পেৎলবনক্তা পুক্তস্থ পায়রিবদুবু পাজি কনাগী খুদোয়ো ? ······মাইবা অথৎপী য়া য়া······"।

মাইবী—নমাগীনবু য়াৎপা লৈবরা ? য়ুমদস্থ, চৎথি চৎখিবা মফমদস্থ মপাগী নপা ভাক্তা · ··· ।

ঐখোইগী লৈমা-শীজ অহুম অদুগী মিৎয়েংস্থ অসোমদা তারুয়ে। শীজ অথোকপীগী 'হুকুম' মতুং ইন্না মুংশিরৈ সনানা চেনখিদুনা মাইবী অদু কৌরুয়ে।

অথোকপী।—ইমা মাইবী! নংগী মিং করি কৌবগে ?

মাইবী।— এ.। শনশম মাইবীবু থংদবা মীস্থ মরৈরিবোইং।

থাবল্লৈমা।—ঐখোইদি মমাও ইবুংভোগী কোন্দগীনি ; মপান পোক্তবা মীনি, হম শাউগনু।

মুংশিরৈ।—ইমাগী.ইমা গুরুদি কনানো ?

অথোকপী।—হেরা! ইমা,.ঐখোই শেল হনগে কৌবদি। অসি হায়দুনা শীজ অথোকপীনা মাইবীদা শেল চনীয়াখ্খে পীরে।

মাইবী।—( শেল অডু লাইবক্তা থুংনা থাঙ্গৎতুনা অমম্নুং লাইরোন-ভিরোন লোন্দুনা লৈপাক্তা অনীয়ক অহুমলক থাদয়বা মতুংদা ) তো তে ! য়েংকৌ শাগৈগী ঝানীনা ! লোইদাম মরী শুনা কায়নরে, হল্লকনি, থুরকী ঈনা লাই শারেনা ? ঐনা হায়বা মত্তে মহাদেব ! হল্লকনি ; তে' তে (শেন্দ খিন্দুনা) হল্লকউ হায়রি……।

অম্নুম্না মথং মথং অহল্লোন পূম্নমক হুন যেংখ্রে ; মতুংদা লভাগী পালি লাকলে। কুঞ্জলতানা হুলহনসি হায়বা য়াথিদে, ভৌইশুম্বম্নুং অহললোন পূম্নমকনা য়ায় তাথ্রবা অডুদদি য়াদবা ভমদ্রে।

মাইবী।—ইবেম্মা, নংদি মিংশোগী সনা ঈ'ননা ? য়েংকৌ শাগৈ অমগী মরমদা চিংনরিবদায় ? মচু ভৌরুনৈ, মরেপকা মঙানগা মরেপ্পা ওশিনা ? বিধিনা শেম্বা লৈপুম্নি ; নংগী ভুংগী মালংদি লৈচিল থাংজে, এঃ ! য়ারবদি নিংভুম্নু। তো তো ! (শেন্দা খিন্দুনা) থাদোকউ, থাদোকউ। নশুং লাংগী লৈপাক কায়য়নিকো সনাহল !

অথোকপী।—মুন্না য়েংউ ইমা ! অডু থংজবা মী মত্তে।

মাইবী—শোয়রোই।

অসি হায়দুনা মাইবী অডু দক্ষিণা লৌদুনা হনখ্রে। ঈরুমাইথজবা লোইদুনা কুঞ্জলতাম্নু ইন্দুরেখাগা লোয়ননা শঙ্গাইদা হল্লিনখি। ভৌইশুম্বম্নুং ওসিদগী লভাগী থম্মোই অডু অবাবা লৌচিন্না কুপশিনখিরম্মি। চাবা, তুম্বা, চৎপা মতম পূম্নমক্তা খোঞ্জেল অডুজা তাখিরম্মি—

নশুং লাংগী লৈপাক কায়য়নিকো সনাহল !

———

# নুপী হাঙবা অমসুং লৈপাক কাযবগী মরূ ছনবা

মৈতৈগী মতম হাযবা অসি থাঙ্গৈশেংবা হরাও কুম্মৈগী ঈফুৎ-কুম্বনি। কনাগুম্বা নাযক নাযিকাগী অকবা চিত্র অমত্তং য়েক্কে হাযদুনা অহানবা তুমি হেক পাযবমক্তদা কবি ওইরিবা অদুগী থম্মোইগী লাইযুমদা চিত্রগী অহানবা কীবম চামনা মথং মথং তাযদুনা মহাক ভৌকম খংদে। থরদং লৈরগা পেল্লব', ভুংগী অকিবগী মশক্কা মমি তাত্রবা, মুংঙাইবদ লৈথোকপা খংত্রবা মৈতৈগী থম্মোইনা মতম পূম্নমক্তা হরাউ কুম্মৈদা লুপ্তুনা লৈবা পাম্মি। নং, এৈনা মাদুগী অক-ফত্তগী বা থম্নরুদুনা কনানা তাবিগনি? পেন্নহৈরবা, হরাউ-হৈরবা মৈতৈগী থম্মোইনা য়োৎচাবীগুম্না মাইকৈ অশোমদ ওন্নিংলি। য়েংউ, শজিবু লৈথোং হেক ফাংপদা মৈতৈগী মতম অসি মুংঙাই ঈচেল কয়া কাংনা চেম্বুরক্লব? চৈরাওবগী ফিজোন, তরা লুকোঈ, তরা মথেল, মপাল অমসুং ইমুং লাইগী প্রসাদ মাদু ভুম্নবা অরাংবা কাবা পূম্নমক হর'উবগী ঈচেল ঙাক্কনি। মতম অসিমক্তদগী শাবী শানৌশিংগী লৈকাই কাংশান্নবা হৌই—অদুম্না কালেম চংলক্লে—চাকতান ফিদাম্নবা মতমনি, অনৌ অনৌবা হৈরাং-লৈরাংনা মালেম অপূম্বা কুপথ্রবদা মৈতৈগী মহৌশান' হরাউবা পাম্লবা থম্মোই অদু হরাউবনা মকা লাম্মি। বীণাগী রুরু, রুরু, পুংশেনগী মুংশিবা খোঙ্গেন, ঈশৈ নোংমাইগী ধ্বনিনা মাইকৈ তরা নিররে। হনু-হরী য়োনা কালেমগী চাক্লবা মুংশা খাংবা কান্নবগুম্না শাগুর য়াগুবত্তা ছাবী লাইরিক তাদুনা হরাউবগী শরুক কংলি।

হে ইন্ত কপচেৎপী! নংসু অদু মরাই। নংগী মমিত্তা অতৎপা লৈত্তবা তরং লাঈক শিন্নবা উরগা অবা থংবা মৈতৈগী থম্মোইদা করি পামকম থোকপগে? কুম্মৈনা চোকথরবা কনানা অবা পোক-থোকনরি; পেন্দবা কনানা কালেনগী কুম্মৈ শমথরি। অসুম্না ইন্তের লাক্লবদা শাবী শানৌ অপুম্বগী কাংথুৎশায় লোয়ে। জগদবন্ধুগী মেলাগী, কুম্মৈগী ঈচেন্দা মৈতৈগী জাৎকী থরাই তাউথরে। থবাল থাদা হুইনা করি থন্দুনা কপ্লিবা। শাবী-শানৌশিংগী লিকোল শায়বগী রূজ অদু মিহৌদুনা কপ্পরা? লাংবন লাক্লে, হৈক্রু হিদোংলে, তর্পণগী উৎসবতা চহি অমগী তাঙ্গবা পূন্নমক ঈশ্বরদা কৎতুনা প্রসাদীবা মৈতৈ পূন্নমক লোইনরে, ঠাকুর অহনশিংসু চেন্সনু, অমূকী মহুত্তা মচাৎ হাসনু; ঐথোইগী লাইবক ফবনি; হুমাংমল্লা তানবা দক্ষিণাগী শেল্লা চহিগী শেনকম অমা ওইসনু, ঐথোই মৈতৈ জাৎকী মুংঙাইবা মতমনি।

শকহেনবী মেরা থা! মংবুদি শাবী শানৌশিংনা হৌজিক লিন্দাউবীনি হায়রি। লাইগী মুমিৎ নিনি হাংদে। রস থংদবনা হায়বনি—হিয়াংথাং বরদগী হৌদুনা বাফুকপগী র'স ফাওবা হরাউবগী থমব্রবা ঈরীনি। থংদবনা মধুর রস কুপ্পুনা লৈরিবা অদু উঙ্গদুনা অতৈ মপানগী রস মরি অদুতা উবননি। তৌইগুম্বসুং পূন্নমক পায়বদা মৈতৈ জাৎকী মুংঙাইবা মতমনি। মেরা কাংজৈ, মেরা হাওজোংবনচিংবা মুৎথ্রবসু হৌজিক হরাউ-কুম্মৈগী করি বাৎলি? হিয়াঙ্গৈ হিয়াং-কুম্মৈবা মতমনি। মৈতৈ জাৎকী ফিজেৎ ফিদায়বা মতমনি। পোইনু ভাণ্ডারগী, রাকচীং সন্তাবা! মথোই লাক্লবতদা মৈতৈলো লৌশিংগী মিৎ পাংদুনা থা অনিতদা থা তরানিথোইগী চানবা পৈশিরমি।

শাবী শানৌশিংস্থ লৈকাই শিন্নাইফম কাশন্নু, কৌরোকপনা কৌগৌসন্নু, কুমগী কৌনৌ ফংলে, মপা মপু পোকপা খুরম্নিংবনা খুরমসন্নু ; বাবা হৈত্রবা মৈতৈগী থম্মোইনা মুংম্বাইবা মতুমা অমাবা খংদে। য়েংউ, বাকচীংগী মমৈদা মহৌশা হায়বী লাইরেম্বীনা অমমবা পৃথিবীবু অমুক লোইনা শীদোক্তুনা অনৌ অনৌবা মনামশীং হৈরাং-লৈরাংনা অমুক নৌহৌনা মালহৌনরে। মাদু উবদা মৈতৈগী হরাউবা পান্নবা পুক্নিং হকচাং অপুম্বা অমুক ঈরাংহৌরে। অওইবমক শ্রীপঞ্চমীদগী শজিবু চৈরাওবা ফাওবদা মৈতৈগী তৌরিব হরাউ কুম্মৈবু কমাবা শীংথানরুগনি ?

অসিগুম্বা সনা লৈপাক অসিদা, অসিগুম্বা লাইমা থাবা জাৎ অসিদা ঐখোগী লবঙ্গ অমসুং কুঞ্জলতা সনাসু পোক্লিবনি। অনিমক মতম মতমগী হরাউবগী শরুক নাম্মোকপা লৈখিদে। চিঙ্গোই বারুণী লাক্লে, অনিমক মাংগ তুংগ চৎমিন্নে হরিবোল য়াওশং মৈখারে ; অনিমক খুৎশম্নবা চোংমিন্নে। লৈকাই খংদবা খংলক্লে ; লৈপাক তাদবা তারক্লে—বিধিনা শেম্বা লৈপুন্নি। ইমা মাইবী চিম্বিবী ! কররা ফত্রবা তীম্না নৌনা শাৎলিবা লৈরাং অনি অসিবু চীকথৎলগবা? রোংদমথীবা বিধিনা কররমনা কলম থৈদুনা সনাহল মতুংলাংগী লৈপাক কাঙ্গৈগবা ?

ইন্দা থাগী অমাবস্যা মুমিৎনি। মম্বনা শুকতরেৎ সুনা মমখ্রে। নোংমা মীকপ মীরাউবগুম্না অতৎপা লৈতমা শিম্বরী। অহিংগী তাংলৌদি অদুক হাক্লা পেংত্রবসু মহৌশাগী ভৈরবী মূর্ত্তি অসি উদুমা লৈপাক অপুম্বা থোংনা পোরোল য়ৈশিন্নখ্রে ; মীচিক মীরাউখোল

অমতা তাখিল্লে—মরক মরক্তা মকুনা মতম কুইনা মীংজরকপা আশা ডসি থুংলে হায়দুনা হরাউনা লাউরি। অরাপ্পদা হঙেই পালা অমা হৌগৎলে। অহানবদা ঈশৈ হনবনা পঞ্চম স্বর ওইনা বলি অমা লোল্লি; অদুদগী খোম্বাংবনা সপ্তম সুরদ হেক ওকই; অদুদগী ডুহারনা হঙোইগী তাংলবা সুরনা থুমই। অদুদগীদি কনাগী ঈশৈহনবা, কনাগী খোম্বাংবা, কনাগী ডুহার, কনাগী ব'ইন অমুক্তা ওইনা পুমতিন তিন্না রাজমেল থাগদবগী মতাংগুন্না শরুংলি। অসুম্না থুদোংথীরবা মতম অসিদা কনানা মনাও ইবুংঙোগী কোন্দা মৈরা চমদুনা চংলিবসে? তুইগা হুরানবগা নত্তনা অতৈনা মপাল থোক্লদ্রবা, নিংথৌগী শিন্দা পুবা থবক তৌবা নত্তনা অতৈনা চৎনীংদ্রবা মতম অসিদা কররম্বা অরাবা ভাবদুনা কনানা মনাও ইবুংঙোগী শঙ্গাই তম্না চৎলিবসে? অতৈ কনা মত্তে—নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপনি। থৌগল থাওমৈ পুবা মীনাই অমতং নত্তনা অতৈ কনা য়াওদে।—সনা পুক্লিংদা লাংতক্নরিবা অমা, ময়াম্বু ইবুংঙো খাইরাকপদা হঙ্গৎকে হায়দুনা— লবঙ্গলতাগী বিধিনা শেম্বা লৈপুন অসি কায়দবা য়াত্রা হায়দুনা সনা পুক্লিং থংগে হায়রবগী অতৈ পুন্নমক্তা মথক্তা মনাও ওইবগী অতাংবা মুংশিবা লৈ লৈতে থংনবগী মরমগী।

শঙ্গাই মাঙ্গোম্দনি। অচানবা য়নাই মঙাতরাগা লোয়ননা মনাও ইবুংঙো খাইরাকপনা লৈপাক্তা বারী শাদুনা লৈরম্মি। মনাউ ইবুংঙো লেংঙকপা উদুনা 'থুদা' কায়দুনা শঙ্গাই মাঙ্গোল অদু ঈনিন নিরবে। মপুগী ইঙ্গিৎ থংলদুনা মনাই পুন্নমক চম্না হন্দোক্লখ্রে। অরাম্বা লৈপাক্তা, লৈমনিংথৌগী বারী শাররা মতুংদা বাতা চাবা মতা থংদুনা

মনাউ ইবুংঙোনা হায়রকই—"হন্দক খাগিগী লামকম অসিদা মনাই লবঙ্গনা ভৌখিবা থবক অসিদি য়'ম্বুং মহারাজনা পীবিশ্রুবা মনা পূম্নমক অদুনসু মতিক চায় হায়না নীংদে ।"

খাইরাকপা ।—চুম্মি, মহাকসু কান্নখ্রে ; অদুগা মনাই মধুমক য়াওরমদ্রবসু মৈতৈকোম্নুং হায়বা ব' অসি অমুক লৈরম্ব্রোইদবনি ।

য়াইস্কুল লাকপা ।—মনাই লবঙ্গনা হন্দক লৈপাক্কী, য়াম্নুং মহারাজগী ভৌগ্রিবা থবক পূম্নমক খল্লুরবদি ঐনা মঙোন্দা পীবদা পাম্মুগদবা পোৎ লৈগনি হায়বা নীংদে । ঐনা পেনগদবদি ঐগী ইচা ইবেম্মা কুঞ্জলতা সনা অসি মঙোন্দা পীদুনা লুহোংলবভদা পেনগনি ।

খাইরাকপা ।—চুম্মি । মনাই মধুনা হন্দক ভৌখ্রিবা থবক পূম্নমক খল্লুবদা ঐসু ঐগী ইচা' সনাইল অসি মঙোন্দভুম পীসিন্না হায়না খল্লম্মি।

অসুম্না কবি নত্তবদগী মনাই মনাই হাকম্নবদা মনাউ ইবুঙো অমিমক থোগললোন কায়না কায়না ভাংনবা হৌরক্রে । ময়াম্নুংনসু লবঙ্গবু খোইদোক্ন য়েংখিকম লৈতে, মনাউ ইবুংঙোনসু মধুবু খোইনা তাথীকম পোক্তে । ভৌইগুম্বসুং লাইগী নোংদম্না অনি অদুনা মপূ মচিন মনাউগী কায়ননবা মরম ওইরম্রে । ময়াম্নু'না মজা ইবেম্মবু মধুদা থাজগে হায়না থোইনা নীংবসু লৈরমদে ; মনাউ ইবুঙোমসু মজা ইবেম্মবু লবঙ্গদা পীহন্দব' য়াদে হায়না থোইনা খমকসু ভৌরমদে ।

ভৌইগুম্বসুং খংবা ভমদ্রবা লাইগী থৌইনশিন্না লভাসনাবু মধুদা পীবা তাখিরম্মি । ভসি মনাউ ইবুংঙোনা ময়াম্নু'গী শঙ্গাইদা লেংঙ্গবা অসি বিধিনা শেম্বা লৈপুন খাইদোক্লবা মরম ওইরম্রে । নীংবা কায়না, খরাই

য়াম্না, পুক্নিংদা শাওনিংবগী মৈনা চাক্ল চাক্ল, করি নত্তবগীদমক ইকাই খুম্নশি য়াম্মতুনা মনাউ ইবুংঙোনা বা অমুক ঙাংলমদনা ময়াম্সুং খুৎনমলগা হনখি।

---

## শানোংবা হিঙ্গাই অমসুং হিগায়রবা

ময়াম্সুংগী শঙ্গায়দগী হল্লক্লগা মনাউ ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপনা অমুক পনবা ভোৌদনা ফমজাও তম্না লেংশিনখ্রে। সুংঙাইতবা অমসুং অশাউবনা খুত্তুম চনখিদুনা অহিং চুপ্প' চাদন' অমসুং তুমদনা বাখলগী চাংজো নাইস্রবা ঈপাক্তা ভাউদুনা লেল্লে। বাখলগী ঈপাক অদুদা সুংঙাইতবা অমসুং শাউনীংবগী ঈথক হৌরকপা খুদিংদা মমাংগী খোঙ্গ্রেন অদুতা হয়া হয়া তাখি—"সনাহল অসিদুম মঙোন্দা পীসিবা হায়না খল্লম্মি।" লম্মন খুম্বগী কল্লবা নোংলৈনা বাখনগী ঈপাক্ত ভাউরবা পুক্নিং অমসুং হকচাংবু চাংজো থুংফম খংদনা মাইকৈ খুদিংদা হুমদুনা পুম্মি। ফমই, হিপই, নোকই, ঙাংই, অমুক হখং খংহৌদনা অঙাংগুম্না কম্মি; অসুম্না প্রতিহিংসা অমসুং লম্মন খুম্বগী চিন্তা কয়'না থম্মোইদা লমজাও খোম্না চাকপা মৈগুম্না চাক্কু না মনাউ ইবুংঙোগী থাগুম্না লংলবা মায়খোংবু য়াহুনা উমবগুম মকাশিনহনখি। অসুম্না মুমিৎ কয়ানি মরুম হৌখ্রে—অতৈ অমগী ওইরবদি অবাবগী অমসুং অশাউবগী চাক্লিবা মৈ অদু মুৎলকপসু য়ারে। করিসু নত্তবা বানি। করি নত্তবদগী মনাই মনাই হাকমরুদুনা হৌরকপা মৈনি। খুদিংগী মকমদদি মেমথবগী অইংবা ঈরা অমত্তং হেক ফংবদা চাক্লিবা মৈ অদু শোয়দনা মুৎকদবনি; তোইগুম্বসুং খায়বা নিংথৌমচা ওইবগী কংলবা

থম্মোই অদুদা চাক্লবা অদুদা মাদু অমুক মুৎপা নাইদ্রে, মতম্না বাংলবা মৈয়ি অদু থরগী মখে হন্থখ্রবস্থ মাদু হৌজিক ফাওবা চাক্লি, নত্রগা মাদু উৎনা কুপ্পা অয়াবা সয়ি মৈতালগুম্না চাক্কুনা লৈরি।

অস্থম্না লৈরিভেদা নোংম লাইগী নোংদমদগী ময়াম্বুং খ্বাইরাকপগী হিরুহঞ্জবনা করিগুম্বা ময়ম অমগীদমক য়াইস্কুল লাকপগী হিরুহঞ্জবদগী মনাউ ইবুঙোগী মমিং চৎলবা 'হিথোই হেনবা' হায়বা হি অদু থায়রুই। হি অদু লাইগী নোংদম্না কায়রে। মতুং অদুদদি পাম্বে লৈত্রদুনা হিরুহনঞ্জবা অনী অদু মনাউ ইবুঙোগী সনা মাং য়োমবা তারে। মনাউ ইবুঙোনা বা পূম্নমক তাবদুনা ময়াম্বুংগী হিরুহঞ্জবা অদুদা হায়খি। "য়েংউ, য়াম্ব হিরুহঞ্জব ঐগী হিদি তেকপা কায়বা য়াবা হি নত্তে; ঐগী হি অদু ফোৎপস্থ য়ারোই, অদুগা অনৌবা অমা ওনবস্থ পামদে; ঐগী হি অদুতা তেক্ত কায়দনা পীগদবনি।" ময়াম্বুং খ্বাই-রাকপগী হিরুহঞ্জবা অদু করি তৌনিংঙাই লৈত্রদুনা বা অদু মবুংতোদা হঙ্গৎপ তাখি। মনাইগী মচিন্দগী বা তারদুনা ময়াম্বুং খ্বাইরাকপনা মনাউ ইবুঙো য়াইস্কুল লাকপগী শঙ্গাই তাম্না লেংখিংনা হায়রকই— "ইবুঙো! ইয়াম্বগী করিগুম্বা থবক অমত তৌনগে হায়বগীদমক হি অদু ননাইনা হঙ্গত্তুন লৌরুরম্লে। হৌজিক্তি শোয়দ্রবনিনা করি অমুক তৌনিংঙাই লৈত্রে। য়াম্ববু কয়ম তৌ হায়বগে—হামগীগা চপ মান্নবা ফোংৎলু হায়বরা? নত্রগা অনৌবা অদুগা চপ মান্নবা নত্রগা অদুদগী হেম্না ফবা অমা শিংউ হায়বরা?"

য়াইস্কুল লাকপা—ননাই ঐনা অমুক বা হঙ্গৎতুনা য়াম্না কায়দে। ননাই ঐগী হি অদুদি তেকপা কায়বা য়ারোই; ফোৎপস্থ

তৌবিগনু, অনৌবা হি অমস্থ পামজদে। মনাই এগী তি অদুতা পীবিয়ু।

খাইরাকপা।—অদুবু হৌজিক্কি শোইখ্রে, করি তৌনিংঙাই লৈরি, হি অদু মন্তুনা—।

য়াইস্কুল লাকপা অদু নন্তুনা অতৈদি ননাই এগাক য়ানিংদে হায়দুনা হঙ্গৎচরিবা অসিনি ; হি অদু নত্রবদি ননাই চিক্লহঙ্গবনা মাতুগী মতিক থোকপা ফংজসনু।

---

# মাইবীরা লাইরেম্বীরা ?

ইঙেন থাগী মমৈ ওইরকলে। শরৎ ঋতুগী মনম ফংবদা মতমগী মতিক চাবা অয়াম্বা লৈরাংনা মনাউ ইবুঙোগী লৈকোল অদু লৈতেংলে। থমগদোরবা লবঙ্গ পাম্বীদা মুঙ্গারেনা য়েত্তুনা শাৎলি, লৈরাং কনাস্ত্র শাউনদে—মপুনা থারকপা মতম হেনগদোরে হায়দুনা থোইমুনা থোৎলবা লবঙ্গ মপাল চীকথত্তুনা থাদরি। লৈরাং অশোনবী! মংনা য়েত্তুনা মপুরোইবগী নিংথিবা মাংহনগনু। মাসি লৈকোন অসিগী নিয়মনি। ময়ায়গী পুখ্রিদা থরো থম্বাল্না নকা ফন্না শাৎলি ; পেলহৈত্রবা খোইমুনা হন্না হন্না লৈগী চুপ্লি। পুখ্রিগী অকোয়বদা কবোকলৈনা পরেং পরেং শাৎলি,—শংবান্নব অতিয়াদা উচেক পরেং পাইবগুম্ নিংথিজরি। পুখ্রি মপাল নপলক্ক শিঙ্গারে পাম্বী অমা হৌরি—করি থাজবা লৈদুনা পুখ্রিদা মমি তাহল্লি। ফুয়না হৌবা নোংলক্কা নোংথাংনা জগোই শাবগুম্ন অশংবা মনা মরক্তা

সনামাল্লবী লৈহাওনা মালংবনা হুম্বদা হাইহুম্লি। কপচেৎপী কামিনী কুম্নম্না শোকফাক্রিবৈনা লৈয়াংগী লাইজা শিম্নরি। পাম্নদবী সনাবে, মস্নু শাচ্চহৌরো! মংদি খোইমুগী কোলোয়স্নু ভাম্নিম্নোই, মীনা শাম্নত্রবস্নু মেম্না হায়বা থানা হেক চংলকপদা শোয়দনা নংগী শিন্না পিম্নম্নগনি। অস্নমন্ডেগী মতম, নোংমা সন্ধ্যাম্নাচংবা মতম ম্নোম্নক্লবদা মজা ইবেম্মা লতাসনানা মপাবুং ইবুংঙোগী লৈকোল ভম্না থোম্নকই—ভুংদা মনাই ইন্দুম্নেখা! লৈকোলগী ময়াইগী পুখ্রি মপান্দা কমলচুনা কুঞ্জলতানা কম্নি খল্লিবা? ৲মনাই ইন্দুম্নেখাস্নু লোম্ননম্নি ; ভৌইগুম্নম্নুং মহৌশাগী মতমগুম্না মুংশিম্নবা কোলোঈ অমতস্নু ঙাংনদে। চেন্দা ম্নেকপা মূর্ত্তিগুম্না ঙাইহাক পুঙ্গোই কমলগা কুঞ্জলতানা ইঙেলৈগী কৈদোমলোমদা চৎখ্রদুনা তপ্না ঙংলকই।

চীংদা শাৎপা ইঙেন লৈ,
চীম্নদনা কেনখিবা—কল্লকই।
ঐনা কেনগে কেন্দেদো,
মালংবনা হুমবগী—কেনবনি।
মালংবা ঐস্নু কৈদোদে,
লৈম্নাংনা লৈখোক লোম্নবগী—কেনবনি।

নিংখিবা অপুনবা ভাব অমনা মুনখিদুনা ঈশৈ অসি খংহৌদনা ঙংলুবগা লতাসনানা মনাই ইন্দুম্নেখা য়েংদুনা হাম্নমকই। ইতা কনানো হৌজিক ঈশৈ ঙংখিবা অদুবু!

ইন্দুম্নেখা।—ইবেম্মা? লৈকোল অসিদা ইপু ইমাই মতমা অতৈ কনা লৈম্নিবগে?—ঐদ্রি শক্তে।

নভাসনা—কোয়, ঐ তাযে। শকউরবস্থ কৈ, মতুল করি লোধ নৈবগে ? ইভা, ইভেলনে উবদা ঐনা শকউরিবা ঈশে অসিমক লাইবক চাউরবী মতা ঐভোন্দা থোকদোরিমাল্লে। মোংলয়া খ্রিথিনা কলম মচিম থৈথিতুনা নভাগী লাইবক্তা মুংভাইবগা লোয়নবা অরাবা হায়বা মরেক অহুম অসিন্থ থেৎচিন্নমাল্লে হায়বা হৌজিক ঐহাক তত্ত্বা তশেংবা খংল্লে।

ইন্দুরেখা।—মাতুদি শোয়দ্রবনি—খায়বী নংলবীদি হায়দুনা নৌরিবা ঐগীস্থ শোয়দনা বিথিনা মুংভাইবস্থ ভমলিগনি। ঐখোয় মীনা পেনবা হৈত্রবননি। মাতুগী খুদমবু নিংথৌ মচা ওইনা পোকপা মতম্দা বায় হায়রিবা অসিনি। (মোক্তু ন') লাই ওইবদি কবগুম খায়িগনি, মুংভাইবা হৈত্রবা মীনা অবস্থা পূন্নমক্তা, পূন্নমক নত্তনা অরাবদা মুংভাইবখুস্থ অবাবনি হেক্তা হায়। মুংভাই হায়বা অদি কদাইবু কৌবনো খংদে। ইবেম্মদবু হায়বা নত্তে—পূন্নমক তৌমখয়ে ? পোৎ অমা মাংল্লে—অতুবা মী খংকদ্রবদি ঐখোয়না হায়—লাইনা তাযে। অস্থমা মীমনি হায়বা লাম্বা হেক কংদবমথৈ ঐখোয়না থোমজিল্লি—লাইমনি।

নভাসনা।—( মোক্তু না ) নংস্থ লাইরিক কনা হৈরিদমা।

ইন্দুরেখা।—লাইরিক নত্তে লাইশুনি।

অসি হায়রল্লগা ইন্দুরেখানা কমুংগী, খ্রিকুকী অমস্থং উপুগীদমক মনম মুংশিবা নৌ হেকপা চৎখে। মতা ইবেম্মা কুঞ্জলতা সনাখু অচৌবা পুখ্রি অমগী তোর্ববান্দা কন্না কন্না অতুদগী হেন্না চাউবা ঈশাক অমা লুপথিবুন্নি। মুমিদাংবাইগী মামিবা মুংশিংনা হুমমক্তা রোজা

শীকলবা ঈথক কায়বা লুয়বা ঈশিং অদুদা ঈথক চা কয়ামা হৌরগা মুংখিবগুম্না মহাক্কী পুক্লিংগী ঈপাক্তা রাখলগী ঈথক চা কয়া হৌরম্নগা থুনা থুনা মুংখিরম্মি।

মমৈথংদা বসন্তঋতু য়ৌরমদাইগী কোকিল নহাগী পঞ্চম স্বর য়ৌভমদবা অমেংবা খোঞ্জেলগুম্না নৌরবা খোঞ্জেম্না হায়রকই—"লাইজ ঈপাক্তা তত্তনা হৌরিবা ঈথক। নংদি অমুক মাংখ্রবস্থ মালংবনা হেক ছুম্বগা অমুক নৌনা হেক মহৌরকই; নংগীদি অরোইবনি করি হায়কম লৈবগে? ঈপাক্তা শাংলিবী শরো, পুখ্রিগী লৈত্তেং ওইরিবী খম্বাল নচিন ননাউগীস্ত অদু মঙাই। নিংথম থানা চংলকপদা মখোয়গী অরাবা দশা থোকলবস্ত কুমগী ঈরানা হৌরকপদা অমুক শোয়দনা নোকচবা ফংগনি—করি রাফম লৈবগে? রাবগা অমুক মুংঙাইগনি হায়বা খংলবদি অরাবা অদু মুংঙ'ইবগী ইফুংনি হায়রবস্থ অদু মঙাই। পাওয়োন থাবী ইভেল লৈ! নংগীস্ত অদু মঙাই—শাবী শানৌনা কমা চিন্নদনা কেনখিদুনস্ত কল্লকই হায়বগী মখৈ মঙাই করি রাক্লগনি—ইভেন অমুক য়োখ্রে—ইভেন তরা লাকখিগনি—লৈরাং তরাবক শাংখিগনি। মতামা চারবদা চিগোং লৈনা লৈয়াইদা থেত্তুনা শাবি-শানৌ কনানা লৈরাং নাচোম শেম্মরোই হায়বস্ত কয়মমা ভায়গনি? লতা ঐগীতনি রাবা—য়েংচকম ওইরিবা লবঙ্গ পাম্বীনা ভুখ্রবদা ঐগী চংনফম লৈতে—লৈপাক্তা মরী চত্তুনা ভারবদি কুমগী ঈতৌরকপদা তীম্না চীক্তুনা পত্তনা পুমদমা মাংলরগনি। "কয়ম্না মাংগনি" হায়দুনা কনানো লাপলপন চিগোংলৈ হেক্তুনা লৈরিবা নিপা অমনা লাউরকলিবা অসে? "ভাইবংপানবদা লবঙ্গ

পাম্বীবু অমত্তরা ? লবঙ্গ অমা শিগ্নবস্ত হৈশিংবা মালী অমনা মফম চানা অমুক থাবিরবদি লতাগীদি করিস্ত শোক্তবা য়াই।

লতাসনা—করম্না ? হাৎপদি নস্তবনিনা শিদবস্ত য়াই। মানা য়েচ্চরিবা অদুদগী হন্দোকপিরবদা করম্বা উরীনা নিংথিনা হিংবা ভম্বগে—মাদুদবু মশক ওন্দ্রবদি উরীগী হোনবী কায়রবনি।

"মশানা য়ুংক্তবা ভমত্রবা উরীদি মালীনা শিনবা ইনবা থোকই" হায়দুনা অমুক্তা অরাপ্পদগী লাউরকই। ——

লতাসনা—উরীগী পুকচেলদি মালীনদি থংলোই, মালীনদি কমাগুম্বনা থংবস্ত থংদে।

লবঙ্গনা হন্দক্তি নৈ হেক্রম্ব তোক্লদুনা লতাগী মনাক্ত চংশিল্লক-লদুনা হায়রকই "লবঙ্গ পাম্বীস্ত লতানা য়েত্রবদ নৈফম থংদে।"

লতা।—ভোইগুম্বস্তং হন্দক্তী নত্তব রারম অসিদগী বিথিনা থোইনশিন ওইদুনা লবঙ্গগা মভোন্দা য়েৎচরিবা মুঙ্গারৈ হায়রী লতাগা থাইনবা তারিমাল্লে।

লবঙ্গ।—মাদুস্ত করম্না হায়সিবা ? লতা অদুনা অতৈ অতোপ্পা পাম্বী অমদা য়েৎনীংদে হায়বা উরবদি নত্রগা থংলবদি থোক্তাল হৈবা কমানা লবঙ্গ পাম্বী অমা অমুক থাররোই হায়রবস্ত কমানা থংবা ? য়েংউ, মাংগী লবঙ্গ পাম্বী অসিমক হাকুম শিরুরবনি; অদুবু মপুগী য়াথংনা ওইরবস্ত নত্রগা লতা মুঙ্গারৈ অসিগী অয়োবী প্রেমমক্তনা ওইরবস্ত থাদবা য়াত্রদুন কুমসি অমুক নৈরাং অসি নৈপুন অসি শোয়নরত্রে। অসি মভাই; থংলে, কুমসি নৈবাক অমঙ্গলগী নৈচিন্না কুপকদোরি। তোইগুম্বস্তং মীওইবগী প্রেম হায়বাসগীদি অমম্বা

ন।ইদে, অমকপা লৈতে, খৌইমশিন অমনা চত্তে, মাসিদি নিত্যানি হায়বা য়াই।

লতা।—ওম্হোকপমি! (মতোমতা) অদুথেগী অতবু মাইবীরা, লাইরেম্বীরা? অওইবমক ইশুংলাংগী লৈবাক অসি কায়রমথত্রা?

---

# মণিপুর রাজদরবার

মহারাজ খগেন্দ্রনা পাত্রমন্ত্রী পূম্নমক্না কোয়রদুনা লৈবাকী অরুবা বিচার খন্নদুনা লৈরি—অঙম অখৌ শুনা তিল্লে—মনাউ ইবুঙো খাই-রাকপম্ব য়াওরে—লৈবাক্কী মচীন তোংবা অমতা চীথদ্রে। মহারাজনা মায়কৈ মরি অদু কোইয়েং য়েংলগা হায়রকই—"ঙসি পাত্রমন্ত্রী, অঙম-অখৌ, লৈবাক্কী মচীন তোংবা পূম্নমক শুমা তিল্লে—ইনাউতোম্দা য়াওদবা করিননো? ইনাউগী ইমুংদা করম্বা অচিনবা অমা থোক্রবগে।"

খাইরাকপা—ইনাউতোনগী বা তাকপিরকপা অসিদা মমাই ঐমা নীংশিংলকপা অমা লৈরে। রাজ দরবার অসিদা হঙ্গৎপদি চুমদবা লম্নাই বা ওইরমকম্ব ননাই ঐহাক অসিদা মহঙ্গৎচরগে। কমা মোকনিংবা বানি—ননাই ঐগী হিরুহমবনা মমাই ঐ খংবা মমাই ঐগী করিগুম্বা থবক অমতং তৌনবগীদমক ইনাউতোনগী হিরুহঙ্গবনা হায়দুনা হি অমতং বাইরুরমাল্লে; হি অদু লাই অমগী মোংদমদগী কায়থোকখ্র; ননাইগী ঐগী হিরুহঙ্গবনা চৎচদুনা ইনাউতোম্দা বা অদু হঙ্গৎলুবদা হি অদু পীযু হায়দুনা তাম্হোকলক্লমাল্লে। বা অদু য়াদদুনা মমৈদদি ননাই ঐতোম্দা য়োরক্লে; ননাই ঐনা ইনাউদীদা

চত্তুনা হি অডু কোৎলুরা, হিজুৎ অমা পীযুরা, মমল ওইনা তৌরা হায়রুবা হংলুবদা ইনাউনা হি অডু কোৎপসু য়ারোই, হিজুৎ পীবসু পামদে, মমলসু লৌবীংদে, ইনাউগী হি অডুমক পীদবা য়াদে হায়রে; অডুদগী মনাই ঐসু ইনাউনা শাউডুনা তৌরিবনি, শাউবা খরা নেমলগা ঐবা অমুক হায়রগা মরাইনা য়াগনি হায়রুনা, তৌবিগসু হায়রগা অডুমক মরাকলে। ইনাউতোম্না অডু নত্রবদি হিরুহগ্গুবনা মডুগী মতিক থোকপা ফংজসনু হায়ডুনা লৈহোই।

অসি হঙ্গৎলিঙৈ অসিদা মনাউ ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপসু রাজদরবার অডুদা চংলকলডুনা হায়রকই—"অচুম্বনি ঐগী হি অডু নত্রবদি হৌজিকসু হিরুহগ্গুবনা মতিক থোকপা ফংজসনু।"

মহারাজ—কনানা করম তৌডুনা ইনাউগী হি লৌখিবগে?

য়াইস্কুল লাকপা।—ননাই ঐদি খংজদ্রৌদ্রে; ননাই ঐগী হি অসিদি চুম্নগী অচম্বা হি নত্তে, অমা শারুদনা থোকপা য়াবা নত্তে।

খগেন্দ্র।—চুম্মি, ইনাউগী অডুদগী হেন্না ফবা অমা শিংদবা য়াদে।

য়াইস্কুল লাকপা।—মনাই ঐ মাডু লৌনিংদে।

খগেন্দ্র।—ফরে, ইনাউগী হি অডুগী মমল ওইবা য়াবা অডুদগী শরুক অহুম হেন্না পীদবা য়াদে।

য়াইস্কুল লাকপা।—ননাই ঐহাক শোয়দনা য়াম্ন' লৌবা য়ারগনি হায়ডুনা হায়জবা নত্তে।

খগেন্দ্র।—মাডুসু তোকলো। ইনাউগী হি অডু অহনবগা চপ মান্নবা ফোত্তবা য়াদে।

য়াইস্কুল লাকপা— ননাই ঐগীস্থ ফোৎপা হৈবা মিস্ত্রি ভাক্তা লৈ।

খগেন্দ্র।—কৈ ; হিস্থ ফোৎলু, হিগী মমলস্থ পীদবা··· ··· ···

য়াইস্কুল লাকপা।—মাডুস্থ পামজদে।

খগেন্দ্র।—হৌজিক্তি হিদি কায়খ্রে, করম তৌগনি ?

য়াইস্কুল লাকপা। ননাই ঐগীদি হায়জরিবা অসিনি—হি অদু ফোৎপস্থ য়াম্বোই, মমল পীবস্থ য়াম্বোই, অনৌবা অমা পীবস্থ য়াম্বোই, ঐগীদি হি অদুমক্তা পীগদবনি।

খগেন্দ্র।—অদুবু হি অদুদি কাযখ্রে ; হৌজিক্তি হায়রিবা পূম্নমক অসিদা ইনাউনা য়াবিবা অমা নক্রগা হি অকায়বা অদু অদুমক লৌবা অসি নত্তুনা করম্বা পাম্বে লৈরি ?

য়াইস্কুল লাকপা।—পাম্বে হায়রবু ননাই হিরুহঙ্গববা মাডুগী মতিক থোকপা ফংজসনু।

মুমিৎ অডুদগী রাজ দরবার অদু মাসি য়েৎনডুনা তোক্লে। অভে লৈবাক্কী শাসনগী রাখল অমতা খন্নবা মতম ফংখিদ্রে। নিংথৌস্থ খংবা ভমদ্রে—মাসিগী মরম করিনো ? করিস্থ নত্তবা রা অসি রাজ দরবার থোক্লা খন্নরুবা অসিদা ইনাউগী মপুক্লিংদা রাম্বৌখ্রমাল্লে হায়বা খল্লুডুনা নিংথৌনা হায়রকই—"করে, ভসিগী দরবার অসি অম্নমক কায়নরসি ! অভম অখো পূম্নমকস্থ হনবিরো, ইনাউ অনিমকস্থ হনবিরো। ভসিদি ইনাউতোম্না ময়ামগী মুংভাইনবা হায়ডুনা কাগি তৌবিবা অসিদা খ্বাই পূম্নমকস্থ মুংভাইরবরিগনি হায়রম্না নীংজে।"

য়াইস্কুল লাকপা- ননাই ঐগী অসি ফাগি নত্তে। ননাই ঐনা ঐ ভসি থাং অাস পায়ডুনা রাশক্লিবা অসিনি ; ভসিদগী মুমিৎ মতাদি

অসিনী মনুংদা ননাইগী হি অদু শীংত্রবদি হিরুহঙ্গবনা মাডুগী মতিক থোকপা ফংগনি ; মনা চরণদস্থু হঙ্গৎ চরন্নরা অসিনি ভুংদা ননাই ঐহু অয়াম্বা শীকিগনু ।

খগেন্দ্র ।—(লোম্না) ঐনা হায়নদা অমুক্তা হিক্তোক্তুব ইনাউমি, মাসিগী অর্থ ক'রনে । (ফো'ন ইবুংঙে, শাউবা অমুক্ত নেমখথো। হিরুহঙ্গবা অসি ঐনা মতিক থোকপা দগি পীগনি, ইনাউগী অদুদগী হেন্ন ফগদবা হি অমা ইয়াম্বন ঐগী হিশংদগী খন্দুনা থারক্কনি । কারি নত্তব অসিগীদমক নয়াম্বু য়াইমগী পুক্লিংদ অনাবা পীবা ফত্তে, ময়াম্বা নীংলবা ইনাউনি, নংগী পাম্বোমগী পাঙ্গলতনা ইয়াম্বন অসিগুম্বা খুদোংথীরব তাঙ্গ অসিদ নৈপাক ডাকপ ঙম্লিবনি । নচিন ননাউগী মরক্তা পুক্লিংদা অমকপা নৈনরবদি ইয'ম্বগী অমম্বুং নৈবাক্কী অমাংবা হারবা অদুনি ।

য়াইস্কুল লাকপা ।—ননাই ঐগীদি লেপ্পবনি ।

খগেন্দ্র ।—তোগন্নু ।

য়াইস্কুল লাকপা ।—ননাই ঐগীদি লেপ্পবনি ।

খগেন্দ্র ।—তোগন্নু ।

য়াইস্কুল লাকপা ।—ননাই ঐগীদি লেপ্পবনি ।

খগেন্দ্র —ইযাম্বনু য়েংডুনা তোগন্নু ।

য়াইস্কুল লাকপা ।—ননাই ঐগীদি হঙ্গৎচরিবা অসিনি—ননাই ঐগী অয়েপ্পনি ।

খগেন্দ্র । হিরুহঙ্গবা অদুম্ব ময়াম্বগী ননাই ন অমম্বু মহাক্না লৌরুবম্বু ময়াম্বগী খনক্কীদমকনি ; অদুনা থাঙ্গশেংবমক হি অসি

ময়াম্বনা লৌবগুম্বনি। হিরুহঙ্গবনা মাদুগী করিস্ত্র দগি ফংকম থোক্তে। নংনা শাউরিবা অসি ময়াম্বগী মথক্তা তারে। ময়াম্মুংমা হিরুহঙ্গববু ইনাউদা তাক্তনা অমদি নয়'ম্মু'দা হংদনা হি লৌরুবগী ময়ায়না দগি পীজগনি।

য়াইস্কুল লাকপা।—ননাই ঐস্তু বক্রবাহনগী ধাযনি; থোইনা অয়ম্বা নত্তে; ইশানক্লা লমনথুম্বা হৈজগনি।

খগেন্দ্র।—নংন' লনন খুমগদবদি হিরুহঙ্গবদা নত্তে; নংন তৌগে হায়রবদা নয়াম্মু'দনি।

য়াইস্কুল লাকপা।—অদু মঙায়।

খগেন্দ্র।—অদুদা তৌজিক্কি ঐ তারে—ঐনা নিংথৌ ওইনা হায়রিবা অসিনি—ঐনা মথক্ত হায়খ্রিব' অসিদ' যাদ্রবদি নংগী লমন খুম্ফম হায়বা অদু ঐভোন্দা তাগদৌরি—মরমদি হৌনবী মতুংইন্না ঐগীদি রায়েল্লবা অসান।

য়াইস্কুল লাকপা।—অদু মঙায়।

খগেন্দ্র।—অদু ওইরব দ, নং রাজবিদ্রোহী হায়বা অদু তারে। মাদুগী মতিক থোকপ দগি ফংব তাই।

য়াইস্কুল লাকপা।—ননাই ঐাদ লৈবাক নিংথৌগী মাংনবা করিমতা তৌদ্রি; ঐগী হি মাংহনবগী মরম ওইবা অদুতবু লমন খুমগে হায়বনি।

খগেন্দ্র।—ঐদি নিংথৌগী হৌনবী ডাক্রবগীদমক চিরুহঙ্গববু কম্বরা রাদে। (নিংথৌপেনবশিংদা য়েংদুনা) কনা কনা লৈ। হায়রিবা

হিরুহঞ্জবা অসিবু ঐগী শঙ্গাইদা পুশিন্দুনা থমউ—চেকশিন্না ভাক্তুনা থমউ।

য়াইস্কুল লাকপা।—অয়োন অৱানবা পূন্নমক সনা চরণনা ভাকপিয়ু।—ননাই ঐদি মঙানি অসিগী মনুংদা হিরুহঞ্জববু হাত্তবা যাদে—সনা চরণনা কৃপা তৌবিদুনা থাদোকপীয়ু।

খগেন্দ্র।—চৎলো নংস্ত মাবু লৌপোকপা ভন্নবা হোৎনৌ—ঐদি হান্না ঐগী ভক অসিন লৈপাক তান্দ্রিবমখৈ মাবু—কৈগী ময়াদা তান্নবা শক্তিবু—কৈগী মখুত্তা খৎনা খৎনা শিন্নবদি ভমলোই।

য়াইস্কুল লাকপা।—অয়োন অৱানবা পূন্নমক সনা চরণনা কৃপা তৌবিয়ু।

অসি হায়রমলগা য়াইস্কুল লাকপনা মহারাজ খুরমলগা রাজ-দরবারদগী মপান থোকখিরম্মি।

---

# লৈপাক কায়বগী ময়োল চোংবা

শরৎলাগী য়াচংবাকালনি। মমাই চোল্লবা ইস্ফাল ভুরেন্না মাংদা খোই-খোইন চেল্লি। সুমিদাংবাইগী নামিব সুংশিৎনা হুম্বদা ঈথক্তা মশীং নাইদ্রবা ঈথক্তা তপ্না তপ্না জগোই শারি। অথাপ্পদা মপোৎ থন্না হাপ্লবা হি অনি মরিনা চীংলেমনা চৎলি।—হিথক্তা হিয়োমবশিং অদুনা নোংগী বাগ হায়দুনা তৱেৎস্তবা খোন্থাংনা সম্ব তৎপমখৈ খুলং ঈশৈ লাউরি। ঈশিংদা ভামু কাংডা তর-কুন্দং কেকা

হায়না খোংল খোংলদুনা কোয়চৎ চৎলি। শেংলবা অতিয়াদা থোঙ্গী চেক্লা পূন্নমক্লা মুমিদা'রাইগী মলয়া মু'শিৎনা য়েবদা পূক্লিং হকচাং অপূম্বা ইংলদুনা' লৈনা লৈনা কোয়না কোয়না পাইরদুনা অয়েংবা মীগী পুক্লিং শেন্নহল্লি। মতম অসিদ কমানো ইন্দ্রাল ভুরেনগী মপান্দা অশংবা তিংথৌ মথক্তে' ফমলদুনা ওসি অরাবা চিন্তা তৌরিবা অসে? নিংথৌগী সমা সিংহাসন থাদোক্তুনা ওসি করিগী তি'থৌগী আসনদা কল্লিবা? পাত্র মন্ত্রী অপূম্বন থৌগনবা মুংঙাইত্রদুনা ওসি করিগী তোর্ব্বানগী অচিকপা মফম অসিদা ফমদুনা অরাবা বাথল খল্লিবা? মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা' হায়বা ইল্লবা, থৌনা ফরব', মরৈবাক নিংলবা মনাউগী মপুক্লুং ওনখিবগী মরম খন্দুনা' লৈরম্মি—মতম অসিদা ধনঞ্জয় পণ্ডিতকা মনাউ ইবুংঙো খাইরা'কপগা সনা মাংদা চংলক্তুনা হঙ্গৎলকই—

"মহারাজ! মনাউ ইবুংঙো য়াইস্কুললাকপদি লহান রাজদরবারদগী কুমখিবগা লম্বান্দা লানবন শাদুনা লৈখ্রে হায়না তারে; হৌজিক করম্বা পাম্বে তৌগনি। হৌজিক থেম্বস্নু য়াদে অদুগা ইনাউগী মাংনবা তোবস্নু পামদে; মনাই ঐদি মহাকপু ফানবা হোৎনদুনা মহাকী জ্ঞান তানবা তোবন' ফগত্র নিংজে।"

খগেন্দ্র।—নংনা মনাউগী পুকচেনদি থোইনা খংলিবা অদু মথাই, মানা কৈদোউৱৈদস্ত য়'গদবা লৈতে। মান' নিংলিব অদুনা থুংত্রিবমথৈ মহাক্তা' কৈদোউৱৈদস্ত হনগদব লৈতে। ভাইখো—হন্দক মানা শাউখ্রিবা অসিগী মরম করিনো? হি অদুমগীদি মানা অস্তুপ শাউফম থোক্কে। মানা শাউরিবা অসি অশেংবমক্তি হিরুহঞ্জববু মল্লি। ঐবুখা মক্লগা

খংবুম্বা—নহাকপু ওইরমাল্লে নিংই। মরম করিননো? নচিন ননাউ করি তোনরুবা লৈবগে নত্রগা মহাক্না নিংথৌ শেমগে হান্নবমক্কী তৌবরা?

খাইরাকপ।—মহাক্না নিংথৌ শেমগে হান্নবমক্কী তৌবনি হায়বসি থাক্তবা ভমদে। মহাক অসিমক মযাম্বা নীংলবা অমসুং লৈমনিংথৌ খংলবা মী অমনি। মহাক্না শত্রুক শাউগে হায়রবদা থা অনি অহুমরোমগী মমাংদা খাগিগী লান হেক লোইবগী মতম অদুদা যোংবা মহাক ঐগীদা কোযরকই—লানগী রাখী অসুম শাবদা মনাই ঐমা মধুবু থাগৎলি, ইনাগুন লবঙ্গবু থাগৎলে। অসুম তৌনা মহাক্না লতাসনাবু লবঙ্গদা পীরনা চুম্ম হায়, ননাই ঐস্তু মধুদা পীরনা চুমই হায়খি। অসুম্না খরা ভাংনরগা মহাকসু শ উরপ তৌনা হনখি। ঐস্তু পুক্লিংদা মভোন্দা নুংভাইতবা পীরুবা অদুদা নুংভাইতৌদে। অদুদগী মহাক ঐগীদা অমুক্তা লাকখিদ্রে। মহাক্ক ঐহাক্না কৰিগুম্বা অমসুং ভাংবেখিবা হায়রবু অদুমভাই।

খগেন্দ্র।—হৌজিক করম তৌগনি? শোইদ্রে মাদুগীদমক্তা হৌজিক যুমকাইবা তারি। ঐদি মদু খংদবনিন মংন মধুদা লতাসনা পীসি হায়রবা অদুদা যাথিবনি। মধুগীদমক মতিক চাবা লৈমসিজ অংখিসি লতাবুদি লবঙ্গদ পীরসি নংনা করি হায়রি?

খাইরাকপা।—মাদুদি সনাচরণনা কৃপা তৌবিয়ু। মনাই লাকসু বভ্রুবাহনগী ধারনি—রাশকচেৎলবা ভাম্বগী বংশদা পোকপনি অমহৈকসুং শ্রীযুৎ মহারাজগী ননাউনি ইচিন অমতনা ইরৈ অনি

খৎপদি থোকহনবিগনু, ক্ষেত্রিকুলদা কলঙ্ক থনম্বদি মনাই ঐগী থৱাইনা লৈৱিবমখৈদি তৌরম্মরোই।

ধনঞ্জয়।—মনাউ ইবুঙোনা খন্দুনা য়েংবিয়ু। লবঙ্গগা লতাগা অসি লাইনা শীল্লকপ লৈপুন্নি। অনি অসি খাইনহনবা অসিমক কনাগীসু অকবা থোকলোই।

খ্বাইরাকপ।— মতুংদাদি ঐস্নু খংলকলে। অদুগা লবঙ্গ হায়রবা অসিদা লতাবু পীবদা পুন্নমক্কী অকবা থোক্কনি হায়না অসিসু ঐস্নু খাজরক্লে। তৌইগুম্বসুং মাদু ওইডনসু করম তৌগনি ?—পৃথ্বী অসি পাতালদা লুপখিসনু—নোংপোক্তা থোকপ সুমিৎ অসিনা নোংচুপ্তা থোকলকসনু—শারব মৈ অসিনা উনগুম্না ইংখিসনু—তৌইগুম্বসুং ক্ষেত্রি মচাগী ৱাশকপদি কায়বা ভমলোই। ঐনা পুক্নিংদা করবসু কত্রবসু নিংডুন হায়দোকখ্রে, হায়দোকখ্রবদি মাদু পাংনবা তৌবা অসি ঐগী শোয়দনা তৌগদবা অমান।

খগেন্দ্র।—কৈগ কৈগা, শামুগা শামুগা। নংসু, মাসু চপ মান্নরে, হৌজিক ঐনা কনাবু অরানব হায়গনি ! অমদা হায় য়ারোই, অমদা হায় য়ারোই পাণ্ডিত ! ঐন হৌজিক করি তৌনিংঙাই লৈবগো ?

ধনঞ্জয়।—মহারাজ ! হৌজিক করি অমুক তৌনিংঙাই লৈত্রে। নমাউ ইবুংঙো খ্বাইরাকপসু য়াগে হায়দ্রে ; অদুগা রাইস্কুল লাকপসু ময়াম্বুংগী মথক্তা লমন খুমগে হায়না লেপখ্রে, তোকহনবা য়াক[illegible]ই। অসুম্না গৃর্গাববাদ থোকপা অসিদগী লৈপাক কায়বা ভা[illegible]। মহারাজগীসু ভাকশেম্নবগীদমক শেমশাবিয়ু। ননাউ ইবুঙোনা [illegible] হায়ন্নুনা থাবম্লিবা অদু ভাইবা হায়বা অদু মভায়রে।

# নুংশিবগী জয়

অহিংগী তাংলৌ থেংজিল্লক্লে। শরৎকী শেংলব অভিয়াদা থাবল্লা ঈপোম হৌরি। মায়কৈ তরামক মীচিক মীপোল তাখিদ্রে, পূমচীক চীকখ্রে। মরম মরক্তা মকুতনা থাবু য়েংদুনা চৈরি—অমম্বা অচিকপদা ঈংনা পানবা থুগাই হায়বগী দংক্তা নন্দা তৌরি। হারৌশিংনা অতৎ অথম নৈতনা খোংদুনা তাইবংমীগী নাউশুম ঈশৈ শক্লি। শরৎ ঋতুগী মহী চেল্লবা থাবল্ল তাইবংপানবা অপুম্ব থুক্কৎপা উদুনা প্রেম করব হুইনা কপ্লক্লি। নুংথিন্দা যাগিল্লী, অহিংদা চাকতাবী ময়াংশেকপীনা পুংতোন মশাদা য়ান্দুনা লৌহৈনৌনি হায়না উৎলি। ভম্না য়াচংখিবা ক্লাক অহল খরনা থাবলগী মায়ানা শুক্কৎখিদুনা ইমুং ভাল্লে থন্দুনা তাইবং মী খরগী তুম্বা থুগাইরি। লোম্নাইদবী চেক্লা অমনা তুম্বা চাবা নৈতন থুল থুল থুদিং পাইদুনা মাগী পাখোং চল্লি।—কনানা ফোংই—য়োখোক তেখোক! কনানা হায়—কালেন তেম্পাক। কনাম্না থল্লি—তোন্দোন পাবুং। কনানা নিংই—ত্তোকপম শাজৌ। কনানা লৌই—বউ কথা কও ওন্থোকপনি! "মনোবঞ্ছা পুরায়িনী" হায়বা উচেক অদুনি, নিংবদ য়াদব নৈতে—তেখাউ বামন, পাখোক চম্ফুৎ পথের কাক আসর্নচিংব। ভসি অহিং অসিমক থাবলনৈ, কুন্দানৈ, খরো অসিনচিংব অহিংগী লৈরাং পূম্নমক শাংকাইদুনা শরৎকী অহিংগী নিংথিবা মপুং ফাহল্লে। অসিগুম্বা নুংভাইরবা অসিদা ফমুংদা মতম খরা ওন্দুনা লৈংগা লবঙ্গনা মপাল খোকলক্লে। য়াতাবদা নুংভাইরবা মতমনি; পূক্লিংদা অবাবা বাখল

লৈবনা সুংঙাইরবা অহিং অসি তুমদনা লেনবা তারি। রাধম্মা খুদুম চনখিদুনা গোৎলবা ফমুং অদু তিঙ্খংগুম্না লিংলে—তুম্বনা য়াত্রবদি রাখল, আশা অমসুং ওইদবা পোংখিনা পয়েং পয়েং লাকতুনা মী অমবু ঙাওহনবসি মহৌশানি। লবঙ্গসু ঙসি তুম্বা য়াদদুনা ফমুংদা ওন্থুনা লৈরম্মি—ময়মদি অরব রাখল। হিপলগ তুমবা য়াত্রবা অদুদদি— অঙাং ওইরিবৈগী শাম্নবদগী হৌদুনা পাখং ওইবগী আশা কাগবা পুক্সিগী থাদোক পৃম্নমক মথং মথং নিংশিংলক্লে তুমবা য়াত্রদুনা হৌগৎলে; থেংজংদোক্তুনা মপাল থোকলক্লে।

তোর্বন্দান। পাউনম হিদেনগী মনাক অশংবা তিংথোক্না কূপ্লবা চাংজৌ মথক্তনি। অশংবা তিংথোগী মংক্তা শরৎকী লূরবা লিক্লান তাবদ রেশমগী মথক্তা মণিমুক্তা হাংপগুম উরে। থাবলগী লংলবা মশেক্ক যৈবদা লৌক্র মরাক পৃম্নমক অদু ইথক থক্লি। ঙসি লবঙ্গগী পুক্লিংসু অদু নঙাইরে। পুক্লিদা অরুবা রাখল চামনা মথং মথং থোক্লগা থুনা থুনা নংখ্রি। সমুদ্রদ কোঙ্গোন চামা চামা কায়রগা মালংবনা হুম্বদা থুনা থুনা চাকনাংনবগুম্না নত্রগা লাইক্ক ঈপাক্ত। অমগী মতুংদা অমা মথংমথংদা হোৎগ থুনা থুনা কায়খিবগুম্না লবঙ্গগী পুক্লিংগী ঈপাগুসু রাখলগী কোঙ্গোন নত্রগা ঈথক চামা চামা হৌরক্লগা থুনা মাংখিরম্মী। অমুন তৌনা লবঙ্গনা তোববান চাংজৌ মথক অদুদ তর কুমক্তং ঙাংগী ঙাংগী অদুক চৎলগা মতোমদা হায়জরকই।—

অমুকসু মেদ চংংংবা। মহারাজনা ঐঙোন্দা করি হায়রি— নিংথৌনা ঐঙোন্দ গুংথোক্তন চানবিব নতুনা করি দোষ শীনিঙ্ঙাই লৈ? মনাউইদুংদে খুঁইর কপাদি? নত্তে, করিসু লান্দে, ঐবু লুনা

থৌবিরি চান্না য়োকপীরি, ঐগী নৈজবা গুণগী মতিক চ'বা ব্যবহার থৌবিরি—মনাই মধু অসিদি ঐনা হান্না লৈপাক্কী থবক পুরক্লবা মীনি; মনাই অচানববু অমগী মমাংদা থাগৎপা অসিদি মচৌশানি। তৌই-গুম্বসুং লতাসনা- কুঞ্জলতাবু মহাক্কী থম্মোইগী থুপ্লবা কোচিন্দা লোৎলিবা বাখল অদুদি থংদনা—তৌইগুম্বসুং ম'দুসু কনানা থ'গবা? —অদুগা ঐবু ইপাশক্ল' যোক্লবা নিংথৌগী মনাউইবুংভো অতোম্বা য়াইস্কুল লাকপদি— ? খল্লুদুনা ক'ন্নদে। ঐগী মরমগীদমক্তা মচিন মনাউ ওইবগী নুংশিনবা, নিংথৌগী মন উ ওইবগী নুংশিনবা, নিংথৌগী মনাউ ওইবগী নু'ভাইব পূম্নমক ম'ংগদোর। নিংথৌগী মীচংদা য়াওবদি ঐগী ইশাগী ওইজব হেনত্র? করিগী? চুম্মি, ঐগী হৌজিক লৈরিব ফিভম অসি ক'য়দব য'ই, তৌগুম্বসুং মাদু মীওইবগী লৌচদ্ব নত্তে। খো'বান্দা ত'রব যণবু 'চঙ্খৎপিরগা ম'বু চিঙ্খৎপিরিবা ঐ অদুবু বাইব', নত্র'? ক'ন্নদে। পূম্নমক অরাইবনি। প্রেম নুংশিবা! মাসি ঈশ্বরন' মীওইবদ তে'ভান্ন' পীরক্লব। পুকচেম্মি; মী পূম্নমকীমক ম্যাসি লৈবা ভ'ক্তনিদি হায়রগা মশা মশাগী নত্তনা অতৈগী অওইবা মরান্দ কনানসু থনদে, খল্লুরবসু থ'দে। নুংশিবা হায়বা অসি বাইবা হাযথোকত্রবা স্বর্গগী ওইবা লন অমনি। মাসি লৈবত্তনা পৃথিবী অসি নুংভায়বগী মফম ওইরব'ন, নত্রবাদ মাসি নরক্কী মশক ওইরবা লৈকংল ওইরমগদবনি। মাসি ঈশ্বরন শেম্ব পোৎ পূম্নমক্তা লৈরবা অমৃতগী মশক্লি। ওল ংথাগী নুংশিংনা যৈবদা পু'ক্লং হকচাং অপূৰা ঈংনরি, করিনো? মদুদা নু'শিবগী অমৃত যাওরি। বসন্ত থাবুদা লাকপদা-এ'.দম অপূম্ব' অসি গনৌব হেরাং লৈরাংনা কৃম্মে, অচিনা

মলয়া মুংশিৎনা হৈরাং-লৈরাংগী অমোবা মুংশিরবা মনম হুমডুনা তপ্পা তপ্পা শীনবা থুংনা শীৎলি। মাতু উবদা, মাতুনা য়েবদা অমদি ঋতু-রাজগী থৌগল ঈল্লকপা অয়াম্বা পোম্বী চেক্লাগী কোলোই মুংশিবা তাবদা মীওইবা অপুম্বগী পুক্লিং মাতুদগী হেন্দোক্তুনা কংলবা থম্মোই য়োবা প্রেমগী ঈংলবা লাইজ ঈরানা চোৎলি! করিমো? বসন্ত হায়বা অসি মুংশিবগী ইফুৎনি। অমতংগা থনখো; শরৎথা! অহিংগী তাংলোনা থেংজিল্লবদা তাইবংপানবা অপুম্বা অচীকপগী নিংথিজরবা শককম অমা ওইখ্রে; তাইবং মী অপুম্বা লোইনা তুমথুম হুনখ্রে, মীচিক-মাচিকখোল তাখিদ্রে, মরক মরক্তা অহিংগী উচেক থরতনা পোম্বা পোম্বা খোংলি। মালেম লৈমায়থক অসি পৃথ্বী শীনবা থুংনা মহী চেন্নবা থাবরা চোৎলে; মুংডাইবা হৈত্রবা মকুগুম্বা ঐহাক, নহাক, মহাক, থরদং নত্তনা তাইবংমী পুম্নমক্কী পুক্লিংদা রাহৈনা ডাংথোককম থবেবা মুংডাইবা অমা ফাওবা ডাক্তনি; করিনা?—শরৎ হায়বা ঋতু অসি মুংশিবগী শাইওন্নি। মী পুম্নমক্কী মাম্নদবা য়াই; তোইগুম্বম্নং নিংথৌগী মচানুপী, কুঞ্জলতাসনা হায়বা অসি ঐগী থম্মোইগী কুঞ্জগী অশেংবা লতানি; নত্রগা মাতুদা লাৎলবা মুংশি মূর্ত্তি ওইরবী লাইরেম্বীনি। লহান পাউ চৎভেদগী ডসি হায়বা মুমিৎ অসি ফাওবা ঐগী থম্মোই অসিদা লেংদনা লেরবনি অতুগা লান লোইরে; মনাউ ইবুংঙোগী লৈকোন্দা নীংনবা পুম্নমক থংনরে। (প্রেমগী থৌরানা অমুক হেন্না চেৎনা পুল্লে। মাসি ঐগী দোষ নত্তে, হৌজিকমক স্বর্গদা কাখৎলু, পাতালদা চোংথো—মুংশিবগী তত্তনা শাংদোক্লবা য়োহ্নিং অমবা চিংশিনগদৌরি, চিংথোক্লিবমখৈ চিংশিনবা হেনগদৌরি। ঐনা মাতু

খাদংপা শুমগত্রা ? ওইথোক্কবনি। পৃথ্বী অপূম্বা পাতালদা মমথসম্, প্রেমদি মাংগনি নিংদে। পূম্নমক অরেম্বনি—প্রেমনা জয় ওইবা অসি মহৌশানি।

---

# লম্বান—থিয়া হাজারিগী ইমুং

থিয়া হাজারি হায়বা অসি লম্বান খুন্দা মচীম চংপা মী অমনি। মথোই মচিম মনাও অহুম শুই ; অহল থিয়া মচাহন হায়বা অদুনা নিংথৌ খল্লি ; অদুগা অতোম্বা অদুনা মনাউ ইবুঙো থাইরাকপদগীদা লালুপচিংব ; হন্দকী হাজারি হায়রিবা অসিনা য়াইস্কুল লাকপগী মনাই অচানবা অমনি। হয়েংদি লান চংগদবা মুমিংনি। ভসি অহিং অসিদা হাজারিগী ইমুংদা খুলগী য়াইতোংখমদোংবা—ভেমশুবা কুৎ, লাইশ্রবা সেবকহন ( য়াইস্কুল লাকপগী ), মাইব্যা কৈরুংবা, অখেল্লম্বা পোইলা, ইরোইবা মেঞ্জর, যাহেংবা শেলুংবা, কোনশবা পাম্বোম, চোংথা খুত্তামচ' লোইনা তিরে। ফুঙ্গানাক অদু মরোল অহুম কোয়না কমথরে। যাচোই শাংদুনা ময়াম বা বা নোক্লি। ময়াম য়েংদুনা ভেমশুবা কুৎনা হায়রকই :—খন্দুনা খল্লবদি অথেংবী খল্লু হায়বা অদু হন্দক্তা থ'গদৌরিদো।

লাইশ্রবা সেবকহন।— হোয় তা'কুৎ। ঐগীদি তশাই কত্রবনি, অদুগা ময়ামগীদি মাত্নমক চুমগদৌরি।

মাইব্যা কৈরুংবা।—অদুবু তা' পোইলা, লহামমথৈ নিংথৌগী থৌ পুত্রিবা অসি ঐখোয়না খঞ্জরিবা ইবুঙো অসিগী কৃপানিদো।

ইয়োইবা মেগ্গয় ।—হোয়নে কৈরুংবা! অসুপ কুইরবা অসি মচাকময়ল চাদুন' লাক্লবনিনা হৌজিক্তি মপুগী কাম্নগদবা মতম অসিদা থাদোকপদি ফৱেদো, মনিং থুংহনদবদি চুমদেনকো ?

যাহেংবা ।—হেয়া ! হৌজিকসু কনানা খংব' ? মাম হাজারি, ইবাই পোইলাখোইন' কিয়িববু এখে'য়গী থুং য়'মদে, অসি নত্র ? য়াইস্কুল লাকপ হায়বা অসি লাইমচানি খংউ। নিংথৌ ওইগনি হায়রিবনি ।

কোনশবা ।— হোয়, গোম্ভাইবা পাম্ভিনসু অদুম হায় হায়বা তায় ।

চোংথ' ।—অদুদা তা পাম্বোম ! হন্দকী লান অসি লান্দ' অমা ওইমা তৌরি। লান্দবু মী হাংকসু হায়বা অসিবু করিনো ?

তেনশুবা কুং ।—হেয়া থুংতামচ', চংনা কাও হায়রিবসি ওইথোক্তবা যানিদা; মীনা এভোন্দা থাং চিংলগা এনা মাভোন্দা কোক থিংজিল্লুগদ্রনে ?

লাইশ্রবা ।—হন্দকী অসিদি লান মতা অমনি। মামা মেগে তমখিসনু, লতাসনাবুদি ফাদুন' বিষ্ণুপুর য়োনবা পুদবা য়াদে হায়রি, অদুগা কাছায় লেংগনি হায়রগুম্বসু তৌরি। শিজ অথোকপী, সুংশিরৈ, থাবলনৈমখোইগী কোম্মু'গী নৈমশিজশিং ভাইহাক নৈতবা লম্বান তান্না লাকপসু উই। যুগ অম' ভৌরি।

তেনশুবা ।—হোয়নে সেবকতম, ভসি নৈচিনসু মভা অমা ভৌই। ভেঙ্গোন অছম হায়বদু নক্লেসু হায়নরিদো। নৈপাক অসিবু মভা·

অমা তৌরি। নিংথৌ মচিন-মনাউ অহুম অসি ওস্থোক্ত চাম্নখুবনিদো, মত্রনে মেম্বর সাহেব ?

কোনশবা। — অডুবু য়াইস্কুল লাকপনা লতাম্বা ফাডুনা পুগনি হায়রিবা অসিবু করিনো ?

তেনশুবা।— অদুনবু তেগে'ন অহুম হায়বডু তাগদৌরি হায়নরিবসিনিদনা। য়াইস্কুল লাকপস্তু চিকুতগ্লুবা ফাগনি হায়দুনা হায়রি; নিংথৌনা মাবু কনগনি হায়রি, মসিদ য়াইস্কুল লাকপনা লতাসন্না ফাডুনা পুরবদি তেঙ্গোন অহুম হায়বা অডু তাদ্রিবরদো ?

চোংথা।—করম্না করম্ন ? ইবাই পাম্বোম! নিংথৌগা খাইরাকপগদি মীচং অমতা শুইগদৌরি। ঐখোয়গী য়াইকুল্লাকপদনি তোভাম্না তাগদৌরিবা অদুনদি তেঙ্গোন অনিদমি, ঈরাখোইনা পংহায়ত মহায়।

তখেল্লম্ব—তের খুত্তমচা! পঙ্খেংস্তু খেৎকনুদা! পুরানগী বা হায়বা অসি চুমদবরা হায়বস্তু হেক মথোকইদোসে! শা মমাংদা অভৌবা মকোক তাগনি হায়বডুবু ঙরাংদা নখোই ঐখোইগী মাংদা হেক মথোকইদোসে।

মাইব্যা।— তেঙ্গোন অহুমদি থিয়া হাজাবিগী ইমুংদা হৌজিক্কা হেক মথোক্লেদনা—তেনশুবগী তেঙ্গোন, চোংথাগী কৌক, তখেল্লম্বগী লাম্মী।

ময়াম।—চুম্মেদে, চুম্মেদে।

লাইশ্রবা।—অডুগা শীজ অথোকপীখোইগী কৌজ অসিনা অসিদা তোয়না তোয়না লাকইবা অসিনা করিগীনো, তেঙ্গোন মখি থোকদৌরিব্রা ?

মাইব্যা।—হেরা, সেবকহনখোইনা শীজ অথোকপীগী বাদা মহায়বসিবু করিনো ?

লাইশ্রবা।—ইঃ অতো ফজৈবা ! তিংদা য়াংদা লুতুংতাবা মাগী অমতা অবাৎপা হায়বা লৈতে। থুনীং য়েংই ভাতোন মচিন, পাম্বোন য়েংই—শামু মনাতোন—।

মাইব্যা। মায়থোং য়েংভি পূর্ণিমাগী থা ; সেবকহন্না ভাওবমক চুপ্পি।

ময়াম।—অং অং চুম্মেদো।

লাইশ্রবা।—শীজথোইসিনা তোয়না খোংদাবরবদি ইমুংগী মুপী অমা মশীং বাৎপা। শোয়দে, হন্দকী অসি লান ওইরোইদৌরি—মুপী চেনবতুম তাগদৌরিবরা করিনো।

---

# শানোংবগী লান

ময়াম্বুং মহারাজগী সনানাক্তগী বিদায় লৌরকপা ভসি মরিবি শুরে ; ভসি মনাউ ইবুংভো য়াইস্কুল লাকপনা ময়াম্বুং মহারাজগী সনা চরন্দা মথাগী অস্তম্না পত্র অমা কৎলকই। "শ্রীযুক্ত য়াম্বুং মহারাজগী সনাচরন্দা ননাই ঐহাক্না পত্রগী থোং ওইনা হজচে। ননাই ঐনু য়াম্বুং মহারাজগা পোকমিন্নজবা ননাউনি অমসুং য়াম্বুং মহারাজগী রাজভক্ত ওইবা প্রজা অমসুং কর্ম্মচারীনি ; ভসি কাওবা মতম লৈরি—ননাই ঐহাক্না তাঞ্জরকইবা শা অদু অমুক লোৎপিরগনু। ক্ষেত্রিমচা ওইবগী অচুম্বা বাশক্তি ননাই ঐহাকী প্রাপনা কণ্ঠদা লৈরিবা অদুপকী

মখোদি কায়জনিংদে, য়াম্মুং চরণগী কৃপাদগী কায়দবস্থু ওইসন্নু। মক্তবদি অয়োম অয়াম অপুম্বা সনা চরণনা ভাকপিয়ু।”

পত্র পারগা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা হায়রকই—ওম্মোকপনি! ওম্মোকপগী পুকচেল্লি। তাও দুত! মহাক্না হৌজিক কয়ম তৌরি?

দুত।—মহারাজ! নমাউ ইবুঙোদি লম্বান্দা লানগীদমক শেম-শাদুনা লৈরে। হৌজিক সনা য়াথংদা ভাইদুনা লৈরি। পত্রদা হায়রিবা অদুত নত্তনা অমুকস্থ হঙ্গৎলকই—কয়ম তৌকৌ হায়বগে ভসিমক সনা নোংদম অমত্তং তমবিয়ক্তবা য়াদে। হয়েং মুংথিল পুং ৫ তাবা মতমদা সনাকোম্নুং চংনবা যাত্রা তৌগনি হায়না ভাজরকই।

মহারাজ।—খংলে। অক্ষোংবা রাজবিদ্রোহী। বিষকুম্ভং পয়োমুখং। অদম অথৌ কনা লৈবগে? লৈবাক্তা রাজবিদ্রোহ অমা থোকদোরে। লানগী তৈয়ার তৌদবা য়াদ্রে। হুইনাও চাল্লগ' লুতোম লেকপা হায়বা অদুনি।

“চৎলো দুত! খংলে। নংগী নবুঙোদা তম্মু—মাগী মথৱাই অদু পাম্মুরবা অমদি, মাংদনবা কম্না ভাকশেল্লু। ঐ অমুক কলম পায়রোই—নবুঙোদা অমতা চিংথদনা তম্মু—নিংথৌদি নিংথৌগী হৌনবী ভাক্তবা য়াদে; চংজরকপা মীবু ভাকপীবা, অশোনববু অকনবদগী কনবিবা, চুমদবা থবক কোক্লবগীদমক খুৎলাই পায়বনা নিংথৌগী ধর্ম্মনি। কৈগী ময়াদা ভারবা শজিবু কম্নবা কৈবু শোয়দনা মাংহন্দবা য়াদে। মহাক্না তৌরকপা পুম্নমক কাওদে; মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ

ভৌবিমল খংদবা নিংথৌ নন্তে ; মতম্ম', থবক্লা, অবস্থানা মাড্‌হু ভাকপগী মতম নত্রে। চংলো, খংলে।"

নুমিৎ মাঙ্গোল ময়াই য়োৌবা মতাম্ম। সনাকোন্নুংদা লানবুং য়ৈবা তারে। অভম অথৌ পূম্নমক লোইনা সনাকোন্নুংদা তিল্লে ; অকন অথৌ পূম্নমক য়েংড়ুনা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা লাউরকই—"লৈবাক্কী অকন অথৌ পূম্নমক তাবয়ু। হন্দক মৈতৈ লৈমগী মণি অম করি মত্তবদগী মাংগদৌরিবসি পাম্মুই। লৈবাক প্রজা অপুম্বনা খংবিরিবা অডু মঙ'হ, ঐগী ইনাউ য়াইস্কুলনাকপা হায়বা অসি মরৈবাক শুংশিররবা, ময়াম্বা নিংলবা, থৌনা করব নিংথৌ মচান। ঈশ্বরগী অভকপা থুজিল অমনা হৌজক মহ'কমক্কা ঐখোইগা খুৎলাই থোক্লবা তারে। লৈপাক্কী অকন অথৌ শুরে; মহাক্কা করি ভৌব ভমগানি, মহাক্কী মশাদ খুৎলাই থাবিগনু, লান্দা মায়য়োক্লবা তারবসু মহাকপু কিহনবা নস্তনা ঐদি মাডুদগী হেনাজনবা পামদে। মহাক অসিমক নোংশাগুম্বা মী অমা ওইরবসু লৈবাক্কী, ঐহাক্কা, নত্রগা জন্মভূমি মণিপুর সনা লৈবাক অসিগী ব্রোঙল অমুক খন্থরকপা মতমদা মপুক্লিং হম্থরকপা য়াবা মীতা অমনি হায়না ঐনা থগ্গে। মায়য়োক্লনবা লান থেংনররবা মতমদা মতম মতমগী থোংোক য়েংড়ুনা চেকশিল্লা বাখল ভৌনা শোক্লবিয়ু।"

নিংথৌগী সনায়াগং তাড়ুনা লৈপাক প্রজা অপুম্বা লানগীদমক নোংমচুপ্ন ভাইড়ুনা লৈরে।

মতুংগী নুমিৎ অডুগীসু নুমিৎ য়ুংখ্রে ; তৌইগুম্বস্নুং লানগী করিগুম্বা থুদম অমতসু উত্রে। অসোমদা লৈবাক প্রজা অপুম্বদি নিনি চুপ্ন ভাহরি। উন উনা পুং অমা, অনি, অহুম, মরি, মঙা

তাখে। মাইবতান লোইশংদা মঙা তাবগী পুং থীল্লে। ঙরাংগী হুতনা হায়রম্বা মতুং ইন্না চেকশিল্লো হায়দুনা সর্দারশিংদা লাউরকই।

( অরাপ্পদা )—জয় খগেন্দ্রজিৎ মহারাজগী জয়! জয় মণিপুর মাতাকী জয়!

## ঈশৈ

মণিপুর মাতানা জয় ওইসনু।

মহারাজ খগেন্দ্রনা জয় ওইসনু।

লৈবাক নীংবা মপুনি মনাউ চানবা নিংথৌনি

নীংজরকপা থুংগনি।

মহারাজনা জয় ওইসনু ॥

অসোমদা মনাউ ইবুংঙো থ্বাইরাকপনা শীন্দুনা মরু য়াওদবা তোপ মোংমৈগী খোঙ্গেম্না সনাকোন্নুং অপুম্বা থক থক নিক্লে। থীন্দনা লাম্মী তেঙ্গোন অনিমক মায়য়োক্লরে। লানগী লানওংনা মমাংদা শীন্নরকপা পূম্নমক কায়রে। হমবা লৈত্রন মনাউ ইবুঙেংগী তেঙ্গোম্না সনা কোন্নুং চংখ্রে হায়বা উদুনা মনাউ ইবুঙো থ্বাইরাকপনা থুৎলাই খোক্লো হায়দুনা সনায়াথং পীরে। তেঙ্গোন অনিমক অথেংবী লান শোক্লরে। শিবা কিদ্রন য়াইস্কুল লাকপগী লাম্মীশিংনা সনা শঙ্গাই কোয়শিনখ্রে। মচান্দা অতৈ লাউদে, "মহারাজ শোকফদে; হিরুহঙ্গবা কাও; মহারাজ খগেন্দ্রকী জয়, মনাউ ইবুঙো য়াইস্কুল লাকপনা জয় ওইরে।"

মহারাজ।—করি? অমুপ তৌবা ঙম্বা? হৌজিক ওক্লে। লৈপাক মচা অপুম্বা থুৎলাই পায়রো। য়েক্লববু মরু ফংনা মাংহল্লে।

অসি হায়দুনা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা থাং থৌবোম্বা পায়দুনা থাংগী জগোই শারে, মাংদা তারবা য়েক্লবা অপুম্বা য়েক্লেম থক্লক লোইশঙ্গুম শোইরে। লাইনা থাবা নিংথৌনি; লাইনা থাবা খুৎলাইনি; কনানা থাংগনি? য়াইস্কুল লাকপগী লাম্মী অপুম্বা শমজি খাইদুনা চেন্নরম্মি। মীগী ঈনা সনাকোনুং অপুম্বা পূমভাং ভাংলম্মি৷

---

# মণিপুর রাজদরবার

য়াইস্কুল লাকপনা কাছাড়দা চেনশুবা মতুং নোংমা কোনবদা ভসি অমুক সনা কোনুংদা দরবার ফমলে। লেপাকী অঙম অথৌ পাত্রমন্ত্রী লোইনা তিল্লে। মাংদা য়েং ওইরপনা মনাউ ইবুঙো খুইরাকপগী অমসুং ওই ওইনা মনাউ ইবুঙো য়াইস্কুল লাকপগী ফমফম অনি হাংদুনা লৈ। সনা মাংদা রাজ পণ্ডিত ধনঞ্জয়। ভসিগী দরবার অসিগী দৃশ্যসু ওন্থোকপা অমনি। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা চিন্তা তৌদুনা লু লুকথদুনা সিংহাসনদা ফম্লি। মহারাজগী অবস্থা উদুনা কনা অমতনসু বা হোঁদোকপা ভমদ্রে; সভা পূম্নমক পুমচীক চীকখ্রে। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎসু বা হোঁদোকে নীংবা পুক্লিংদা নোনা হৌরকইবা রাথলগী ঈথক্লা থুক্কৎখিদুনা ভাংথোকপা ভমখিদ্রে—মরক মরক্তা মাংদা হাংলিবা ফমফম অদোমদা য়েংদুনা অরাবগী নুংশামপী হোল্লি। অসুম্বা ভাইহাক লৈরবদা মহারাজগী মনাই অচানবা থৌদাম মণিভদ্র

লাক্লগা সমা চয়ণদা থুরমৈ। মণিভদ্র উবদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা মোমোন নোক্লগা হায়রকই :—"মণিভদ্র! নং লাক্লগা থংনিং নীংশিংলকই। করি নত্তবা রাথল তৌদুনা ঐগী তৌগদবা থবক কাউথোকউরে। পাত্রমন্ত্রীনচিংবা লৈবাক প্রজা অপূম্বা তাবিয়ু; ঙসিগী তিল্লিবা সভা অসিদা থম্নগদবা অমসুং থম্ননিংলিবা বা অদুক থমখিদুনা হায়গী পন্দুনা লৈরম্লবা থবক খরদং অদুক লোইথোকচরগে। মণিভদ্র! নংনা শেম্মুবা লম্বী থোং পূম্নমক লোইরব্রা? সুম্বল অমসুং মনাক নক্লা লৈবা লম অমতদা ফত্তবা লৈকুৎ লৈতোং থম্বা য়াদে। চেক শানবা কুমশীমক বন্দোবস্ত তৌগে নীংলি। নং চৎলো, থবক্তা মায় ওনশিল্লু।

লৈবাক প্রজা অপূম্বা তাবিয়ু, পাত্রমন্ত্রী অপূম্বসু তাবিয়ু,—ইনাউ—কদাই ইনাউ ইবুংঙো খ্বাইরাকপসু য়ৌরকত্রিবোইনা? করি তৌরবগে? মহৌশাদি থক থেংদবনিনা?

মতম অসিমক্তদা মনাউ ইবুংঙোসু লেংশিল্লক্লগা মহারাজবু থুরমলগা হঙ্গৎলকই, "মহারাজ! ঙরাংগী লান অদুদি লান নত্তে; সুপী চেনবা ওইরমলে। ননাই ঐহাক ঙরাংদি থংবু থংদে। ঙসি অয়ুক্তা হংনরকপদা ননাই ঐগী থক্তসু অমা শাত্রবা, মথাদসু অমা পোমজত্রবা লতাসনা অদু লৈত্রে। কদাইদা কররম্না চৎখিগনি?—মাসিবু ধর্ম্ম লৈত্রবা, সুংশিবা থংদ্রবা পুকচেন কল্লবা শানোংবগী থবক নত্তুনা করি ওইগনি? হৈ, ইচানা য়ানা মপুক্লিংমা য়াম্নিংমা মথৱাই তানা চৎখিরমলবদি অমনি; মত্রবদি শানোংবনা কদাইদা চেনগনি? ননাই ঐদি পোকপদগী শাউবা হৈতবনি; থৱাই যাঁবা

খংদবনি। ননাই ঐগী থবাই অসি ওম্থোক্ল' মুংঙাইত্রে। মহাক্‌কী—শানোংবগী খুৎ অসি ননাই ঐশাক্তি লৈপাক অসিদা থমনিংত্রে; ননাই ঐহাক্না পামজবদি—মহাক্‌কী থাম অসিদি ফজ্রবা থামনি; গর্ভদগী হৌনা শোয়বনা মতিক চাগদমাল্লে, অদুগা মাগী তেংবাংবমখৈস্ত ভন্না মতিক থোকপা দণ্ডি ফংসন্নু।

খগেন্দ্র।—ইবুংঙো! তপথে, মানা হৌজিক চেন্দুনা হিংগত্রা? তপথখো! মাগী বিচাম তৌরগা মতিক থোকপা দণ্ডি পীগনি।

খাইরাকপা।—মহারাজ! মাগী অওইবা বিচাম হায়ববু অসিনি। মাগুম্বা ধর্ম্ম খংদবা, পুকচেন কনবা মীগী থাম লৈরবদি মণিপুর সনা লৈপাক অসি মরূ ফংনা মাংলরগনি।

মহারাজ! ননাই ঐহাক মহারাজ খগেন্দ্রগা পোকমিন্নবা মমাউনি; মণিপুরগী ক্ষত্রিয় রাজবংশদা পোকপা মচামি; ননাই ঐহাক্না হঙ্গৎচবা লৌবিয়ু—হৌজিকমক শানোংবগী মতিক থোকপা দণ্ডি পীবিয়ু।

খগেন্দ্র।—কনা কনা লৈ?—ভসিমক মায়কৈ মরি চাইদুনা থিয়ু—শানোংবগী থাম কনা কনা লৈরি, মাগী তেংবাংবনা কমা কনানো? লোইমা ফাদুনা পুরকউ।

ভসিগী দরবার অসি অসিদা অস্নুম্না কায়নরসি; লৈবাক প্রজা অপুম্বস্ন পোত্থাবিরুরো; ইনাউস্ন হঞ্জিন্দুনা মুংঙাইনা পোত্থাবিরুরো ঐনা থবক পুম্নমক শোয়দনবা শীনগনি; ঐহাক ইচাগী লৈফম থংনবা থিগে।"

নিংথৌগী য়াথং ফংলবদা প্রজা অপূম্বস লোইনা হন্নখ্রে মায়কৈ মরিমক নিন্নখ্রে—মহারাজগী সনা য়াথংনা—শানোংবা য়াইস্কুল লাকপগী ধার মথৈ গর্ভদগী হৌনা শোয়গনি। মাসি তাবদা য়াইস্কুল লাকপগী ধার মথৈ মায়কৈ খংদনা চেন্নখি।



# য়াইস্কুল লাকপগী অহানবা অরাবা রাখল অমসুং রামপুরদা রাতান্নবা

ঙসি পূর্ণিমা সুমিৎনি। তৌইগুম্বসুং অতিয়ারোমদা য়েংলুররবদি কনানা পূর্ণিমা সুমিৎনি হায়বা খাঙগনি? অমুবা নোংগী মপেন্না অতিয়া অসি মরোল চামা থানা কুপশিনখ্রে। থবাম্মিচাকী নিংখিবা লৈরাং অমতসু পূর্ণিমাগী শংবান্নবা মালংদা শাত্রে। মাড়ুগী মহুত্তা মরক মরক্তা নোংথাং লৈমনা মঙাকী শাংলবা থাংশাং হাইড়ুনা মীগী মমিৎ ঙকহল্লি অমসুং অমমববু অমুক হেন্না মমহল্লি। অতিয়াদা—অৱাংবদা নোংখাকপনা পৃথ্বী অপুম্বা থ্রুক থ্রুক নীকলে। ওন্থোকপনি! ঙসি অসি প্রকৃতিগী ওন্থোকপা অকিবগী মশক ওইবা মূর্ত্তিনি। উনা উনা নোংনা য়োংশুক তাবগুম তাথরক্লে। লৌবুক, খুল, লম্বী-খোং পূম্নমক নোংগী ঈশিংনা তাওথোক্লে। অড়ুমক্তদা নোংনা অতং অথম্বা লৈতনা মীকপ মীয়াওবগুম জৃ জৃ শিন্থুরি। মহৌশা হায়বা লাইরেম্বীগী তুংজুংনবগী মশক ওইবা শকফম অসি উড়ুনা ঙসি তাইবং মীওইবা পূম্নমক্না থোংনা পোরোন য়ৈশিন্নড়ুনা তুমনখ্রে, পৃথ্বী অপুম্বা

পুমচীক চীকখ্রে, মীচিক মীৱাওখোন অমতা তাবা ফংখিদ্রে ; মিমবগী মমুংদা অৱাপ্পদা হৈনৌ পাম্বী ক্ক'ক মতৈ-মমাওনা মহুম শাবা হৈ, হৈতে হায়ৱগী মৱমদা খংনৱি—প্রকৃতিনা মখোইগী মৱা তাবা লৈতে। হৌমবী মতুংইম্ন! ক্কাক অমগী মহুম চোৎপদা কৱি ৱাফম খোকপা ? অৱাপ্পদা অতনবা কনাগুম্বগী যণনা মাঙ্গোল কায়ৱ হায়দুনা নিপা মতৈ মনাউনা মৈৱা চমদুনা যণ তাম্লি ; হূই ভৱা মঙাদং কূনফম জূগোৎ চাত্রদুনা সপ্তম স্বৱদা লাউৱি—ঙসি অসিমক থাঙ্গৈশেংবা হূৱানবগী অহিংনি, হূইনা খোংবনা কনানস্থ তুম্বা কায়ৱ হায়ৱগী নিন্দা তৌৱোই ; নিনবদা অসিমখৈ মঙাই—নোঙ্গৌবী অনি অহুমদংদি য়াম্না হৱাওনা কুইনা মীংজৱকপা থুংলে হায়বা মতাগুম্না খোংলি। মকুনা পোত্থা পোত্থানা তাল থাৱি। মাদূ তাবদা প্রেম কবা হূই কনানা কপ্পস্ত য়াওৱি। অস্নুম তৌৱিবৈ অসিদা মুংশিৎ লিংথোম্নু মাগী খোংমী হুমফুমৱি পুদুনা থুংলৱে। কনাগী মূম শীদোকই, কনাগী ৱঃ থুদেকই, কনাগী শঙ্গোই ঈনথুরুক্ট, কনাগী ড় হুমদেকই। মোংগী অকিবদগী য়াতাক্লমৱবা তাইবং মী অপূম্বা অমুক য়াকাইৱদুনা কনানা কাথ্নদা, কনাম্না উপূ কাৱক্তা, ঙমনা লোৎনখ্রে। কনানা ফুজাগী মৈ মূৎশংলি, খুদক অদুমক্তদা মুংশিৎ মোংলৈ অমনা যাতিমাঙ্গী থাওমৈ মূৎথখুদুনা মৈ চম্ফম লৈত্রদুনা অৱাবা চিন্তা তৌৱি। অস্তম্না অকিবগী মশক ওইৱবা অহিং অসিদা কাছাড় ৱামপুৱ থুন্দা অপিকপা থাঙপোকশং অমগী মনুংদা ফমলদুনা খুৎ চুবা মেস্তুম্না অৱাবা ৱাখল তৌৱিবা অসিবু কনামো ? মুংঙাইবা নত্তনা অৱাবা থক নংঙ কত্রবা, মুংঙাইবা নত্তবা অৱাবা থক থংলকত্রবা অকিবগী

মমি তাত্রবা থম্মোইদা করিগুম্বা নীংবা কায়বগী অয়ম্বা পুকচেল পকত্রবা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী মনাউ ইবুংঙো অতোম্বা য়াইস্কুল লাকপনা ঙসি কাছার রামপুর খুন্দা অপিকপা খাংপোকশং অমদা কমডুনা করিগী অৱাবগী চিন্তা তৌরিবা। প্রকৃতিগী অসিগুম্বা প্রলয়গী মশক ওইরবা মূর্ত্তি অসি উবদা মমাংঙৈগী খাগিগী লানদগী হৌডুনা ময়াম্বুং খুইরাকপগী শঙ্গাইদা লেংবা কাওবা— থোদোক পূর্ণমক অসি থম্মোইগী 'মিংশেন্দা মথং মথং লোইনা তাররে। নীংশিংকম থোকই—ঙসি অসিসু মমাংঙৈগী ময়াম্বুংগী শঙ্গাইদা লেংবা মুমিৎ অদুগা. অমতনি। মমৈদা য়াইস্কুল লাকপনা খোঞ্জেল থোক্না হায়দোক্লকই :— "করম্না শানোংবা য়াইস্কুললাকপনা লান্দা মায়থীবা ? কৈ, মায়থীরো ; লানদগী শিদবা চেল্লকপা ? ঐ অমুক খাংবা ঙমদ্রে—লাল্লবসু চুল্লবসু ঐনা হিকুহপ্পবা হাৎকে হায়দোকখ্রে—ঐনা হৌজিক তৌগদবা হায়ববু মাবু হাৎপা নত্রগা ঐনা শিবা অসিতনি।" প্রকৃতিগী উপদ্রব অসিনা মনাউ ইবুংঙোগী থোগল ইল্লকপা মনাইশিং অমসুং লবঙ্গ তুম্বা য়ারমদে। লতাসনাসু হৌগত্তুনা মপাবুংগী থোগল তৌরম্মি। মপাম্বুং য়াইস্কুল-লাকপনা লতাসনা য়েংডুনা হায়রকই। "ইবেম্মা লতাসনা! তাওয় ইপা রা হায়গে।· নংগী পুক্লিংগী অচেৎপা বাশক উডুনা ইপানা নংবু য়াম্বুংগী সনা শেগাদগী শত্তুনা পুরক্লবনিদো। হৌজিকমকত্তু হায়যু— নংবু মণিপুর তাম্না থিন্দুনা য়াম্বুংগী সনা নাক্তা কৎলু হায়ত্রা ? ঐনা হায়রিবা অসি অতাবা মখেনা য়াম্না নোক্লিংবা য়াই—তৌইগুম্বমুং ঙসি অহিং অসিমদা ইপাগী পুক্লিং অসি ওম্থোক্লা ওনখ্রে ; ইপাগী

হৌজিক ভৌগদবা হাযববু ঐগী থবাই অসি থাম্ববতদা ইংবা ওইগদৌরি।

কুণ্ডলতা।—পাবুং ইবুংঙো। সনা পুক্লিং তপথবিয়ু—ননাই জ্ঞান লৈত্রবী মুপীমচানা হঙ্গচ্চবদি চুমদবনি—তৌইগুম্বস্তুং অদুবু মনাই ঐহাক্না সনা পুক্লিং তপথবিয়ু হায়দুনা হঙ্গচ্চরি। সনা পুক্লিংদা পাংগে হায়না লেপ্লিরকপা থবক পাংনবা হান্না হোৎনবিয়ু। মতুংদা অতৈ রাখল অপূম্বগী পাংনবা উপাযস্তু মন্নাইনা লাকচগনি। ননাই ঐগী মন্নমদা হঙ্গৎচৌ হায়রবদি লেপংবা পুক্লিংগী ইকাইখুম্নবা ভাক্কে হায়বগীদমক, মুপী ওইবগী পুক্লিংগী অথোইবা পাঙ্গল উংকে হায়বগীদমক, ইপা ইমাগী মুংশিবা, নিংথৌ মচামুপী ওইবগী মুংঙাইবা পূম্নমক থাদোক্কুনা থৌগল ইপ্পরক্লবনি।

য়াইস্কুললাকপা—উম চুম্মি। নংনা হায়রগা ইপাস্ত নীংশিংলে। ইচাগী নরাহৈ অসিনা ইপাগী থম্মোইদা ওলাংথাগী চন্দন খিকপা লৈরাংগুম্না ঈংনবা মশক ওইরে। পোকপদগী ইপানা নীংবা থুংলক্কবা তৌত্রি—হৌজিকস্তু ভৌহর্নখিরোই। মীওইবা হায়বসি থবকী পোকপনি—থবক তৌদুনা শিগদবনি। নংগী পাউভাক অসিনা থম্মোইদা অরাবগী মৈন ভেক চাকথৎলকপদা কুমগী ঈন্না ওইদুনা পূম্নমক নেমলে, হৌজিক ইপাগী পুক্লিং মুংঙাইরে নংস্ত ভুম্মুরো।"

নোংনা আকাশ কীম্বগুম খাকপা, মুংশিংনা প্রলয়গী মতৌগুম্না শীৎপন। ভসাই মখে য়াহস্কুললাকপগা লতাসনাগা ভাংনয়ম্বা অপূম্বা অসি অতৈ খাংপোক্তা লৈব মনাই অভৈদি তাখিদে। হৌজিক মপাবুংগী য়াথং ফংলবদা লতাসনাস্তু ফমুংদা চংখ্রে। প্রকৃতিগী নিয়ম

হায়বা অসি অঙকপনি। হৌজিক্তা মায়কৈ তরা অসিমক অকিবা কংনা মম্ল'ম্ম। নোংনা য়োংগুক তাবগুম শিন্থুরমই; নোংশাংনা অতিয়া অসি মগুং লিশিং থোকনা য়াখাইরম্মী; মাদুগা লোয়ন-লোয়ননা নোং থাকপা অমস্তুং খোংবনা পৃথিবীদা লৈবা জীব পূম্নমক্কী থবাই অসি থ্রুক থ্রুক নীক্লুরমই। হৌজিক মহৌশাগী অদুগুম্বা অকিবগী মশক ওইবা শকক্তম অদু কদাই? য়েংউ, হৌজিক মহী চেন্নবা থাবম্না পৃথিবী শিনবা থুংনা শিন্থরক্লে। অমংবা থবাম্মিচাক্কী লৈরাং লিশিং লিশিংনা অহিংগী শংবাননবা মালংদা শাকায়রে। মালেমথক অসিদস্তু মাদুগী মতৌ ওমদুনা অহিংগী তন্দম লিশিং লিশিংনা অতাংবদা, উনাদা, লৈপাক্তা পোথা পোথা ভাল্লি। পোম্বী চেক্লা থরস্ত লোনম চাউরবা প্রকৃতিগী নিয়ম খংদতুনা ভাইহাক কোয়পাই পায়দুনা খোংলগা মহুমদা হঞ্জিনবা হোৎনরি। অন্থুম তৌরবা মতম অসিদা মরৈপাক থাদোকপগী পুক্লিং মুংশিদুনা লৈরবা মৈতৈ মচা পূম্নমক অদু কনা অমতস্তু ভুম্বা য়ারমদে। মতম অসিদা য়াইস্কুল লাকপম মনাইশিংগী খাংপোকশংদা চংলক্তুনা হায়রকই—"মহৌশাগী নিয়ম হায়বা অসি ওন্থোকপনি—হৌজিক্তা খোংলুম লাউরম্বা অদু কদাই? অদুগা তাও, লৈপাক মচাশা! ভসিদি ঐসি ওন্থোক্লা ইকাইখ্রে; শানোংবা ঐগী থম্মোইদবু অবাবা অমস্তুং নীংক্লা কায়বগী মফম পীরুরে। খনবতা নত্তুনা ভয়ম্বগী মতৌগুম্না চীন থোকউরে। লতাসনানা—(মসি ঐখোইগী ধ্বনি হায়বদা লেম্নক্ষিম্ন) —শোম্থগে তৌরমলবা ঐগী থম্মোইদা অনৌবা পাঙ্গল অমুক পীরে। অদুনা লৈপাকমচাশা! হৌজিক করম তৌসি হায়বগে? ঐখোইনা মীংলকইবা অসি অরেম্বা তাগদোরব্রা?

লবঙ্গ।—সনা য়াথংসু তাকপিয়ে। ঙসি অসি অহিংগী তাংলোদি থেংথ্রবসু ভূম্বসু য়াগদবা লৈত্রে—ঐখোইগী তোগদবগী মরমদা লোয়না তানহৌরসি।

সেবকহন।—ঐখোইনা হৌজিক য়াগদবা হায়রবু লাম্মী লৈতবা অসিনি। অদুগা মতম খরা রামপুর হায়রিবা মফম অসিদা লৈরবা তৌদুনা লাম্মী খরা খোম্বা অসি ঐখোইগী অখোইবা তৌগদবা ওইরে।

মাইব্যা কৈরুংব।—ময়োল ইয়োলসু ৺ংনদবা নিংথৌ পান্দুনা লৈরিবা লৈপাক অসিদা ঐখোইনা করম্না লাম্মী খোম্বা চঙগনি?

লবঙ্গ।—মাডুগীসু পাম্বে লাকখিগনি। হোৎমদনদি মাডুসু করম্না হায়বা ঙমগনি। ঐহাক মাডুগী থুদোংচাবা খরসু উয়ে। হৌজিক্কি মাডুগী অওইবর্মক্তু থংদ্রি, ঙসি তরানি মঙানি ঐবু কয়া থিবিখিগনু—মাডুগী তাংদাংবা অম থংলগা ঐ মযামদ থংহল্লগে।

বাহেংবা।— ঐখোইনা লৈবা অসিদা ময়াং নিংথৌনদি হান্না আপত্তি তৌরোইদ্রা?

লবঙ্গ।—মাডুদি পাৎলিভৈদ হয়িংদসু নোঙ্গৌ হায়বা অডুনি। মঙোন্দা হান্না লৈফমদি নিবনা চুম্বা?

তখেল্লম্বা।—ঐখোইনা হান্না হৌরুদবসু থবকী থবক মরাইনা লাকচগনি।

য়াইস্কুল লাকপা।—উং মাডুনা কৈ হান্না খাজহল্লগা বিশ্বাসঘাতক ওইবদি মীরৈপাক অসিদা মৈতৈগী মিংচৎ থীবা থোকনি। কাছাড় লৈপাক অসিদা মৈতৈগী লম শন্দোকপদি, মীরৈপাক্তা মৈতৈগী গুণ তাহনসি, মাসিনা শিমিল্লসি হায়দুনা তেমশীংনরকইবা ঐখোইগী মরু

ওইবা মত্র নত্রা ? খাগি য়োনা নোংপোক্তা মৈতৈগী গুণ তাখে ; অসোমদসু ভারত থুংনা মৈতৈগী মিংচৎ তাসমু, অসি নত্রা ? অমরোমদা চুন্নবসু মাদু মিংচৎ থীবা অমা থোকপা য়াই ; মরম অদুনা থোক্ল থোক্লব মতমগী হোৎনসি ; লবঙ্গ ! নংনা তৌরি হায়বা থবক অদুসু থুনা অওইবা খংনবা হোৎনরুরো ; মাদু খংলগা অমুক তান্নসি। অহিং কনা থেংখররিগনি, ময়ামসু পোথারুরো।

---

## বরাক মপান্দা লবঙ্গ অমসুং নবীন ৮

লবঙ্গ।—বন্ধু ! ঙসি অমুক মরুপকা উনবা ফংজবা অসিদা ওল্লোক্লা নুংঙাইজরে। মীরৈবাক অসিদা চথোকফমমক্তা লৈজদে—মরোম ইরোন খংদবনিনা কনানসু ঐথোইবু নুংশিবিবা য়াওদে। বন্ধুনা অসিদা লৈবিবা অসি কয়াদি কুইবিরবনো ?

নবীন।—চহি মঙা—কাউবু কাউশিল্লকলেদা বন্ধু ! চহি মঙা ভক্লকলোম খরদুম হেল্লক্লগত্রা নীংলে। কোয়রুরেদা বন্ধু ভেংখাউ, তখেল, গম, খাসিয়া কয়াস্তিয়া, শিলোট কুইনা কুইনা লৈরুরবা ঙা ফুনি। বন্ধুথোইদি লল্লোন ইভিকী লাকপনি হায়রগা মীবু য়াম্না হোনদুনা লাকইদা ? মণিপুরদদি খগেন্দ্রজিৎ মহারাজনা পানবা নুংঙাইরে হায়রদাইদো ?

লবঙ্গ।—অং, অদুম ভাবরা ? মীরৈপাক অসোমদা মণিপুরবু ক্লয়ম কয়ম ঢাংনবগে ভাবু ভানীংঙিনে বন্ধু !

নবীন।—মণিপুরদা তৌবা থবক্তি ইতাও, অসিদনা হায়া তায়। হন্দক্ত খাগিবু ঙমলে হায়বদাইদো। মহারাজ খগেন্দ্র মশা অসিমক লাইনা থাবা নিংথৌনি হায়নৈ; অদুগা মনাউ ইবুঙো অনি অদুস্নু লাইনি—কনবদা, থৌনা ফবদা, মরৈপাক মুংশিবদা, লৈমনিংথৌ খংবদা, মনাই-মশল লুনা তৌবদা পৃথিবীদা তাংডি হায়বা অনি ভারত শীনবা তারবমক ওইরে।

লবঙ্গ।—অদুগা বন্ধুদি মণিপুরদা অমুক লেংঙরোইদ্রা?

নবীন।—মরুপ। ঐনা মণিপুরদা অমুক চৎলুদনা করি কায়গদগে—লম্বোইবগী জাৎনি—ঐগীদি লৈপাক কোয়বা অসিনা ঐগী মুংঙাইবনি—লম্বোইবগী করি—ফংলগা চাবা ফংদ্রগা তোকপা।

লবঙ্গ।—লম্বোইবস্থ জন্মভূমি দর্শন তৌবা য়াদে হায়না করি লৈবগে? হন্দক্তি ঐনা থুকমজহুনা হায়জরিবা অসিনি—ঐখোইগা অমুক্তংদি মণিপুরদা লেংদব যাদে; মঙানিদং নতাওগীদা লৈবিরম্লগা অমুক দেশ ভ্রমণ তৌ বখো। মণিপুরগী 'হঙ্গাম হবাইমতোন' হায়বা অদুবু ঙাক্ত মুংশিবিদবা তৌবিগমুদা!

নবীন।—খল্লুরগা বন্ধু! ওস্থোক্লা মুংশিদা ওস্থোক্ল চৎনিংখ্রেদ, অদুবু হন্দক্তী মপোকগীসিদদি ঙমগনি হায়বা নীংদ্রেদনা। করিগীনো হায়দুনা বন্ধুনা হংবিনিংগনি হায়না নীংই—অদুবু ঐদি সাধু লম্বোইবগী জাৎনি, লৈপাক কোয়বনা ইথৌনি হায়জগ্রবদুনিদো—অদুনা—

লবঙ্গ।—অদুবু মণিপুরদি লৈপাক অমা নত্রবরনে?

নবীন।—লৈপাক অতৈ পূম্নমক্তগী হেল্লবা স্বর্গধামনি। অদুদা বন্ধু ঐম চৎপা য়ারোইদর মরম য়াম্না লৈরে, কেম্ন মশংশিরক্তনি—

হৌজিক্তি মণিপুর অদুবু করম করম তৌহৌরিবগে খরা তম্বিয় ইত্তাও. মাদুদুম তাসি। অদুগা—

লবঙ্গ। বন্ধুনা ঐবু থাজবা য়াবা মরুপনি খংবিয়ু—হন্দাক্তি অমুক্তা লেংসিদা। করি কায়বগেনে? বন্ধুদি দেশ ভ্রমণ তৌরিয়া সাধুনি, ঐখোইগী মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা য়াম্না তরাম তরাম ওক্লমগদরা অমনি।

নবীন। খংজরে বন্ধু! ঐনা হায়জুনিংগ্নিরা. অগ্নিদা বন্ধুনা হায়হনগদবগী ওন্থোক্না কন্না লাক্লখরে! নৈপাক কোয়বা মীনি, ঐনা কনাবুসু কিবা নৈতে; কনাবুসু ঐনা ইকায়বা নৈত্রে। বন্ধুগসু ভসি চাম্নরম্মী—হয়েংদি ঐখোই অনি উমগনি নত্রগা অসুম্না মুংশিনবগী বাগ্রী শারগনি হায়বা কনানা খংবা? শেঃ বন্ধুনা তাবা কান্নবা নত্তে হ য়তুনা ঐনা নহানমথৈ ঐগী পরিচয় তাক্লবনি। ঐ অসি চৌংনাং মখোংদা নৈবা লাইরেনলাকুপম মচানি; ইথিং নবীন কৌই; ঐনা পিক্লিভৈদা ইপা ইমা অনিমক শিখ্রে; ঐহাক ঐগী শাগৈ অমগী মযুমদা নৈরম্মি। য়াম্না পিক্লিভৈদগী ঐহাক মনাও ইবুঙে খাইরাকপগী কোন্দা নৈ। বন্ধুখোইসু মতাবিবা য়াই; মনাও ইবুঙোগী শঙ্গাই মনাক্তা খুম্বোং মেঙ্গুব হায়বা অমা নৈ মাগী মচা মুপী ইন্দুরেখা হায়রী অদুগা ঐগা পিক্লিভৈদগী হৌনা য়াক্লা মুংশিনরম্মি। মেঙ্গুব অদুনা ঐবু য়াম্না তাগ্নী; মানদি নিথৌ ভম্বা অষ্টম্বা ওইন নৈদে; অদুগা ঐদি পিতৎ-পাদৎপা তোম্নবা মচানিদো; অদুনা অমতা পোকচবা মচা অদুবু ঐগা প্রেম্ নৈনবা মতৌ উব অমসুং তাবা অদুদা শাউদুনা মানা ঐগী মাংনবা হোৎনগে

তৌরে ; অদুনা নৈবা য়াদদুনা ঐহাক্না বিদেশনা চখোক্লিবা অসি ওইরে। ইন্দুরেখস্থ হৌজিক কাওবা ময়ুম পান্দ্রি হায়বা তায়। মাবা ময়ুম পান্দ্রিবা নত্রগা শিন্দ্রিবমখৈদি ঐ মণিপুর খোক্লোইরবনি। বন্ধু! শিমিন্নসি বাশকখ্রবনি। মীগী মচিন্দগী ইন্দুরেখাদি অত্তাও-বীনি তায়, অত্তাওবী নত্তে ইতাও! মাস্থ ঐনা তৌরিবা অসিগুম্বনি।

লবঙ্গ।—ও, মাদুগুম্বা অমা নৈরবদি খংত্রে। অদুগা বন্ধু! মনাউ ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপগী বাদি করি করি তায়, ঐখোই মণিপুরদা নৈবদি করিমত্তা তাদে, বন্ধুখোই মপান্দা নৈবনা হেন্না তাবমমিনে।

নবীন।—মনাউ ইবুংঙো অমি হিগী বাহৌদগী নিংত্তাই তৌনদুনা নৈপাক বাখোক অচৌবা ওইরে হায়বা তায়। অদুগা অন্নামনবা অচুম্বরা য়াইস্কুল লাকপদি মনাই-মশল লোয়না পুদুনা অসোমদদুম চেনখ্রে হায়। অদুনা লহান ইত্তাউবু উবদা ঐনা কৌশিল্লখিবা অদুস্থ পুক্লিংদা চিংনবা নৈদুনা হংজগে তৌবনি।

লবঙ্গ।—হোয়, বন্ধুগীস্থ অওইবা পরিচয় খংজরে ; কৌজিক ঐহাকীস্থ তাকচরগে—ঐহাক মনাউ ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপগী মনাইনি ; ইমিং লবঙ্গ কোই। মনাউ ইবুংঙোস্থ হৌজিক রামপুর নৈ। ওত্থোকপনি! ঈশ্বরগী খুজিন হায়বা অসি! ইচন ইন্দুরেখাস্থ মত্তাগা লোয়ননা—( মতা হায়রবদি কুন্তলতা সনাস্থ মপাবুংগা নাক্লে, বন্ধু! ) অসিদ। ওমনা নৈরে। লেংওসি ; য়াইস্কুল লাকপনা ইতাওগী প্রসঙ্গ অসি তারগা ওত্থোক্না পেল্লনি।

# লবঙ্গলতাগী লুহোংবা

নোংমা সুমিদাংবোই সুমিৎনা চীংয়া থাংবা মতমদা রামপুরগী অহাংবা লৌবুক অমদা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপনা মনাই খোঁগল কনা অমতা য়াওদনা য়াম্না অরুবা রাখল ভৌবগী মতাংগুম্না লু লুকথরছুনা হঙ্গৎহন্দা চত্তুনা লৈরি। সুমিৎনা অরাপ্পা লৌবুকী চিদাইদা লৈপাক মসুংদা ভথাই অমা চংখিবগুম উরে। য়াইস্কুল লাকপনা করি খন্দুনা অদোমদা চিংনা য়েংলি— মণিপুর সনা লৈপাক্কদি কোয়েৌহনবনা চীংগী মাপোম অমদা লৈশিনখিবগুম ভোই—ভসিদি পৃথিবী মসুংদা চংখিবগুম উরে। মামিবা সুংশিৎনা লিরি শিংলি—মণিপুরদা শীৎপা সুংশিত্তগী হেন্না সুংভাইরবগুম খল্লি, মরমদি হেন্না শারবা লৈপাক অসিদা অসিগুম্বা মলয়াগী ভপ্ন' শীৎপা মালংবগী ঈচেম অসি থাঙ্গৈশেংবমক অমৃতগী ঈচেন অমনি। থংনত্রিবা অনৌবা উচেক কয়ানা লৌবুক্তা চাক্তোরি, মায়কৈ মরিদা কোয়পাই পাইদুনা কমানা সুংশিবা খোঙ্গেন্না খোংলি, কমাবা নোক্লিংবা কংমা লাউরি। য়াইস্কুল লাকপনা মখোইনা পাইবা উই, মখোয়না খোংবা তায়; ভোইগুম্বসুং কমাবুসু সুংশিবা মিৎ-য়েংনা য়েংবা উদে। মরমদি, জন্মভূমিগী মায়া হায়বা অসি ওন্থোক-পনি। ভসিসু রামপুর অসিদা সন্ধ্যাগী হৌনবা প্রকৃতিগী নিংখিজবা পূম্নমক অমত্তা রাত্তনা ভিল্লবনি; সুংশিবা মত্তনা অতৈ করি অমত্তা অরাৎপা লৈত্রে। মরৈপাকী সুংশিবগী শাগ্নোকপা ভইবা

য়োহ্লিং কোলৌম্না খোংদা চেৎনা পুনখিবা মরম্না কনাদসু মুংশিবগী মিৎয়েংনা য়েংবা ঙমখিদে। মরমদি স্বদেশ প্রেমগী শৃঙ্খলা অসিদি লাপথোকইবমখে চিংশিনবা হেল্লি; অসুম্না লৈরম্মিবা মহৌশাগী শিংথিবা অমুক য়েং অদুগা থংব ঙমদ্রবা অরুবা বাথল অমুক থন—লৌবুক লম্পাক অদুদা হঙ্গৎহন্দা চৎতুনা লৈরিবৈদা লবঙ্গ অমসুং নবীন চংলক্লুনা থুরম্মে। য়াইস্কুল লাকপনা—লবঙ্গ! নং লাকইবরা? অমদি কনানো?

লবঙ্গ।—মনাই অসিসু মৈতৈ মচানি—কবিগুম্বা মরম অমদগী মণিপুর থাদোক্লুনা লৈপাক কোয়রকপা মতম কুইরে। কাছ'ড় অসিদা মরুপ অতে লৈজদ্রবদা মনাই ঐগী মরুপ হায়রবু অসিতনি। মমিং নবীন কোই; মনাই অসিসু মরৈপাক মুংশিরবা সাধুগী পুকচেল চেনবা নিপা অমনি।

য়াইস্কুল লাকপা।—নবীন! নংগী বা পুম্নমক লবঙ্গনা ঙম্না তমদুনা তারে। মীরৈবাক অসিদা ঐখোইগী পাম্বে হায়রবু নংনা শুইগদৌরিবা—নংগী য়ানিংবা য়ানিংদবা থংদবা ঐনা হায়জরিবা অসিনি—নংনা ঐখোইগী সহায় উপায় হায়রবা অদু ওইবিদবা য়াদে; ঐ নহাকপু কমি অমতা চিংনবা তৌদনা পুক্নিংগী অথুপ্পা বাথল পুম্নমক তাকে। তাও, ক'ছাড় অসিদগী ঐখোইগী লৈফম অমা উদবা য়া'দে; অদুগা ঐনা মণিপুর সনা লৈবাক্তা চত্তুনা সত্যগী মাশক ভাক্লবা অমসুং ইশাগী ইকাইবা কায়দনবগীদমক থবাই থারুবা অসিনা ঐগী মরু ওইবা ব্রতনি। ঐ শোয়রো'ইদবনি—"মন্ত্র অসি পাংনবা নাক্লবা নত্রগা হকচাং অসি মাংবা।"

নবীন।--সনা পুক্লিংদা নীংবিরিবা পুন্নমক ননাই ঐহাক লোইনা খংজরে। ভসি অসিমক ননাই ঐগী থরাই হকচাং অপুম্বা সনা চরণদা কথোকচরবনি; ননাই ঐনা ভম্বশক্তি মথৈ তৌদুনা সনা পুক্লিংদা পাম্বিরিবা অদু থুংনবা হোৎনজগনি। তাবিয়ু মনাও ইবুংভো, ননাই ঐনা লায়ন' লাম্মী খোম্বা ভমগত্রা হায়না নীংজরি; হৌজিক বঙ্গদেশতা ওসমানখাঁ হায়বা পাভল সর্দার অদু লাম্মী খোমদুনা লান হৌরুংগীদমক সম্রাট জাহাঁগীরগী লান্মীনা মহাকপু অমম্লুং মাগী লাম্মীশিংবু হাৎনবগী মায়কৈ মরিমক্তা কোয়তান তান্নরি। শিলেট অমম্লুং কাছড অসিগী চাংনুং মানুং অপুম্বা অসি মহাক্না লাম্মী ভাক্ত ডায়রবর্ন মখেই পুন্নমক লাক্তুনা লৈরবা ভাক্তনি। ননাই ঐখোই অনি ভসিদগী যাত্রা তৌজরে— মখোই পুন্নমক খামজিন্দুনা সন চরন্দ থীন্দনা কৎনবা লাক্লজরুরগে?

লবঙ্গ।—ননাই বন্ধুন হাযারবা পুন্নমক আস ননাই ঐদি ওম্ভেক্লা পামজরে।

য়াইস্কুল লাকপা।—ঐখোইনা পাম্বমক্তি খোকত্রবম্লু, গত্তি অর্মদি উত্রবনিন মাতুদ মতরে। মণিপুরগী গুণ, মণিপুরগী সভ্যতা, মণিপুরগী পোনা উংনীংব পুন্নমক অসি মদুনা মথেং তাবদি থোক্লবম্লু পাম্বে অতৈ উদ্রে; চৎলো, নখোই অনিনা কৈ হায়বা অদুনা ঐগীম্লু অফবনি।

লবঙ্গ।—অদুগা ননাই বন্ধুন মণিপুরদা লৈরিভৈদা ইন্দুরেখাগী প্রেমগী লমন থুমলম্বা ভনত্রে হায়দুনা তার্থ অপুম্বা মাগী লমম শিংনবা কোয়রি হায়া তাক্লে; অহুন ননাই ঐনা নিপা মযুম

ওইদুনা ভসি ননাই ঐগী বন্ধুগীদমক ইন্দুরেখা পীবিয়ু হায়দুনা হায়জরবনি।

অসি হায়দুবা লবঙ্গনা নবীনগী পূন্সিগী বারী অদু শন্না লীরে। অদু তাররবদা য়াইস্কুল লাকপনা নোক্রদুনা হায়রকই।—"ওস্তোকপনি ঈশ্বরগী খুজিন হায়বা অসে, ইন্দুরেখাবু নৈপাক্লা অভাওবীনি হায়বা অদু ভসিদগী মাগী অভাওবা অদু করসনু! অদুগা তাও, লবঙ্গ! নংভোন্দা ঐগী ইচা কুঞ্জলতা সনা পীগে হায়বগীদমক্তা অস্নুপ য়াম্বা থোদোক পুন্নমক অসি থোক্রবনিদো; ইচাবু নভোন্দা থাজবদা ঐনা অপাম্বা অপূর্ব্বদি ওইবা য়ারোইদোরে—মণিপুরদা অদুক ওইদুনা—শগোল চামা—শামু চামা—চামা চামনা খুজিং ওইদুনা হোনবী কায়দনা নিংথৌ মচানুপী ওইবগী বিবাহ তৌবা অমসুং কন্যাদান তৌবা ভমলবাদ নুংভাইগদবনি—মাদুদি থোকপা য়াদ্রেদো—মাদুগীদমক্তসু ঐসু চিংনদে—অকনবগী বিবাহ কর্ম্মদি অসিনা লেমফাম্ন; ঐখোইসু বভ্রুবাহনগী ধারান, অর্জ্জুন মহাবীরনা সুভদ্রা লোবগুম্না পাঙ্গল উত্তুনা কন্যা বিবাহ তৌবনা ঐখোইগী লেমর্ফাম্ন। ভাস আসমক এ এগী হচা কুঞ্জলতা সনাবু নভোন্দা অদুগা ইন্দুরেখাবু (নাসু ঐগী হচা হায়বা অদুমকনিদো) নবীন নভোন্দা কৎলগে। ঐ আস অমরোমদা লাইবক করা হায়ব অদুনি—মতিক চাবা পাত্রদা ইচানুপী অনি কন্যাদান তৌজবা ফংগদোরে। ঐনা হায়বা অসিদা অমুক য়াদবা তোরগনু, ভসি অসিমক অকবা সুমিৎনি - ঐ থীনবা পামদ্রে—শুভস্য শীঘ্রম।

অসি হায়নদুনা য়াইস্কুল লাকপনা নবীন অমসুং লবঙ্গ পুদুনা রামপুরগী খাংপোকশং তান্না হঞ্জিনখি অমসুং মনাই অতৈ পুন্নমক অদুদা রারম পুন্নমক অসি তমখি। মুমিৎ অদুগী অহিং অদুদা য়াইস্কুল লাকপনা লোয়নরকপা মনাই পুন্নমক কোথোক্তুনা গন্ধর্ব্ব মত ওইনা লতাসনাবু লবঙ্গদা অমসুং ইন্দুরেখাবু নবীনদা লান তৌরে। অসুন্না য়াইস্কুল লাকপগী মনাই পুন্নমক অদু হরাও কুম্মৈ তৌদুনা চার-থক্লদুনা অহিং অদু মুংঙাইনা লেনখি।

---

## লতাসনাগী খোঙ্গুল লীবা·

কাছাড়দা য়াইস্কুল লাকপনা কাছাড় লৈপাক য়োৌনবা অমসুং মতুংদা মণিপুরদা লান থোক্লবা হোৎনরি। অসোমদা কোন্নুংদা, সহরদা, লরাইদা, য়ুমথোং খুদিংদা, লমজাওদা, লৈপুং কমরদা, কৈথেল কাবা কুম্বদা অতৈ রা অমা ভাংনবা লৈখিদ্রে—শমোংবগী হি কায়রগী হিগায়রা, য়াইস্কুল লাকপগী পুকচেম কনবগী রা, লতাসনাগী রা অসিগুনা লৈপুং কম্বগী, কৈথেল কাবা কুম্বগী রারী ওইখ্রে। মনাও ইবুংঙো খাইরাকপদি করম তৌরি?—থক্ত অমা শাত্ত্ররা খারা অমা পোমদ্রবা অমতা পোকপী মমোম্বু মকম থংদনা মাংখ্রবদা করি হৌনৈ—অহিং মুংখিল, মং ভাইবংদা চ-থকপদ অতৈ করিগী রাখল তৌবা লৈখিদ্রে—মুংদগী, বজ্রদগী হেন্না কল্লবা থম্মোইদা করিগুম্বরা মুংশিবগী অসিগুন্না মুপীগী ওইবা পুকচেলগী মমি ভাখিদ্রিবনি;

অদুবু মচাগী স্নেহ হায়বা অসি ওন্থোকপনি—অথোবগী পুকচেল্লা মিকুপ খুদিংদা মচাগী অৱাবা অসি লৈচিন্না থাবু কুপশিন্নবা হোৎনৈ তৌইগুম্বম্নুং লৈচিন্না পাইথোকখিবগুম্বনা অহাংবা খুদিংদা নোহোনা ৱানবতা ওইরি। খাইৱাকপদি মচ শিখিবমকস্ত নত্তে, পোকমিন্নবা মনাও অমগ লোয়নগুম হায়বস্তু থংলবনি, তশেংয় অভাম লৈতনা কাছাড় য়োংগে হায়বস্তু তাৱবনি; মপুক্লিংনা যানা অপাম মুংশি অমা থুংগে হায়বগী মমা মপা থাদোক্তুনা চৎপা ভমখুবনি হায়বস্তু উৱবনি; অদুমক্তদা মম মপা হায়বা অসিনা কয়াদা ৱাখুবা; অতৈ নত্তে, খাইৱাকপা অথোবা হায়না ফাওৱবা নিংথৌগী মনাও ইবুংঙো খাইৱাকপামক্তু অস্তুম্না ৱাৱিবনি। অতৈগী মরমদি অদুক খনদুনা য়েংউ—শিংবা মচাগীদমক মমা মপা ওইরিব অদুন কযা ৱাৱিগবা? মচাগী মৈচাক হাযবা অসিদি মুৎপা হৈত্রবা মৈৱিনি; কাউনবা হোৎনবন নীংশিংনবা ওই। অস্তুম্না মনাও ইবুংঙো খাইৱাকপস্তু মচাগী মৈমা চাক্তুনা লৈৱি।

নোংমা অহিং তাংলৌদি পেংজিল্লক্রে। অদুবু নিন্দুংগী নৌনা থোৱকপা থাবুমগী মেংলবা থাবলগী মীহোৱনা অয়াম্বনা তুম্নত্রি। মথোক কাৱকপা পাখং তৱা অমা মভা অমস্তু লম্বীদা ঈশৈ লাউনা চৎপা তারি। চাকভন চাবা যুম তৱা অমা মভা অমদি য়্যাতানখ্রে, অদুগা থবক কনবা খৱগী ইমুংদি লশিং ভকপগী কপক্রেং খোঞ্জেলস্তু মতারি, হন্সুবা লৈব ইমুং খৱদস্তু মোইথাপ নাইবগী মখোল তারি; শিনাইফম কাবা ইমুং কয়দস্তু শিন্দানবগী ৱারী শাবা লোইনদি, মতম অসিদা মনাও ইবুংঙে খাইৱকপনা হৈগী লৈগী বন মৱক্তা

ভাইহাক পুঙ্গোই হঙ্গং হন্দা চৎলগা করি খন্দুনা কোন্নুং তন্না লেংশিনখ্রে।

মহারাজ খগেন্দ্রজিৎস্না চেপলমদ্রি, শঙ্গাই মন্নুংদা তাংবন অমগী মথক্তা লেংশিন্দুনা ধনঞ্জয় পণ্ডিতকা অচেৎপা বা ভাংনদুনা লৈরম্মি। মমাও ইবুংঙো লেংশিল্লকপদা শঙ্গাইশংবশিংনা খুদা খুদা হায়দুনা ইরাং লাংনরে। সনা মাং ওইরপ্পা মনাও ইবুংঙোগী খুদা থারে, মনাও ইবুংঙো খুইরাকপনা থাররিবা খুদা অদু চিংথোক্তুনা থুরুম্নগা লৈবাক্তা থুরুখুদক কুন্দুনা হঙ্গৎলকই, "মহারাজ, ননাই ঐদি অরোইবা যাত্রা তৌরক্লবনি। ননাই ঐহাক অমুক য়ুমদা হপ্পিনগে হায়বা নাংদ্রে। ভসিমক ননাই লতাসনাগী খোঙ্গুল লীবা চৎচরগে, মত্রবদি ননাই ঐহাক মচাগী লমন তোন্দুনা লৈবা তারে। অফংবা মফমদা ননাই ঐবু কন্যাদান ফংহনদ্রিবা নুপা নুপী অদুবু হাৎপা নত্রগা মনাই ঐগী থবাই থাব, অসি ননাই ঐহাক লেপচখ্রে।"

খগেন্দ্র।—ইবুংঙো তপথখো। ইচাগীদমক বাবা অসি ঐস্না মপুং ফানা ফংলি হায়বা থাজে; কুঞ্জলতা সনা অসি ঐহাক্না অপোকপা নত্তে হায়না খমবা লৈতে হায়বা থাজো; অদুমদি ওইরবদা. থোকখ্রবা থবক কৌবনিনা করি গতি অমদি তৌনিংভাই লৈত্রেদো। হৌজিক্তি ইচাবু হুখিবা মী অদুদা মতিক থোকপা দণ্ডি পীনবা লাক্লবা তাই। হৌজিক শনোংবগী কাংবু অদু কাছাড়দা লৈরে হায়বদি খংলে; অদুবু মতৌ কররম্না লৈরিবনো খংদবা য়াদ্রি; হৌজিক্তা পণ্ডিতকা ঐগা ভাংনরমলিবনি—কাছাড়গী নিংথৌদা পত্র অমা পীখিনবা তৌসি—মহাকপু থুনা শনোংবগী কাংবু পুন্নমক ফাদুনা

পীরক্কবা য়াদে ; অদুগা মহাক্না হুদুনা পুখিৗবা রাজকন্যা কুণ্ডলতসনা হায়বা অদু মতু নামা তেকফদে হায়খিসি হায়দুনা পণ্ডিতনা পত্র অসি ইরম্লিবনি য়েংউ। অদুগা ঐখোইনা শমোংবনা লৈরিবৈদগী কাছাড় লৈবাক্তা অমুক্কুং লান্দাসি হায়দুনা ভাংনরকপা অদু হন্দকী অসিদা থোকপস্তু য়ারি ; অদুনা পত্রদা হায়রবনি ; "শমোংববু আশ্রয় পীগনু ; মহাক মণিপুরদগী রাজবিদ্রোহ তৌরুবদগী মায়থীদুনা চেনখ্রবনি ; নত্রবদি মণিপুর নিংথৌনা য়াম্না পামদবা অফোংবা লানগী-দমক কাছাড় লৈপাক্তা লাকপদা মণিপুরগী দোষ ওইরোই ; থুনা উত্তর পামজৈ।" অসিনি ইনাওস্তু অপান্বা বা করি হায়নীংবা তাকপীয়ু। পত্র অসি হয়েংমক থাজখ্রগে নীংলে। ইনাওগী পুক্লিংদি ইরাং লাংদুনা লৈবা অদুদা ঐনা হান্না তাকলমত্রবনি।

খাইরাকপা।—আজ্ঞা, সনায়াথং তাকপিরিবা অসি মনাই ঐনা নীংজরক্লিবমক্লি। মনাই ঐহাক সনা চরণদা করি অমুক হঙ্গচ্চনীংভাই লৈতে।

---

# অকনবগা অকনবগা তিন্নবা

নোংমা মুংথিল পোবোপ্না মতমদা সর্দার ওসমানখাঁগী সেনাপতি উজিরখাঁনে অদুগা মাগা লোয়নবা সিপাই মভানে অস্তুম চেল্লকপদগী মতা থোকখিদ্রতুনা রামপুরগী অশুকপা উমং অমদা চাক থোংদুনা চাগদবগী থৌরাং তৌরম্মি। লবঙ্গ অমস্তুং নবীনস্তু অস্তুম চথোকউবদগী অরাপ্পদা মখোইবু উরদুনা নবীন্না হায়রকই—য়েংউ বন্ধু! আদা

চাক থোংনবা হোৎনরিবা নিপা মঙা অসি ব্রাভাল হায়বা জাৎ অদুনি ; মখোই অসে ঐখোইগা ধর্ম্মসু তিন্নদে, মুসলমান ধর্ম্ম চৎপা জাৎনি। ঐনা লহান হায়বা জাৎ অদুনি—অদুনি—ঙসি ঐগা বন্ধুগা চথোক্লকপা অসি ওম্ফোক্না অকবা ক্ষেনকমদা থোরক্লবমাল্লে। থিরুবা তৌদনা ঐখোইনা উননীংবা মী অদুমক্না থেংনররে। অসি তাম্না হেক্তা চংসি, ভগবান্না কৃপা তৌবিরবদি ঐখোইনা নীংলকইবা অসি থীন্দনা ঙসিমক থুংবসু খংদে।

অসুম ভাংন ভাংনদুনা লবঙ্গ অমসুং নবীন অনিমক্না পাঙন-শিংগী মনাক তন্না চংশিল্লকপা উদুনা পাঙল অমনা—"এই যে, আবার আসছে ! এরা নিশ্চয়ই নবাবের চর" অসি হায়দুনা চেনগে তৌবদা উজিরখাঁনা শাওদুনা "এক ভীরু ! আমরা যে পাঁচজন ওর'—দুজন আমাদের কি করিতে পারিবে ?" অসি হায়দুনা থাং শঙুনা সিপাই অদুবু খাল্লম্মি।

অরাপ্পদগী মখোইনা তৌরিবা মতৌ অদু উদুনা নবীন্না লবঙ্গদা হায়রকই – বন্ধু মখোই অসিসু ঐখোই অনিবু উবদা ওম্ফোক্না কিরেসে ? অমনা ঐখোইবু বাদশাহ জহাঁগীরগী মী ওইরমাল্লে হায়না নীংদুনা চেনগে তৌবদা অমা থাইগী মকোক ওইবগুম তৌবা অসিনা "ঐখোই মঙা শুরি—মখোই অনি অসিনা করি তৌরবা ঙমগদগে হায়দুনা থামলি অমসুং চেল্লবদি নংবু হান্না হাৎকনি" হায়বগুম তৌরি। করেদা বন্ধু ! ঙসিদি শোয়দনা ঐখোইনা নীংলকপা।

অসোমদা পাঙনশিং অদুসু উজিরখাঁগী য়াথংনা নবীন অমসুং লবঙ্গ অনিনা লাকইবা অদোমদা করিসু য়েংদনা মাগী মাগী মখো

তৌদুনা লৈরি। অসোমদা নবীন অমসুং লবঙ্গ অনিসু অমুক পনবা তৌদনা পাঙনশিংগী মনাক য়োনবা জর জর চংশিল্লকই। মখোইগী মনাক য়োরবদা নবীন্না ( বাঙাল লোন্না ) হায়রকই, "মহাশয়খোইবু করি দেশকী মী ওইরবনো?"

উজিরখাঁ।—( থোশ্'দনা উর্দ্দুদা ) ঐখোই লক্ষ্মৌদগীনি। উত্তর কাছাড়দা লল্লোনবা চংলুবদগী লম্বীদা ডাকুশিংনা পোৎচৈ পুম্নমক মুলহৌরত্নুনা তৌরিবা অসিনি।

নবীন।—( উর্দ্দু লোন্না ) খুংলপ'ইগা লোয়নরিবা মহাশয়খোই মঙাবু লুট তৌখিবা অসিমক অঙকপনি ; ঐখোইদি তাদ্রি অদুবু কাছাড় অসিদসু খুংলিংব ডাকু লৈবা তারে।

উজিরখাঁ।—অদুগা মহ'শয় অনিনা করি জাৎনো?

নবীন।—ঐখোইগীদি অথুপ্পা লৈতনা তাকচগে—ঐখোইদি মণিপুরী হায়বা জাৎ অদুনি। ঐখোই—

উজিরখাঁ।—অনিদদি করি তৌরিগ্নিবা?

নবীন।—মরীমখোং লোয়না তমজরকে, মুন্না তাবিয়ু—মণিপুর মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ হাযবা অদুগী মনাও অনি লৈ। ঐখোই অমি অসি নিংথোগী মনাও অতোম্বা য়াইস্কুল্লাকপা হায়বা অদুগী মনাইনি। হৌজিক য়াইস্কুল্লাকপা হায়রিবা অসি নিংথোগী কম্বিগুম্বা নিংভাই অমা তৌনবদগী কাছ'ড়দা লাক্কুনা লোম্না লৈরি। খুদোং চায়বদি অমসুং থোইদোকপদি লাম্মী খরদংবু ফংলবদি শোয়দনা মণিপুর লান থোকদোরি।

উজিরখাঁ।—অং, ঐখোইস্ তায়—খগেন্দ্র মহারাজগী মনাও য়াইস্কুল্লাকপা হায়বা অদুদি ওস্লোক্লা কল্লি হায়—খাগিবুস্ মহাক্লা ঙখনি হায়না ? মহাশয়খোই য়াইস্কুল্লাকপা অদুগী মনাইনি হায়রবদি হৌজিক য়াইস্কুল্লাকপদি কদাইদ' করম তৌনা লৈরি ?

নবীন।—ঐখোই অথুপ্পা লৈতনা লোইনা তমজগে হায়খ্রবদুনি —মথং মথং হায়জরক্ক'নি ; ঐখোইদি হৌজিক লোম্না লৈরিবনি—অদুবু ঐনা মহাশয়বু উবমক্তদা পুকচেল শেংবা অমসুং থাজবা য়াবা মীনি হায়না খঙ্গদুন' পুন্নমক তমথোকচরিবা অসিনি।

উজিয়র্খা।—অং, ঐবুস্ করি অমত' চিংনবিগনু। ঐবু উবদস্ খংবিররিগনি ঐখোই মড' অ'স মুসলমাননি—ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা জাৎনি। ঐনা আল্লাবু—খো'দা'বু পন্দুনা হায়জরিব' অসিনি—ঐখোই-দগী মহাশয়খোইগী করিগুম্বা ফত্তবা অমতা থে ক্লে ই।

নবীন।—ত'বিয়ু—হৌজক য়াইস্কুল্লাকপা অদু অসিদগী কয়া লাপুনা নায়ক অমদা থাংবোক খন্দুনা লোম্না লৈরি। অদুগা ঐখোইনা তাবা অমগা লৈ—বঙ্গদেশতা লান হৌরুবদগী মায়থীদুনা সর্দ্দার ওসমানখাঁগী লান্মী অমসুং লু'চংবা য়াম্না শিলেট অমসুং কাছাড়গী নায়ক থুদিংদা লোত্তুনা লৈরি হায়বা তায়। ঐখোই অনিনা থিরিবদি মখোই অদুবুনি। মহাশয়খে ইবু উবদা মখোই অদু ওইরমগত্রা হায়দুনা চংজরকপনি ; মহাশয়খোইনা মদু নত্তে হায়রবা তাকপিরবনিনা ঐখোই চৎচরগে ( চৎকে তোবা )।

উজিয়রথাঁ।—ডাইহাক্তা ডাংবিখো। মখোই অদু কংলগা মহাশয়খোইগী করি কাম্নগদগবা লৈবগে ?

নবীন।—কাম্নগদবদি মমাংদনা হায়জখ্রেনা—নিংথৌগী মমাও হাইস্কুল লাকপনা মখোইদা অকিবা লৈতবগী বাশক পীবা অমস্তুং মখোইবু মতেং পাংহন্দুনা মণিপুরদা লাম্থোকপা। লান্দা মায়পাক্রে—মখোইবু মতিক চানা শেম্বা নত্রগা মায়োক্নবা লানফমদা থবাই থাছুনা লাইরৈপাক ফংমিন্নবা—ঐখোইনা পামলিবদি অসিতনি।

মবীনগী বা তাবদা শিংলবা সর্দ্দার (উজিরখাঁনা) নবীন অমস্তুং লবঙ্গ অনিমকপু অমুক্তং চিংনা য়েংলগা খল্লকই, "ঐনা নিংলিবা অসি শোয়রবা হৌনদে—নিপা অনি অসিনা ঙাংলিবা অসিনা মীনম্বা হৌনদে। হৌজিক্তি অতৈদি থংদে - ঐখোই মঙা অসিবু দি বাদশাহগী মীনা হাত্তুনা শিবস্নু শিবা, মণিপুরদা লান চৎপদা শিবস্নু শিবা। অসিদি মায়পাক্লবদি কাখৎপা অমস্তুং ঐমা তারে মণিপুর নিংথৌগী মমাও শগোংবা হায়বা অসিদি থাঙ্গৈশেংবা লাইগুম্বনি, মহাকপু ঙম্বিনবা লৈতে।" তাও মরুপশা। (মাগা লোয়নবা মরি অদুদা য়েংদুনা) নখোইদি করি হায়বগে? ঐদি ঐগী অওইবা পরিচয় পিদুনা হৌজিকমক মৈতৈ নিংথৌগী মমাও অসিদা চংজরগে। অসুম্না নিপামচানা নারক শিংলক্তা কোয়লোৎ লোৎতুনা লৈবা হৌমদে। ঙম্নে মণিপুরদা চ'উরুসি, ঙমদ্রে থবাই থারুসি। মণিপুর হায়বা অদু থাঙ্গৈশেংবা সনা লৈপাকমক্তি হায়বা ঐখোইনা তাররবনি।" অসি পূম্নমক অসি খল্লগা অমস্তুং হায়রগা উজিরখাঁনা মবীন য়েংদুনা হায়রকই—'তাও মহাশয়, ঐগাক অসি অদুপ পংবা মী নত্তে—মহাশয়না হায়না ঐখোইবু নবাব ওসমানগী মীনি হায়বা খংলে হায়বা অসি ঐস্নু খংজরবনি; অদুগা মহাশয়না অমতা অপৈবা

লৈতনা তৌরকপা পূম্নমক ভমবীরে হায়রবা অদুস্ন ঐ খংজৈ ; মাহু ঐখোয়ইগী অওইবা খংদোক্নবগীদমক্তি। কৈ, হৌজিক্তি ঐখোইগীস্ন অওইবা তাকচরগনি। ঐখোইদি লোম্না লৈরিবনিমা হৌনবনা ভাইমখৈ অশেংবা হায়ব্রে, বারোগন্স। ঐহাক নবাব ওসম্রাজগী সর্দার উজিরথা হায়রবা অদুনি—ঐন সিপাই লিশিং ভরাগী মথক্তা সর্দার ওইদুনা লান চংবনি। হৌজিক্তি খোদাগী মেহরবাণী লৈভবনা লান্দা মায়থীরক্লেদো। অদুনা ফরে, ঐবুস্ন থাজেরো, ঐনা থাং পায়দুনা বাশক্লিবনি ভসিদগী ঐখোইস্ন নবুংভো য়াইস্কুল লাকপগী মী ওইরবনি।"

নবীন।—খংজরে, থাজরে, হৌজিক ঐখোইনা কনাবু কিক্ক-গদগে ? লাইনা শিনবা খুজিননি—অকনবগা অকনবগা ভিন্নবা।

অসি হায়দুনা নবীন অমস্নং লবঙ্গনা উজিরথাংনচিংবা পাঙল মঙা অদুবু য়াইস্কুল লাকপগী মকম তাম্না পুশিনখ্রে অমস্নং মরী-মথোং পূম্নমক ভমদুনা য়াইস্কুল্লাকপগা মরুপ শানখ্রে। উজিরথাংগী পাবৈনা য়াইস্কুল্লাকপনা থীন্দনা বাঙ্গাল অমস্নং পাঙল লাপ্পী য়াম্না কংখি। হৌজিক লবঙ্গ, নবীন, উজিরথাং পূম্নমক্তা তাম্রদুনা য়াস্কুল্লাকপনা কাছাড় নিংথৌগী মকমদা লৈকম পীননবা অমস্নং মণিপুরদা লাম খোকপগা মভেং পাংননবগীদমক পত্র অমা ইদুনা থাখ্রে। পত্র অদুদা অসিস্ন হায়রি—কাছাড়গী নিংথৌনা কবিগুম্বা লৈকম পীবিরোই ; চংজরকপা মীদা আশ্রয় দান ভৌবিরোই মন্ত্রগা উপায় লৈত্রবা মীদা সাহায্য ভৌবিরোই হায়রবদি য়াইস্কুল্লাকপনা থবাই য়াম্না বানা অমস্নং ভৌবিংদনা মহারাজগী মথক্তা খুংলাই পাইবা ভাই।

# কাছাড় নিংথৌগী দরবার

কাছাড় নিংথৌনা সিংহাসন্দা—য়েং ওইদা পাত্র মন্ত্রী পূন্নমক তিল্লে। লৈবাক্কী অঙম অথৌ, অহৈ অশিং অমতা চীথবা লৈত্রে; মসিগী দরবার অসিদা লৈবাক্কী অরুবা অমা খন্নগদৌরি—নিংথৌগী মাংথং মতুং ইন্না লৈবাক্কী অপিন অপান, য়াইতোং খমদোংবা পূন্নমক লোইনা তিল্লে। ময়াম শুনা তিনবা উন্নদুনা নিংথৌনা হায়রকই। "পাত্রমন্ত্রী অঙম অথৌনচিংবা লৈপাক প্রজা অপূম্বা তাবিয়ু। থাই পূন্নমক তাবিররিগনি হায়না নীংজে—হৌজিক মণিপুর লৈবাক্তা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা পাল্লি, লৈবাক ঙাকপা হৈবা, কমবা পৌবদা তারগু মমিং চৎলে। হন্দকসু খাগিবু ঙমদনা খাগেম্বা হায়বা মিংথোল ফংলে। মহাক্কী পৃথিবী জয় তৌবা ঙম্বা মনাও অনি লৈ। মায়কৈ মখিদা তাখিনা লান্দা হনবা লৈত্রবা হাওগী জাৎ পূন্নমক্না মহাক্কী লোইনি অমসুং থুৎলাইনি। খাগগী লান্না লোইরকা মতুং অসিদা হৌজিক করিগুম্বা মরম অমদগী নিংঙাই তৌরদুনা মনাও অতোম্বা য়াইস্কুল লাকপা হায়বা অদু ঐখোয়গী লৈবাক অসোম্নদা চেনখ্রে হায়রি। অদুনা হৌজিক মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা ঐখোন্দা চিঠি অমা পীরক্লি। মরোন্দি মনাও য়াইস্কুল লাকপা কাছাড়দ চেনখ্রবনি; মহাকপু আশ্রয় পীফদে; মহাক রাজবিদ্রোহী ওইদুনা চেনখ্রবনি; মরম অসিনা মহাকপু আশ্রয় পীরম্লিবা অদু মণিপুর নিংথৌগীসু যেক্কবনি অদুমা কাছাড় নিংথৌনা মহাকপু চংজফম পীরমলবদি মণিপুরগী নিংথৌনা য়াম্না পামজবা মরুপ ওইরগী

সূত্র খদংডুনা থুংলাই পায়রা তায় হায়দুনা ইরক্লি। হৌজিক করম তৌসি হায়বগে ? লৈবাক্কা তানদনা করিগুম্বা উত্তর অমা পীনিংদবুনা ঐনা ঙসি খাইবু কৌজরিবনি।

মন্ত্রী।—রা অসি য়াম্না লুবা বানি। কাছাড় লৈবাক অসি হৌজিক য়াম্না খুডম চেত্তবা অবস্থাদা লৈরি; মথং মথং তোক্লবা তোয়না শিনবনা হৌজিক লৈবাক অসি য়াম্না মরা তপত্রি। অদুনা লৈবাক অমগা য়েংথিনবা য়াবা মতম নত্তে। অমহিকসুং মহারাজ খগেন্দ্রজিৎ অসি অচম্বা নিংথৌ নত্তে; মতম অসিদা মহাক্না য়েংথিনবদা ঐখোই অমাংবা মতমা তোংজবা অমতা থোকনি হায়রবা নীংদে।

সেনাপতি।—অদুবু করম তৌগনি ? শনোংবা য়াইস্কুল লাকপা হায়বা অসি হৌজিক কাছাড় লৈবাক য়োৎরক্লবরা ? মহাক্না করিগুম্বা কাছাড় মহারাজগী মফমদা চংজরক্লুনা আশ্রয় নিজরবদি নিংথৌনা মতোন্দা আশ্রয়দান তৌবিরোইদরা ? অকিবনা খুদুম চন্দুনা চংজরকপা মীবু হলহনখিবা, মীংবা কায়না থাদোকখিবা ঐতদি ঙম্মোই, কাছাড় লৈবাক মুৎকে মুৎসনু। রাজধর্ম্মদি চাক্তবা চুমদে।

মন্ত্রী।—পূরমক অচুম্বনি। অদুদা মণিপুর মহারাজদি কাছাড় নিংথৌগী মরুপ্নি। মরুপকী য়েক্লবা অদু ঐখোইগীসু য়েক্লবনি। অদুনা ঐনা খনবদি—লিনসু শিনবা চৈগুসু তেক্তনবা অসিগুম্বা পাইবে অমা তৌরা থোকই। অদুনা য়াইস্কুল লাকপা অদুনা লাক্লবদি মহাকীসু করিগুম্বা মাংনবা তৌবিদনা কাছাড়দগী মথরাই হিংরবা

অতোপ্পা মকমদা চৎহনখিবা অদুগা মণিপুর নিংথৌগসু মরূপ কায়নবা ঐনা পামজবদি অসিনি।

অসুম্না হায়নরিঙৈ মতম অসিদা লবঙ্গ অমসুং নবীন অনিমকসু দরবার মফম তাম্না জয় জয় চংলক্লনা নিংথৌদা পত্র অমতং কচ্চবা য়াগত্রা হায়দুনা লাউজরে। নিংথৌগী য়াথং কংলদুনা পত্র অদু কৎশিল্লে। নিংথৌনা পত্র অদু হায়প অদুক পায়গা মোমোন নোক্লনা মাদু মন্ত্রীদা লাম্থোক্লে। মন্ত্রীনা মাদু পায়গা তাইহাক লু লুকথদুনা খন্দুনা হায়রকই।—"হৌজিক য়াইস্কুল লাকপা অমসুং মহাক্কা লোয়নররকপশিংদি কদায়দা লৈরি। অদুগা লাকইবা ইবুংঙো নথোই অনিনা কাছাড় অসিদা কয়া কুইনা লৈরম্লবা মীনো নত্রগা হন্দক্কা য়াইস্কুল লাকপমক্কা লাকমিন্নবা মীনা ?

নবীন।—ননাই ঐখোই অনিমক য়াইস্কুল লাকপা ইবুংঙোগী মনাইনি। মণিপুরদগী হন্দক থোগল লাকচরিবনি। মনাও ইবুঙোদি হৌজিক রামপুর থুন্দা লৈরি।

মন্ত্রী।—য়াইস্কুল লাকপদি মনাই মশল কয়া য়াম্না লোয়নরকপগে ?

নবীন।—মনাও ইবুঙো য়াইস্কুল লাকপগী মীগী অৱাংপা লৈবা হৌনদে। মনাইবু য়েক্লবা মপুনি, লাইনা থাবা মপুনি, সুংশিহৈবা, খোজাল হৈবা অমসুং পীনহৈবা গুণবা মী পূন্নমক্কী ভুংনফম ওইরবা মপুনি।

মন্ত্রী।—সভা পুন্নমক তাবিয়ু—মণিপুরগী মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী মনাও অতোম্বা য়াইস্কুল লাকপা হায়বা অদু করিগুম্বা মরম

অমদগী নিংথৌগা নিংডাই ভৌনদুনা ঐখোইগী লৈবাক্তা রামপুরদা লৈরি হায়রি। কাছাড়গী নিংথৌ হায়বা অসিদি চংজরকপা মীদা আশ্রয়—চংজকম পীবা, পাম্বে লৈত্রবা মীগী সহায় ওইবা, অরাবদা ভারবা মীবু কনবিবা অসিগীদমক মমিং চৎলিবনিদো, হৌজিক রাইস্কুল লাকপা অসি—কাছাড় মহারাজদা আশ্রয় নিররি।

(নবীন অমস্তুং লবঙ্গদা রেংডুনা) খংলে ইবুংঙো অনি, কাছাড় নিংথৌনা কবিগুম্বদস্থু চংজরকপা মীগী নীংবা কায়নবা ভৌরোইদবনি। অসিদি হল্লো, ঐখোয় লৈবাক্তী কবিগুম্বা অরুবা অমতং থররি—মসিগী অওইবা জবাব—কাছাড় নিংথৌনা কদাইমথৈ ভৌবা অম্বগে হায়বা অদু হয়েং খংনসি। মনাও ইবুংঙো রাইস্কুল লাকপদস্থু অডুম্না হঙ্গৎলু।

নবীন অমস্তুং লবঙ্গনা হমখুবদা কাছাড় নিংথৌনা হায়রকই :—ওম্থোকপা মতৌ হায়বা অদুনি—অমগী খনবা লোইহিন্দ্রিবৈদো অমস্থু অমুক হাপচিন্নরে। হন্দক্তি লৈবাক অসি নুং অনিগী মরক্তা হা ওইগদৌরি। মন্ত্রী হৌজিক করম ভৌবা ?

সেনাপতি।—ভাবিয়ু মন্ত্রী, শনোংবা হায়রিবা অসিস্থু অচম্বা মী নত্তে। মহাকপু হৌজিক লৈকম পীত্রবদি কাছাড় অসি অমুক শোয়দনা ইরাং থরা হৌগনি। কাছাড়না শানোংববুস্থু কিকম থোক্তে; খগেন্দ্রজিৎ মহারাজদগীস্থু কবিস্থু কিকম লৈতে। অডুনা শনোংবা হায়রিবা অসিনা লাক্তনা ঐখোয়গী ইকমদা আশ্রয় নিররে। মাসিদা ঐখোইনা মত্তোন্দা আশ্রয় পীদনা ভোকদ্রা? —ঐভদি মাহু পামজদে।

মন্ত্রী।—সেনাপতিনা হায়ব অদুদ' তাবে। করিনা, হৌজিক শুনোংবা হায়রিবা অসিসু অচম্বা নত্তে; কাছাড়সিদ'—মাপা য়েঙ্গ-ন্নবদা—ঈয়াং থম্না হৌবদি শোয়ন্দ্রবনি। অমহিকস্নুং মাদসু ঐখোইনা নিজরররবনিনা মাবু চংজকম পীদবসু রাজধর্ম্ম কায়বা থোকই। মরম অসিনা হৌজিক্তি ঐসু সেনাপতিনা হায়রিবা অসিদা অয়ুক্তে। রাসিবু মহারাজনা অমসুং লৈবাক প্রজানা করি হায়বিষগে?

মহারাজ।—ঐসু মাদুনা চুম্বমাল্লে হায়বা থল্লে। মন্ত্রী! হৌজিক শুনোংবা হায়রিবা অসিনা পাম্লিবনা কদাইমখেনে।—মহাক্না চুম্না কাছাড়দা লৈজগে হায়বগী মথৌদ কাছাড় নিংথৌনা মহাকপু লৈহনবিবা য়াই; অদুগা অদুদগী হেনবা মতেংদি কংকম থোক্তে—মরমদি মণিপুরগী নিংথৌ হায়বা অসিসু কাছাড় নিংথৌগী মরুপনি—শনোংবগী মতেং পাংনবগীদমক মরুপ কায়নবসু পামদে। অদুগা মহাক্না কাছাড় লৈবাক্তা অতিথিগী মতৌগুম্না লৈবা মথে য়াই। অদুদগী হেন্দোক্তুনা কাছাড়গী কত্তনবা মন্ত্রগা কাছাড় কম্নিগুম্বা মাংনব তৌবা থোক্রবদি কাছাড় নিংথৌনা মহাকপু য়ুম্না চৎবা লিনগুম নীংগনি; মাদু তৌরবদি মাদুগী মতিক ওকপা লমচৎ থংগনি। অদুগা মহাক্না অসিদা আশ্রয় নিরবা মী অমনা তৌবা হৌনবা ব্যবহার কারদনা চৎলররবদি—কাছাড় লৈবাকী প্রজা অতৈবু তৌবগুম্না মচামক্তি হায়না নীংবিগনি; অসি হায়দুনা চেসিমক শুনোংবা য়াইস্কুল লাকপদা মাসি থহনখিবা থোকই।

নিংথৌগী য়াথং তাদুনা মন্ত্রীনা থীনবা-তৌদনা মরোল পুন্নমক অমতা চিংথদনা ইদুনা দূত অমগী মখুত্তা পীদুনা রামনগর য়োনথা

থাখ্রে। পত্র ফংলদুনা য়াইস্কুল লাকপা, লবঙ্গ, নবীন অমস্তুং উজিনখাঁ পুন্নমক তিন্নদুনা তানরে। য়াইস্কুল লাকপনা কাছাড়দা হান পাঙ্গল চাং য়েংমীংই—ভৌইগুম্বস্তুং লবঙ্গ-নবীন অমস্তুং উজিন-খাঁনা চায়জমনবনা মমৈদদি মণিপুরদা লান্দাবমা হানবা লেপ্লরে, পত্র অদুদা অসিস্ন ইরে—শনোংবগী কাংবু অসিদি থীন্দনা অমুক্তং মণিপুরদা বাশকলকপা অমা পাংথোক্লবগীদমক থোকপা তারি। মাদুদা কাছাড়গী অমস্তুং কাছাড় নিংথোগী অমতা মাংনবা ভৌরোই। মাদুদা কাছাড় নিংথোনা য়াবিদবা ভৌবিগনু। অসিদা লোয়নন্নকপা মুপী অঙাং পুন্নমক্কা লোয়নন কাছাড় নিংথোগী প্রজা ওইনা লৈজরে। কাছাড় নিংথোনা মাদু য়ানকলবদা শনোংবা য়াইস্কুল লাকপগী কাংবু অদু মণিপুরদা থোক্লবা শেম-শাখরে।

---

# মণিপুরদা লানগী শেম-শাবা

মণিপুরদা লান থোক্লবা শেম-শাবা লোয়নবদা শনোংবা য়াইস্কুল লাকপনা মহারাজ খগেন্দ্রদ অমুক চিঠি কৎলকই:—“শ্রীযুক্ত য়াম্বুং মহারাজগী সনা চরণদা ননাহ তোল্লবা শনোংবা ঐহাক্না মখোং মাইদনা খুরমজদুনা হঙ্গৎচবদি:—ননাই ঐহাক অমুকা সনা চরণদা মনাই হিরুহঙ্গবা নিবা থোকচনকলে। মমাংদা মনাই ঐহাকনা লানবা অপূম্বা সনা চরণনা ভাকপিয়ু; হন্দক্তি সনা চরণনা কৃপা তৌবিদুনা ননাইনা নীংজবা অমস্তুং বাশকচবা থুংহনবিগনি হায়না

আশা তৌজে।" লবঙ্গনা পত্র অদু মাংজোৎনা মণিপুররোমদা থাত্রা তৌরক্লে। য়াইস্কুল লাকপনা লবঙ্গবু য়াম্না খামদুনা হায়খি—"লবঙ্গ! নংগা নবীনগা অসিদা মুপী অভাং পুম্নমক শংদুনা লৈহৌ, হন্দক ঐনা চৎ'লবসি অমুক হল্লক্লবা চৎপা লাম নত্তে; মণিপুরদা ঐগী থবাই অসি কথোক্লবা চৎপনি; সত্যগী রাশক ভাক্তুনা ইমা মৈতৈ লৈমদ' থবাই মভা অসি কৎলুবা ভ্রেদি— ঐগী মুংভাইবা ওইগদৌ'রি; ঐখোইন' হল্লকত্রবদা ময়াম অসিনা তৌগদবা অদু থন্দুনা য়েংউ" অসিনাচিংবা অয়াম্বা অকিবা, মুংশিবা অমসুং অরাবা উত্তুনা য়াইস্কুল লাকপনা লবঙ্গবু খাংম্নি। তৌইগুম্বসুং য়াইস্কুল লাকপনা ভ'ৎবা পুম্নমক মরু লুকথদুনা তারগা উবজন্দা মমৈদা খুমখি—

"ননাই ঐহাক সনায়াগং তার্কপিব পুম্নমক মণিপুরদা লৈরিবৈ-দগীনা খঞ্জরবনি; তৌইগুম্বসুং ঐবু লোইরিব ঈশ্বর অসিনা য়াদবনা মাদু ভমজত্রে; ৽ত্রবাদ কব্রিগী মাণপুর থাদোক্তুনা লাকদগে? ধর্ম্মগী লম্বী ৽ত্রব.দ কব্রিগী মাণপুরদা নিংথোনা চানবা অচৌবা খুভম ফংবা পুম্নমক থাদোকতুনা লাকপা ভমকম থোকপগে, হন্দক ননাইনা ন'ংজোৎনা চত্তুনা মণিপুর মহারাজদা পত্র কৎলুগন্নি" অসি হায়দুনা লবঙ্গনা পত্র পুদুনা হ'ন্ন' খোংশানদোকপা অমসুং নবীন্না কাছ ড়দ' লৈদুনা নাকল অনিগী খুদোং চানবা শীনবা তাখি। অমুম্না পত্র পুদুনা লবঙ্গনা মণিপুরদা থুংলরে অমসুং মহারাজ খগেন্দ্রদা পত্র কৎলে। মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা পত্র পারগা লবঙ্গবু য়েংলদুনা হায়রকই। "ওস্তোকপনিদা লবঙ্গ, নংগী নবুংতো অসিগী

পুকচেল অসি ওস্থোক্লা কনখ্রেদ ; হৌজিক নবুংডোনা কয়ম তৌহৌরি ; কয়ম তৌনা অসিদা লাকদৌরিবনো ঐদি হিরুহঙ্গবা পীবদি ঙম্মোইদৌরি। নংস্থ মতাওদো লবঙ্গ নবুংডোনা তৌবা ঙম্মিবা অসে ময়াম্বা হেক পোকমিন্নবগী মচামক মান হুদুনা পুথিবনিদো ; নবুংডো থাইয়াকপগী অশাউবা কয়ম্ব নেম্ফম লৈবগে ; অদুগা মামা হন্দক থোকলক্লিবা অসিদা কুণ্ডলতাসনাস্থ লোইনয়কপয়া ?

লবঙ্গ।—তাবিয়্ মহারাজ, ননাই ঐহাক য়ারোন পূন্নমক শুগ্না তমজগে। ননাও ইবুংঙে য়াইস্কুললাকপা অসি অসিদা অহাম্বা লাম চংবা মতমদস্থ লৈমনিংথোগী মাংনবা তৌগে হায়বা য়াথল কনি অমতা লৈখিদে ; ক্ষত্রিয় মচা ওইবগী সত্যগী য়াশক কায়দনবা লাম চংবা তাথিবনি। অদুগা নজা ইবেম্মা কুণ্ডলতাসনাস্থ নীংবা অমা থুংনবগী মশানা নীংনা ননাও ইবুঙোগী ভুং ইল্লকপনি। মহারাজ ইবুঙোনা থংবিরিবা অদু মঙাই—হায়দোকংবদা থবাই থাবা মত্তনা হনবা মীদি মস্তেদো ; অদুনা কাছাড় য়োয়বদা মী থোমদুনা অমুক সনা চয়ণদা ননাই হিরুহঙ্গবা নিগনি হায়দুনা থোয়কহৌরে। হৌজিক সনা য়াথং অমতং তারগা ননাই ঐহাক হঙ্গরগে।

খগেন্দ্রজিৎ।—লবঙ্গ ! হৌজিক ঐগী করি হায়কম লৈবগে ? মামা নীংবা তৌসনু। ইনাওনি হায়দুনা ঐন মাগী ময়মগীদমক রাজধর্ম্ম থুগাইবা ঙম্মোই। তৌইগুম্বস্থং ঐদি হৌজিক ফাওবা মাবু মস্থংশিরি – মাদি শিরবমক্তদা মরূনা য়ুবা হায়বা মীতা অদুনিদো। নং চংলো পূন্নমক তম্মুয়ো।

লবঙ্গ হনখ্রবদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা পাত্রমন্ত্রী পূন্নমক কৌতখুনা য়া তাম্নয়ে অমস্থং লানগীদমক শেম-শাথয়ে। মহারাজনা

অতম অথৌ পূম্নমক্তা হায়দোকই—"হন্দক শনোংবনা লাকইবা অসি মী কয়া য়ম্লগনি হাংবা নীংদে; অদুনা তৌবুলদা ঐখোইগী তেম্মোম শাদুনা ভাইয়ু—নাক-য়েৎ-ৎইদ' লাম্ভাবা মী শাগুমা মাগী পোইরৈ য়েংউ; য়াম্নবদি মহাকপু হাংবনু অশাংবা খোং তৌরগা লাম্মী অপুম্বা লোত্তুমা লৈয়ু; তৌ অশংব পুম্লগ মী শাদুনা থুংনা য়ুংদুনা অমস্রুং চাইদুনা থম্মু। মহাকী লাম্মীন থরা তেক নকশিল্লকপদা মৈ থাও; মাগী নোংমৈ য়াম্না য়াওরম্মোই। তৌ অশংব পোকথাইসনু—য়াম্নগা চেনজখিগনু। মাদুনা নুখোইনা পোথি তৌদুনা মাগী লাম্মী পূম্নমক কোয়দুনা ফানবা খুজিল তৌ। ঐদি মাবু হাংপা পামদে। মামা বুদ্ধি তারকপা পাম্মি।"

---

## তৌবুলগী লানকম

হন্দকী লবঙ্গলতা হায়রিবা অসিবু বারী অসিসু ইবেনবোকী বারীগী জাৎনি। থায়নগী ইবেনবোকী বারীগী জাৎ অসিদসু অরুবা ঐতিহাসিক তত্ত্ব য়াম্না লোৎতুনা লৈবা উই; তৌইগুম্বসুং ইবেনবোক-শিংনা মশুগী চাক ভাইবদা খুদোং চানবা হায়দুনা অম্রপকী মতিক শেমদোক্লে—মাদুদা ঐতিহাসিক তত্ত্ব লৈ হায়বা অসি অয়াম্বনা থাজবা ঙমদ্রে; হন্দকী লবঙ্গ অমসুং কুঞ্জলতাসনাগী বারী অসিসু কনা ঐতিহাসিক তত্ত্ব য়াওদুনসু করি করিগুম্বা মতাংদা "কবুই কৈরোইবা" "তঙ্গাবেরে" নত্রগা "পোরেৎ" কী ফিভম তাবসু য়াম্না য়াওবা মাখুরিগনি হায়ম নীংই। তৌইগুম্বসুং মাসিদা মাদু ওমথোক্তুনা

মতমগী মতিক চানবা শেমদোক্লবা হোৎনবা তৌখিদ্রে—ময়মদি অসুম্না হাপতোক-হাপচিন তৌবা অসি লবঙ্গ অমসুং লতা সনাগী মরাইবক্তা ভম্বা নত্তে ; ভারতকী ফাওরবা মহাভারত অমসুং রামায়ণ ফাওবা মাসিগী লাংদা থুরিবনি হায়দুনা হৌজিক অয়াম্বনা হায়নরিবা অসিনি। ময়ম অদুনা পাঠকশিংনা খৌজানবিদুনা ঐখোইগী লবঙ্গ অমসুং কুণ্ডলতাসনা হায়রিবা নায়ক নায়িকা অনি অমসুং মখোই অনিগী মরিদগী পোক্লিবা পোদোক পূম্নমক পরমহংসগী মিৎয়েংনা য়েংবিয়ু হায়না থুরুমজরি অমসুং লাউজরি।

ইবেনবোক খরনা লৌরি—তৌবুল হায়রিবা মকম অসিদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী লাম্মীশিংনা নিংথৌগী য়াথং মতুংইন্না তৌ পুন্দুনা লানবন শাখি। অদুগা ভাইখোংদা খোং তৌদুনা য়াইস্কুল লাকপগী ভেঙ্গোম ভাইখি। থাজবা খরনা থাজসনু—থাজদবশিংনা মকম অসিরাইদা—মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী লাম্মীগা য়াইস্কুল লাকপগী লাম্মীগা অকনবা লান শোক্লখি হায়না খংসনু।

অয়ুক অঙনবদনি। অমম্বসু তশেং তশেংনা কোক্ত্রি, অদুগা কোক্ত বসু কোরৌহনবগী দোলাই শেমশাবা লোইদুনা তোংখৎকদবগী খোয়াং তৌরমাল্লে হায়না নীংই। পোম্বী চেক্লাশিংগী ময়ক্তসু ফাককুম্বা ময়ম ওকপা তরা অমা মতা অমদি য়াহৌরে। অদুগা অতনবা খরগীদি মকোন্দা তীংলি য়াংলীবগী খোঙ্গেনতা মতারি। অদুগা কোরৌহনবগী মশেকী মমি উবদা অয়াম্বা অয়ুকী নৈরাং পূম্নমক নৈকা ফন্দোকপা হৌরক্লে ; নৈরাংনা নৈকা হেক ফন্দোকপদা থীনখ্রে হায়রবগুম অয়ুকী নামিবা মলয়া মুংশিৎনা তপ্না তপ্না শীত্তুনা

লৈরাং লৈনম য়েনবা হৌরক্লে। লৈনম হেক কংবদা খোইমুশিংনা মংহৌররোই হায়রনা য়াম্না থুনা য়াংনা লৈরাং শীনবা থুংনা পাইস্না লৈহি চুপ্প হৌরক্লে। অসুম্না নোংদি ভাল্লবা মুমিত্তি চাননা খোকল্লি-কৈগী মতম অসিদা য়াইস্কুল লাকপগী ময়াং অমসুং পাভনগী লাম্নীশিং অদু লাইমতোন চীংমাইদা কুমথরকপা উরে। লাম্নী পূম্নমক অদা হৈনীংনা উই—অয়ুক্কী নামিবা মুংশিংনা য়ৈবদা লম্বী চংলকপগী অবাবা পূম্নমক কোকখ্রে। অনৌবা লৈপাক্কী অনৌবা শককম উনবগীদমক লাম্নী পূম্নমক হৈমিংনা চীংখা তম্না চেম্বরক্লি। য়াইস্কুল-লাকপসু মাতৃভূমি উবদা থুরু থুদক কুম্না থুরমত্তুনা চীংখা তম্না কুমথরক্লে, মাংদা কুইনা থাদোকলুররবা পোক্লফম লমদম মণিপুর সনা লৈপাক্কী মিংখিবা শকতম উবদা মিৎলুদা প্রেমগী থারা শিন্নবা খংহৌদে—মাংদা শংবাননবা সনা লৈপাক—মরক্তা ইন্দাল ভুরেম্না কোরেং-ফিজাং ভাবগুম চেন্নবা, অচৌবা লোক্তাক্লা মাংদা মিংখি-জন্নিবা, ময়ায়দা থাঙ্গী ঈথংনা লৈতেং পূম্নমক উত্তুনা পুক্লিংদা মৌহৌনা মুংশিবা পোক্লি। অসুম্না লুচিংবা পূম্নমকা লোয়মনা য়াইস্কুল লাকপনা বিষ্ণুপুর থুংখরে।

বিষ্ণুপুরদগী খরা চংশিল্লক্লগা হৌজিক্কী ভৌবুলগী লম্পাক্তা অমুক মহারাজ খগেন্দ্রজিৎকী তেঙ্গোনগা মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপগী—শনোংবগী তেঙ্গোনগা মাইয়োক্লবা তারে। অকনবা লানফম্নি—হন্দক্তি শনোংবদি খবক পাংবা মন্ত্রগা খয়াই থাবা লাক্লিবনি। য়ারী লীবা ওঝাশিংগী মত লৌত্তুনা ইরবদি লামফম অদি অঙকপা অমা ওইরমগদবনি। ঐখোইনা মাত্তুসু তোক্তুনা

ইতিহাসকী মত লৌতুনা শন্না হায়জরগে—মকম অসিদা তেঙ্গোন অমি অসি মথরাই থুবাক্তা হাপ্তুনা অকনবা লান থেংনখি। অতুমনদি ওইরগা ঐখোইনা ইবেনবোক্কী মুখদগী থোরকপা ( অচুম্বসু খংদে, চুমদবসু খংদে ) বা অতু মখৈদি চীথবা য়াদে হায়না খল্লতুনা ইনবা হোৎনজরি। য়াইস্কুললাকপগী লাম্মী পুন্নমক চংশিল্লক্লে, খাগেম্বগী লাম্মীশিংনা নিংথৌগী য়াথং মতুং ইন্না লানবন মৈ থারে— নাক য়েৎ-ওই হাইদোক্তুনা শনোংবগী লাম্মী কোয়শিনখরে। তৌইগুম্বসুং মাতুনদি য়াবা লানফমলা? শিবা কিদনা লাক্লবা শনোংবনি; মাগী লম্মী চংফম লৈত্রবশিং অতুসু শিবা অমা নত্রগা অচৌবা থুভম কংব অমা—অসি নত্তনা অতৈ খন্দ্রবা ঙাক্তনি। অমুক অকনবা লান থেংনরে নিংথৌগী লাম্মী পুন্নমক শমজি থাইতুনা চেল্লে। পাউ অসি সনাকোম্বুং য়ৌরবদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা অয়ায়বা লান নক্লে, তৌ মৈ থাবনা য়ারোই চায়বা খংলতুনা মনাও ইবুংঙো থাইরাকপগা লোয়ননা তেঙ্গোন অচৌবা অমা অমুক থাদক্লে। খীন্দনা নিংথৌগী মনাও অনী মায়য়োক্লরে; তৌইগুম্বসুং হন্দক্তি শনোংববু কনানা পাগমি? মীনা পাংদবা অসি শিবা কিবনা পাংদবনি। শিবা কিবনা লান্দা চেনবনি, শিগনি হায়ববু কিক্রবা মীশী মমাংদা কনানা খংব ঙমগনি। মনাও ইবুংঙো থাইরাকপগী লান্দা মরাই চায়রকপা তাবদা মহারাজ খগেন্দ্রনা লৈপাক্কী অকম অথৌ অপুম্বগা লোয়ননা লানফম তান্না চংশল্লক্লে। লাইনা থান্না নিংথৌনি, লাম্লোং শীনবদা মপা লৈত্রবা লুচিংবনি; নিংথৌনা য়ৌরকলবদা মৈতৈ পুন্নমক অনৌবা থরাই কংবগুম কনখৎতুনা পাক্না

লাম্মীশিংগী মথক্তা লান্দারে। তেল অমম্তুং মোংমৈগী লাম য়াবা মক্লে হৌজিক্তি থাংগা থাংগা, তাগা তাগা। হন্দক্কী লানহৌ অসিদা উজিয়র্খা তুখি।

উজিয়র্খা তুবদা পাঙনশিং খজিক্তুং নিংহন্নবা উবদা লবঙ্গনা মোংশাগী লাল্লাউ লাউদুনা ময়াং লাম্মী অতৈগা ফুজিল্লক্লে। মাসি লামকম অসিগী অথেংবীনি। হান্না মগুণ খংগ্রবা অথৌবগা পাবা য়ানবা শীন্দুনা নিংথৌনা অমুক অকনবা লুচিংবা থাজিল্লক্লে। হন্দক্তি মী শিবগী শীংথাকম খংদে। তেঙ্গোল অনিমক্কী লুচিংবা অয়াম্বা লানফম অসিদা লোইনা তুখরে। তৌইগুম্বম্তুং পূম্নমক তুসনু— ঐখোইগী থোইনা অৱাব লৈতে; মরমদি লান্দা চংলবদি শিবা মক্রগা মায়পাকপা, অনি অসিগী মরক্তা অমদি থোকপা য়াদুনা লৈরবনি। মত্তুনা চেলহন্দুনা মৈতৈ অমম্তুং মুসলমানগী অথৌবশিংগী গুণ ময়েং তাহনবা অসিদি ঐখোইনা কল্লনা তৌবা ভম্মোই। মসিদা ঐখোইনা মীচং মীথায় নাইদবা ভয়দবা অমা লৈরে; ঐখোইনা বানা থাজদুনা লুনা য়োকখৎচরক্লবা লৈরাং পাম্বী অমা হন্দক্কী লানফম অসিদা মতম চাদনা তিন্না মরু চীকখৎতুনা তুবা তারে, করে মাদুম্তু তুখ্রসনু— ঐখোইনা অমুক হেন্না বারিবদি লৈরাং পাম্বী অসিনা তুখ্রবদা মাঙোম্বা য়েংলম্বা উরীগী লৈরাং অসিগী করি থোক্লগবা? য়েক্লবগী মুংশিং কয়া, য়েংথীবগী মৈশা কয়াদগী নিংথোগী মনাও ইবুংঙো য়াইস্কুল লাকপগা লোয়ননা ঐখোইনা লৈরাং পাম্বী অসিবু ভাক্লবা হোৎনজ-ৱকলবনি; ওম্বোকপনি! নোংদমথীবা বিধিনা লৈরাংগী পুন্সি তেন্না ভম্বিরমদুনা মতম চাদনা কয়ম্বা মুংশি হৈতবা তীল অমবু

কমাবুস্ন উহন্দ-খংহন্দনা থান্নকলবনো। ফৈ, হে মুংশিন্নবা লৈন্নাং! ঙসি নংগা ঐখোইগা খাইনরসি ; ঐখোইস্ন নংদৌনা নোংমা শোয়দনা মাংলগদবনি — তৌইগুম্বস্নং ঐখোইগীদমক্তি ঐখোই ন্নাজগে ; নংগী-দমক্তি অমুক ন্নান্নমোই, তেংবানবদা তৌন্নগা নিংথিজবা লবঙ্গ মপাম খুজোক থম্না পায়দুনা মপুগী খুয়াদা কচ্চবা ফংহৌন্নে—মপুগী নির্ম্মাল্য কোক্তা কৎতুনা, নাদা থেৎতুনা, ঙক্ত শিদুনা, খুৎনা পায়দুনা, লৈন্নাং লৈনম নমদুন পেহ্লৌন্নে। লৈন্নাং পাম্বৌদি তুন্নে…তুসন্নু নংগী তৌগদবা নথৌ কর্ত্তব্য লোইন্নে ; তেংবানবদা হৌথরুবগী কান্নফম কন্নি লৈন্নি। লানগী অসিগুম্বা অকনবা কর্ত্তব্যগী ফম্বাক অসিদা নংগী লীলা উৎপা লোইন্নে, অন্নোইবা য়ুখল থাদুন্নসন্নু— বিদায়'।

অস্নুম্না লবঙ্গনা তুখুবদা শনোংবা য়াইস্কুল লাকপা অন্নাবা, মুংশিবা, শাউনীংবনা খুদুম চন্দুনা লানফমদা ময়াই কাবা নোংশাগুম ফুজিন্নক্রে। নিংথৌ খগেন্দ্রজিৎ অন্নোইবী লানফম্নি হায়বা খংদুনা মৈতৈ অকনবা পূন্নমক থৌজিন্নক্রে। অন্নাইবা শনোংবা মস্তে। মীচং য়েক্লবা খংদনা পুং অমা য়ান্নন্নে, কাপ্নন্নে, ফুনন্নে, থিন্নন্নে। মীগী ঈনা লানফম অপূন্বা পুমভাং ভাংলে। অশোকপা, অতুবা মীগী খোঞ্জেন্না লানফম অপূন্ব পূমলীল নীপ্লে। তৌইগুম্বস্নং লানফম অসিদা ঐখোইনা মমাংঙৈগী লানফমদ নীংবা কায়বগুম্না মহান্নাজ খগেন্দ্র-জিৎনা মনাও অতোম্ববু চংনা ফাগনি খল্লম্ব অদুদি কান্নবা তান্নে। শনোংবা য়াইস্কুল লাকপস্ন লানফম অসিদা তুন্নে। মপুনা হেক তুন্নবদা শানোংবগী লাম্মী পুন্নমক শর্মাজি. থাইদুনা চেন্নবা হৌন্নে। খগেন্দ্র মহান্নাজনা শীন্দুনা মায়কে মন্নি কোয়দুনা শনোংবগী তেজোম অপূন্বা ফাখ্রে।

---

# লতাসনাগী নুংঙাইবা পুন্সি মতেক

অসোমদা অসুম্না মথং মথং উজিরর্থা, ফবঙ্গ অমস্তুং শমোংবা য়াইস্কুল লাকপা তুরে ; মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা জয় ওইরে। লাইবিক পাবিরিবা ইবুংঙো ইংেঙাশং হৌজিক্তি মণিপুর অসিদা লৈদুনদি কারদ্রে—এখোইন থাজব লৈরাং পূম্নমক মতমগী তমথীরবা পোইরে —থাবা যাদ্রবা বিধিগী মতম চাদনা বাকচাং থা চংলকপা মংং ইরা মথং মথং থুইথরে। হৌজিক্তি লেংঙ স—ময়াং লৈবাক্তা লৈহৌবা মোরবী উরীগী লৈরা অদু করম তোরিবগে অমুক্তং য়েংঙুাস ; মানা য়েংচরম্বা লৈরা লবঙ্গ পান্মীস্ত মাণপুর সন লৈবাক্তা থাসি হোৎনবদা লৈপাল ফাউবদ থাকুদুনা কংহ্রে। মযাং লৈপাক্তা লৈরাং উরীগী লৈ অদু য়েংফম লৈতবন মালেমথক্ত তুদুন লৈহোই। য়ারবদি থুনা লেংঙো—য়েংফম অনোবা অমা পিদুনা হিংহনব ডমত্রা য়েংঙুসি। সুঙ্গায়েগা পরুবান লবঙ্গ পাম্বান। অদুবু ফংথ্রবিনা অনোবা পাম্বী অমা থাদুনা য়েংহনবা য়াত্রা য়েংাস।

য়াইস্কুল লাকপনা মণিপুরদ লান হেক থোকখিবদগী অসোমদ কাছাড়দা নবীন্ন সুং শরব রাম সাতাগী বারী লৌদুনা মুপী অডাং ময়াম অদুগী পুক্লিং পেলহল্লাম্ম। অয়ুক্কা চাকলেন চাবা লোহঙমদনা মুপী ময়াম অদুনা নবীনবু কে য়দুনা ফম্মি, সুমদাংগীস্ত অদু মডাই। কুণ্ডলতাসনানা নিংথব হৈ লেনচিংবা শেম শাদুনা শ্রীরামচন্দ্রা কৎববা নিংগী থৌরাং তৌই। নবীন্না রামায়ণ লাবা হেক হৌবগা মুপীশিং অদু ভক্তিগা লোয়নবা থুরুথুদক কুন্দুনা রামায়ণ শ্রবণ তৌই।

লাইরিক পাবি'রিবশিংনা থংবিবা য়াই, মতম অসি রামান্দী ধর্ম্ম প্রচারকশিংনা শ্রীরামগী গুণ শকপনা অবাং ভারত অপূম্বা অসি ভক্তিগী লুরবা ঈচেম্ম থুমহৎলিবা কালনি। নবীন্না লৈবাক কোয়বদা ধর্ম্ম শন্দোকপশিংগা থেংনত্নুনা অহানবা রামান্দী ধর্ম্মদা দীক্ষা ভৌরক্লবনি। অসিদস্ম নবীন্ন শ্রীরামগী গুণ শকপদগী কুঞ্জলতা সনানচিংবা মুপী পূম্নমক অসিস্ন শ্রীরামদা শ্রদ্ধা লৈয়ে। হন্দক লবঙ্গনচিংব অকন অথৌ পূম্নমক্লা তৌবুলগী লানফমদা তুররিবা মতাং অসিদা মবীন্না রামায়ণ লাবস্ন শ্রীরামনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌনগী মতাং য়োয়ে। লব কুশ অনিনা বীনা প য়ত্নন শ্রীরামগী গুণ শক্লি। অতাং অনিগী শংবানবা মূর্ত্তি উবনা তিল্লিব সভানা য়েংবগী পেনবা নাইদরি— বীনাগী ঝঙ্কারগা লোয়ননা শক্তোরকপা শ্রীরামগী গুণ তাবদা পূম্নমক্তী পূ ক্লং শুদ্ধংনরি। বসন্ত ঋতু লাকপদ খোন্নোবা কোকিল নহাশিংনা কুহু কুহু হায়না পঞ্চম স্বরনা খোংবগুম তানা তানা তানীংলি ভেংবানবনু শুদ্ধংনবা ওইরবা শ্রীরামনা জগৎমাতা সীতাবু লোক-শিক্ষাগীদমক লৌশিল্লু হায়বা মতাং য়োরক্লে; তিল্লিবা সভা পূম্নমক প্রেমগী ধারানা চোংথ; অসিদস্ন তারমালবা মুপী অঙং পূম্নমক অত্নু মিৎলু নাপোম থুম্না তরংগী লাইজ শিল্পরি। লৈবাক লৈমনা মহাক্তী জগৎ অপূম্বগী ফিদম লৌনফঁম ওইবী সীতাবু ভেংবানবগী লীলাগী ফমবাকতা সতীত্বগী লীলা উৎপা লোইরে হায়দুনা লৌশিনখ্রে। মতম অদুগী সভাদা রাখিবগুম সভা অসিদস্ন ভেংথাবগী অবাবা খোঙ্লেন তারে। জানকীগী অরাবনা থল্লব জীবনী তারগা লতাসনা! মহাকস্ন জগৎ মাতাগী খুয়াদা প্রেমগী উপহার কৎচৌ। নহাকস্ন ভেংবানবা

অসিদা অরাবন চাক্কু মা কপ্পু না শিনব পোকপনি। অস্রুম্ন রাম-ভগবদা লৈহৌবশিং অদো নবীনগী মচৈন্দগী শ্রীরাম সীতাগী গুণ তাদুনা নুংঙাইনা লৈম্লি। তৌইগুম্বস্রুং বিধিগী নোংদম হায়বা অসি করানা থংগনি? অস্রুম্ব নুংঙাইবা অসি খ্রীন্দনা থাইনবগী অরাবা মৈরীনা চাকথেক্কুনা উৎ ওইগদৌরি। হে কুঞ্জলতা! নংগী পুক্নিংগী নুংঙাইবা হায়ববু মতাং অসিদনি। অসিদগীদি অমম্বা থম্মোই অরাবা পুক্নিং, নুংঙাইতবা থবাক, পিনা চোৎলবা মিৎসনা অদুগা লোয়নমা ঐখোইগা কায়নবা তারে।

# কুঞ্জলতাসনাগী খোংজেল লীবা অমত্তুং ময়াং চম্বা

তৌবুলগী লান লোইরবদা মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা মনাও ইবুংঙো থাইরাকপনচিংবা লৈবাক্কী অতম অপৌ পুন্নমকা তানদুনা ময়াংগা লান চংবা তারম্মি। মনাও ইবুংঙো থাইরাকপা অথোবনা চিংদুনা মৈতৈ ভেঙ্গোন অম ময়াং লৈব ক তম্না পোংশান্দোকলক্লে। ময়াং লৈবাক্তা কুঞ্জলতাসনা লৈরে হায়বা অসি হৌজিক্কি তাংদাংবা থংলে; মরম অদুনা চন্দকী চংলিবা লান অসি থবক মরম অনিগীনি—ময়াং নিংথৌদা হয়নখুব রাগী ইকাই খুম্নবা ভাক্কনগী অমস্তুং অমত্তা পোকপী মচা কুঞ্জলতাসনাবু থিনবগীদমক্নি। মনাও ইবুংঙো থাইরাকপনা ময়াং লৈবাক য়োরবদা ময়াং নিংথৌদা চত থারে— 'শনোংবা হায়বা অদু রাজ বিদ্রোহীনি--অমস্তুং পাঙ্গল শেংলবী নুপী পুন্নমক পুদুনা মহাক্কা

মল্লাং মিংথৌগী মক্ষমদা চংথ্রবনি—অদুনা হৌজিক মহাকপু আশ্রয় পীখিবা অদুগী লমন থুম্নবা অমসুং মুপী অঙাং পূম্নমকপু কম্ননবগীদমক মহারাজ খগেন্দ্রজিৎনা ঐখোই মৈতৈ ভেঙ্গোন অসি থারকপনি; তৌজিক নিংথৌগী বা ঙাইদুনা লৈজরি।"

খ্বাইরাকপা অথোবগী বা অসি তাবদা ময়াং নিংথৌনা পাউ হল্লকই:—"মণিপুরগী মিংথৌগী মক্ষমদা ময়াং নিংথৌ কম্নিমত্তা কাম্নবা লৈতে; ময়াং মিংথৌ খংদনা শনোংবা য়াইস্কুল লাকপনা লৈরম্মে; মগাক্না লৈবাক অসিদা অকায়বা অমত' চত্তুনা লৈগে হায়না রাশকখি। মহাক্কী মণিপুরদা লান থোকপগী মরমদসু ময়াং নিংথৌনা খংহৌবা লৈতে। অদুগা মহাক্না পুরকপা মুপী অঙাং পূম্নমক ময়াং নিংথৌগী মচাগুম্না য়োকপিরি; অদুনা মহারাজ খগেন্দ্রনা ভূল ধারণা তৌবা, খংদবননি। মনাও ইবুংঙো খ্বাইরাকপগী মজা ইবেম্মনচিংবা পূম্নমক কম্নিমত্তা খুদোংথীবা লৈতনা রামনগরদা লৈরিবনি; চৎখিবা ভুত অসিনা মক্ষমনচিংবা তাকচগনি। মণিপুরগা কাছাড়গা লোম্নবা লৈবাক্কি; মহৌশাগী মরুপ্নি। অদুনা মরুপ ওইবা চেৎশিম্নবা ময়াং মিংথৌনা মহারাজ খগেন্দ্রদা শাম্নু ৩০, মোংমৈ ১০০ উপহার তৌজখিবনি।"

ময়াংনিংথৌ পাউ হেক ফংবগা মনাও ইবুঙো খ্বাইরাকপনা ভুত্তকা লোয়নন' মজা ইবেম্মা লতাসনাগী মক্ষম তাম্না চৎখ্রে। ঐখোইনা মমাংলৈদনা হায়জখ্রবা অদুনি, মচা হায়বা অসিগী প্রেম অসি ওল্লোকপনি; শিগ্রব' মচানা অমুক হিঙ্গৎলকপদা হরাওগদবা অত্থ হন্দক ঐখোইগী খ্বাইরাকপা. অথোবদা থোক্লে। মপামচা উমরবদা অনৌবা প্রেমগী ঈথক হৌরে। মচাবু কোল্লদুনা খ্বাইরাকপা অথোবনা

হায়রকই, “ইবেন্মা, কুঞ্জলতাসনা; নংগী ধর্ম্ম খংত্রবা মতোমন্থ মণিপুরদা ভুহোৱে; মাগী খোংমী লান্মী অপূম্বা নপাবুং মহারাজনা লোইনা কাহোৱে। অস্থুপ কুইরবা অসি মংগীদমক ৱাবনা ইপাদি লৈকম চাকম খ'দন লৈরম্রবনি অদুগা অসিদা ময়াং মিংথোবু নতোম অদুবু আশ্রয় পীবগীদমক মতিক ওকপা দগি পীনবগীদমক লাম শোক্লবা লাকপনি; হৌজিক্তি ময়াং নিংথোম্ব খগেন্দ্র মহারাজগী বশ্যতা স্বীকার তৌরে। অদুনা তোগদবা লোইরে—হৌজিক মণিপুরদা থোক্লুনা নোঙ্গৌবীনা লাইজ ঈরা ভাইবগুম ভাইহোরিব নমা অমসুং নপাবুং মহারাজগী অৱাবা কোকহল্লুসি। অসিদ লৈমিম্নরিবা নমাই নশল অপূম্ব শেমশাহল্লে; হৌজিক অকব ক্ষেনকম্রি—যাত্রা তৌরসি।”

মপাবুংনা তাকপা অপুম্বা লু লুকথরদুনা তারগা লতাসনাবা খুমলকই; “পাবুং ইবুংঙো! পাবুং তোনবুদি মিন্দা তৌবিগনু; পূম্নমক ঐবু চানবিবদগী থোকখিবা ভাক্তনি। ঐগী মুপী ওইবগী পুক্লিং লেপ্প অমসুং সত্যগী ৱাশক ভাকপিনবগীদমক্তা ঐনা হায়জবা তাবিদুনা কোকথক্ত মীনা তাথীবগী অস্থুপ লুমলবা ভার অসি পুথ্রবনি। পাবুং ইবুংঙোনা চানবিরবদি হৌজিক কাওবস্ত্র পাবুংতোনবু মুংশিবিয়ু। অদুগ হৌজিক পাবুং ইবুংঙোন ঐবু অমসুং চরণদা ঐনা লানব পূম্নমক ভাকপিয়ু: পাবুং তাদনা, পাবুংগী সনা য়াথং ফংদনা ননাই ঐন মুপী ওইবগী পুক্লিং অকনবা অমমা থোইনশিন ওইদুনা তৌরুবা পূম্নমক সনা চরণনা ক্ষমা তৌবিয়ু। হৌজিক্তি ননাইশিং পাংতোনগী থোগল ইনখিবা লুচিংবা পূম্নমক তৌবুলগী লান্দা তুরে হায়বা তাজরে; লাইবক থীবনা ননাই ঐহাক লুখ্রা হায়বা

অদু ওইতরে, মপাগী মকমদা লানবগী দগি কংলে। তৌইগুম্বসুং পাবুং ইবুংঙো ! ননাই ঐহাক্তি মুপীগী জাত্তা পোক্লর্বনিনা মুংশিরবা ময়া মপামকপুম্ব মপুরোইবনা হেনক্কম থোক্রে ; অদুগা সনা চরণনা কৃপা তৌবিয়ু—ননাই ঐবুদি ইপুরোইবনা মণিপুরদা থোকউ হায়রবা য়াখং পিবিরমদ্রে অদুনা মপোক অসিমা লোইদ্রিবা ফাওবা ননাই ঐহাক রামনগর অসিদা ইপুরোইবা ভাইবা তারে। লাইবক থীবা ময়মনা ইমাগী, ইপাগী অমসুং ইপুরোইবগী লমন অমতা থুম্বা ফংদ্রে। কৌশিক ননাই ঐগী সহোদরমক শত্রুব ইবুং নবীন হায়বা অসি ননাই ঐগী ধর্ম্ম গুরুনি। ননাইগী মচান্দগী ধর্ম্মগী বা তাদুনা ননাই ঐগী কংলবা থম্মোইদা ধর্ম্মগী ময়োল হুনবগুম তৌরে। রাম সীতাগী গুণ তাবদা য়ামদ্রবদা মিত্ত পি শিন্থব মখৈদদি হৈরে। পাবুংগী চরণনা কৃপা তৌবিয়ু—ননাই ঐহাক মণিপুরদা থোকচরোই। ননাই ঐগীদমক বাবিবা থাদোকপিরো।—পাবুং ইবুংঙে ! সংসার অসিদা কনানা কনাগীনে ? পূম্নমক অরেম্বনি ; মৈতাম্ন হেক বাখৈবদা পূম্নমক মাংগদবনি ; কনাসু লোয়ননা চৎকদবা লৈতে। ইবুং অসিনা তাকপিদুন তাজরে, সীতাকুণ্ড হায়বা অসি অসিদগী লাপদ্রে জগন্মাতা জানকী হায়বী অসি পতিব্রতা ওইবগী অখেংবা থুদম উৎকে হায়বগীদমক্তা সংসারদা অবতার তৌবনি। তীর্থ অমতং দর্শণ তৌনবা পাবুংগী চরণনা কৃপা তৌবিয়ু।—মাসিনা ইপ, ইমা অমসুং ইপুরোইবগী লমন থুম্বা শকচগে।"

লোইরবা।